কোংজম্বিবা :

বীরমঙোল ( নুংথোই ) সিংহ

অহনবী দেবী

প্রিয়ম্বদা

[illegible]

প্রেমঅনন্দ

প্রেমজীৎ



অহানবা থোকপা :- জানুয়ারী ১, ১৯৯৭ ইং

কোপী—১০০০

মমল লুপা ৫০/-

মখুম য়েকপা :—শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহ

*Printed at* : R. K. Gambhini Memorial Press
M. G. Avenue, Near Old State Bank of India.

# থাগৎ-ৱাহৈ

কোঙজরিবা 'নিঙশিংলক্লি ওসিদা' হায়বা লাইরিক অসি ঐখোয়গীদি ইপাম্ন ইমাম্ন পুন্না ওইরিবী অইবীনা লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা খোরাং পুন্নমক তৌবিরম্মবনি। হকচাং খরা খরা শুমমদবদগী ইথা থাজদনা অয়োইবা য়াহিপ তানখিবা মতাং থোকপনা পুথোকপিরমদরে। কন্না হোৎনজহুনা পাম্বিরম্বা মুমিং হায়বদি ১৯৯৭ কী জানুৱারী তাং ১ সিদা পুথোকচরি। পাম্বিখিবা অমত্তংদি পাঙথোকপা ওন্মে খঞ্জরগা মুংঙাইবা পোকচৈ।

লাইরিক অসিগী মতাংদা হান্নদগী তাথোক তাশিন তৌজখিবা শ্রীএলাংবম দীনমণি না অমুকস্নু লমজিং লমতাকপিবগীদমক মচা ওইবা ঐখোয়না তৌবিমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা শিংঙমত্রবা লম্নন তোনশিনজরবনি।

অচিনবা কোঙ্গায় থৈদোকপিহুনা কোঙদোকপা হৈতবা ঐখোয় পুন্নমকী পুক্লিং খঙবিনা মথুম য়েকপিবা শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

দি কলচরেল ফোরম, মনিপুরগী মেম্বরশিং, শ্রীলাইময়ুম ব্রজমনি শর্ম্মা, আর: কে: গন্ডিনী মেমোরিয়েল প্রেসকী শ্রীরাজকুমার সনায়াইমা সিংহ, পুন্নমক্কী মফমদা থোগৎপিবা অমদি তেংবাং কয়া পীবিবগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

কোংজরিবশিং

| | |
|---|---|
| বীরমঙ্গোল ( লুখোই ) সিংহ | রঞ্জিৎ |
| জহ্নবী দেবী | প্রেমঅনন্দ |
| প্রিয়ম্বদা | প্রেমজীৎ |

# লাইরিক অসি

পুন্সি অরোগী লাইরিক অসি থোইবী দেবীনা সরকারগী থবক্তগী পোথাবা থাগী হায়রবদি খুট্টু কুম ১৯৮৪ গী জানুয়ারীগী অনীশুবা চয়োনগী অহুবাইদগী ইবা হৌথিবনি। ( চপ চাবা তারিখতি তাকপি-রম্মদরে ) নীংশিং নীংশিংহ্ননা ইবনা চহী অসিমকী ( ১৯৮৪ ) এপ্রিল তাং ১ দা লোইখি। পিকতকপা প্রাকট অমা ওইনা লৈখি। চহী অহুম-মরী লৈরগা সাহিত্যকার, এম. পি. ওইবিরম্বা 'য়াম্বা শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহদগী থৌইনশিন ফংহ্নুনা খরা অমুক চাউনা ইথোকখি। মতুংদা মতাং মতাংগী ওইনা নীংশিংলকপা, থল্লকপা খরা হাপচিনখি। খরদা নত্তে ফনা য়াম্না হাপচিনখি। হাপচিনফমম্ থোকপনি। ১৯৯৬ কী জুলাই ৩১ দদি মথা অমুক হাপতবগী মঙংদা মপুঙ ফাহল্লম্মে। খরগা হাপচিনবিবা য়ারবদি হাপ্পিয়ু হায়রবদা য়াখিরম্মে। মুমিং অসিদগী থা অনীগা মুমিং মাপননি শুবা মুমিগুনি ( অক্টোবর ৯, ১৯৯৬ ) লৈখিরবসি। মতম খরগী মমাঙদগী ফোঙদোক্লসি হায়না তক্লবনি। য়াখিদে। তক্লবা খুদিংদা য়াম্না ইকায়জনা হেক হেক হায়খি— 'ঐঙগী অমগী পুন্সিগী রায়ীনা করিবু কাম্নক্লপবনো! ইকায়জে।' হায়নীংবদা পল্লবা, ইনীংবদা থিংবা য়াদবা ইকায়বা হন্জোইবগী রাকম থোইনা থল্লবা থেংনখিদবা মপাদা-মপাঙুম ছুং-কা, দাং-কা তৌহ্নুনা লৈবনা হৈনবী ওইনা লৈরক্লবা, মায়োক্লবা মতাং মতম খুদিংদা মীংলৈ তুকথখিদ্রবা 'থোইবা'. তোংবুংনচিংবগী মিংগোদা পকচবা জননেতা ইরাবতকী লীচিংদা লোৎহ্নুনা লৈরিঙৈদা শীজিন্নবা অরোৎপা নিংশিংনি ) ইচে থোইবীগী মচীনদগী 'ইকাইজে'-হায়বা ব্যহৈপা ইকাইরপ তৌবা মাম্লথোঙগা ইহান হানবা ওইনা উবদা শুকখি। মহাক মশানা য়াম্নমক পামজখিবা 'ইচে' হায়বসিগী অর্থ থংলৈ লৈরকপঙুম তৌখি। মশাগী

সাহিত্যদা উরিবা মুপীদতা নত্তে মশাদম্ভ 'মুপী' য়াওরি হায়বসি খংনীং নীংশিংলকখি। রাকম অসি ফোঙদোক্লবদা মকা লায়া নোক্লগা হায়রকখি 'হাই অঙাওবা, মানবদনি হিংচাবদি নত্তেনে ঐসে।' অসিনথুম হেন্না ওকত্রে।

অনী অহুমক কম্মিন্নরবা মতুংদা নোংমা মুংথিল অমা তহা-তহা কৌরক্লনা চংলুই। আগষ্ট কী ৬, ১৯৯৬ নি। তরানীমুক্কী মমাঙদা হাম্নগুম তীক-তীক লাউনা লৈহৌবহুগা য়েংনরুবদা খংশোন শোল্লবগুম লৈরম্ভদা ঙক্লরে। হংগে তৌরকপদা হেক উন্নবদা, ফমফাত্রি; 'ঐগী লাইব্রেরিকতু ফোঙবা তারে' হায়রকখি। উপন্যাসকুম্বা অনুবাদকুম্বা ওইরমগত্রা খল্লবনি। পুন্সি রারীহু ওইরম্মে। পুন্সিগী রারা হায়বা মহাক মশানা য়াজখিদে; সুকপাম মক পামজখিদে। নীংশিংলকপা অশেংবা থোদোক খরনি হায়না কন্না হায়খি। 'রাধাগুম্বা লমজাগুম্বনি হায়না খল্ল' হায়না হায়খি। চুম্মী ইতিহাসফী ওইবা মমিং খরা মফম খরা শোক-তারিখ খরা লৌথোক্লবদি অশেংবা উপন্যাস পাবগী মহাওহু লৈ। হেঞ্জিল্লক্লিবনা অহিংবা শক্তম মাঙদা চোংথোরক্লিবসিনি। ইচে থোইবী সাহিত্যকার ওইবগী মথক্তা ইতিহাসকার অমসু ওইরি। অনীগী অপুনবা মহাও ময়েক শেংনা পীবা ঙম্মি।

অশেং অশেংবা, অচুম অচুম্বা অপা-অপাননা হায়বা অমদি ইথোককনবা অইবীনি। সাহিত্যগী কোইথোকপা লৈতেং য়াম্না হাপ্পা মওং অহু মশাগী মতাং অসিদদি য়াওদ্রে। ময়াঙদা হেক্তা ফুরে। মশাগী মীওই উৎপা শেংলবনি। হায়দোকপা ইথোকপদা করিসু অথুপ্পা থম্মদে। হায়দোকমল্লদনা মরক্তা নুংশা থীবা মতাং কাওবা য়াওরকই। কম্না কম্না হায়মল্লদনা থরা লেথোক লৈশিন তৌনবা হায়রুবদা 'অসিদা তৌগে ইকবনি নত্রগদি কৈদৌঞ্জনি' হায়না য়াম্না লায়না থুম্মকখি। অক্তমকপু মশা কল্লিঙৈদা অমুক ইথোকপা মতাংদদি অপাবদা অপাননা অমদি নাকোয়ননা কান্নবা পীরোই হায়না মশানা খনবা মথৈদি য়াওরমদরে অহুগা খরস্ত হেন্না থোংলম্মে। সাহিত্যগী ওইবা মীওই (পাশে'নেলিটি)

হেন্না ময়েক শেংলক্লে। সাহিত্যগী ফজরবা মচল নীংথিনা ওইরে। খজিক্তং নীংবা থুংফাগুবদি কান্নব্রবনি মফম-মতম শোক তারিখ নীংশিংদ্রে হায়দুনা ককথংখিবা ময়াম অদুগী মনুংদা। রারী-রাতাই শাবদদি পনাবিরম্বা ইবদসু ফনা য়াম্নদি য়াওখিবা থা থরা, চহীমুক জেলদা রাজনীতিগী বন্দী ওইনা লৈরুবদা জেল মনুংগী থৌদোক-রাথোক থরা, মীরোং ওইনা চীং মাক্সা, উমং-রামং খুজং কয়াদা কোয়চৎ চৎতুনা লেনখিবা শাংলবা অরা-মুংঙাইগী পুক্সি মতেক লোয়নননা মণিপুরগী রাংমদা, ইচেগী ইপা ইতোন রারী সম্বন্ধশিংগীদা লৈরুবা মতম থরদুগী থৌদোক রাথোক ফনা য়াম্না লৌথোক্লম্বসিনি। হাপসি তরুরুবদা অমুক থরা ইথোক্লগা হাপচিনগে হায়খিবনি। অদুবু হেন্না শোনজিল্লকপদগী নব্রগনা মশানা হাপ্পরোই লেপখিবনা ওইরম্বসু য়াই, হাপলমদরে। নীংখিবা অমদা চপ য়ুংবী 'ইচে' নি। অচুম্বা অশেংবা ময়াম অমদি লোয়নবিখরে। ফোঙনবা নম্বা হৌরনি লেপখিবগী মতাংদা মতা চাবা চাবা য়েংলগা থরদি হাপচিনবিনবা তৌবিয়বরা হায়না হংগে খল্লকপদদি দাক্তর য়ৌখিরক্লে। হৌখিবা চহী অমা, থা থরসিদা মশা তোয়না ঙমদবা থেংনৈ। নোং-নিনি ঙমব্রবসু অমুক শং ফত্নুা হেক হেক লৈরম্মী। হন্দকসু হান্নগুম্না নোং-নিনি লৈরগা অদুম কন্দুনা লৈরমগনি, লাইরিক নমথবা হৌব্রবস্ম মতাং মতাংগী অয়াবা থরা নব্রগা ময়াম হাপচিল্লকনি হায়না অদুম লৈখিবনি। ঙাইখিবনি! ওইখিদরে।

লাইরিক অসি জুলাই ৩১, ১৯৯৬ তা মপুঙ ফারবা থুংই ওইনা থখিরম্বনি। এপেন্দিক্সতা হাপকদবা 'অ' অমদি 'আ' ফাওবা শীল্লম্মবনি। 'ই' গী শরুক অসিদং কান্নগনি খন্দুনা অফোঙবশিংনা হাপচিনবনি।

রাফম অমনা অহানবা শীক্লকপা ড্রাফট অদু হেক লোইবগা ফোঙদোক্লগে হায়বগী রাখলদা এপ্রিল ১, ১৯৮৪ দা রাহৌদোক 'অপাবগী মফমদা' হায়বসি ফাওবা ইবিখিবনি। মতুংদা থরা

চাউথোকহল্লবা মতুংদা হান্না ইপ্রবা অহুদা অরোইবগী পেরেগ্রাফ অসি হাপচিনবনি। সহীগী মখাদা থাবা তারিখতি শেমদোকপিরমদরে।

লাইব্রিক অসি থুংইগী ড্রাফট অমদি অমুক শেমদোক্লুনা শিন্দোকপা ফাওবদা 'নিঙশিংলি ঙসিসু' হায়না মিংথোল্লি। মমৈথংদা পুংলোই লোইদুনা নমথনবা তৌরমদাইদা 'নিঙশিংলক্লি ঙসিদা' হায়না ওনবিরম্মে।

ইম্ফাল,
জানুয়ারী ১, ১৯৯৬

এলাংবম দীনমণি

# অপাবশিংগী মফমদা

ওস্থোকপনি। মী ওইবগী রাখল, ঙসি, ঙসি, হয়েং, হয়েং, য়েথোক্লিঙৈদা মতমচানা পাঙথোকপা ঙমহৌদে মরু ওইবা থবক কয়া মতম কুইরবনি, ঐনা ঐগী পুন্সি রারী অমতং, থনমগে খল্লিবা, অদুবু খন্দি খল্লগা থুং থাবগী মতমদি ফংখিদে, অদুগী মথক্তা য়েথোকপসু অমনি। মীওইবগী পুন্সি অঙকপগী থৌদোক্তা থনবনি; থৌদোক খুদিং য়েকশিন্দুনা থমহৌরবদি মাঙবা লৈরোই, মতমগী মতুংইন্না কান্নবা কয়াসু ফংলকপা য়াই। অদুবু থৌশাদবদগী অসিগুম্বা কয়া মাঙলি। অমাঙবসি খঙলকপা মতমদদি মতমদু য়াম্নদি থেঙথ্রে, অদুমকপু পামজরুবনা অসিমঙংদি পাঙথোক্রম্বনা চুমগনি খনবদগী অথেবা মতমদা ঐনা নিঙশিংজবা মরু ওইবা থৌদোক খরদং মতম চাবা চাদবা খঙদনা পরেং লেংতুনা থমজরি। মতাঙ অমনা ঐনা ইজরিবা খরসি শোক তারিখতি তাং-দাংবা অমতা খঙজদ্রে, কাউজথ্রে, অদুনা থৌদোকুদা থমজবনি।

কনাগুম্বা পাবিনিঙবশিংনা পাবিরগা খুনগৎপা য়াবা মচং ওইবা রাদুখক্তং লৌখৎপিরবসু য়াম্না মুংঙাইজগনি।

ঐনা য়াম্না মুংঙাইজবনা — নোংমা শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ এম: পি: ওইবীরম্বা-গা ঐগা সভা অমদা ফাম্মন্নবদা ইবানি রারী শাবদা ঐনা ঐগী পুন্সি রারী অমা লোইরে হায়না রারী তৌবদা মহাক্না, — কয়া চাউবগে কয়ি য়াওবগে? হংবদা ঐনা 'পংচাউ চাউদে', লামায় ১০০ রোম পাল্লি হায়বদা, মহাক্না চাউমন্দে খরা ময়েক চুম্না ইরবদি ফগনি, মদুগুম্বদুদি পংঙম ঙম্বা নত্তে, হায়বদগী অমুক ইথোক্লুনা খরা চাউবা লাইরিক অমা ওইহল্লবান। অসিগুম্বা মমল য়াম্নবা পাউতাক পীবিবদগী শ্রীতোম্বীবু ঐনা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

খোইবী দেবী

১।৪।৮৪

# হীরম লামায়

## অহানবা পন্দুপ

# শৈশ্লো

## ১

ইং কুমন্দা ১৯৮৪, জানুৱারিগী তাং ১, ঐগী পুন্সিদা থোইদোক্লা কাউজমদব নুমিৎ অমা ওইখি, মরমদি নুমিৎসিমক্তদা ঐগী সরকারগী মীনায় ওইবগী পুন্সি লোইরম্লনা ইথুমদা ঈংনা চিক্লা অমদি ইনিঙ তম্না পোত্থাবা নুমিৎ অমা ওইখি। নুমিৎসিমক্তদা ঐগী লুনা তিঙ্গরকপা থবক তৌমিন্নরকপা মরূপ-মপাঙ পুন্নমক্তগী কায়ন-য়াথং পৌজগা ইদোম তরক হল্লকখি। বিক্লো মথক্লা। রিক্লো মথক্লা ঐনা খনাখ,— ঐ হৌজক করি তৌবা তাবি? পাউথুন পীরকহু—থম্মোয় চংদগী.— করিগীনো অংক লুনা খল্লবা, থবক কয়া লৈরি নঙনা পাঙথোক্কদবা, হৌরকপা নহাক অফা-অপুন কবিমতা লৈত্রবনি, সমাজগী সেবাদা, মীওংবগী সেবাদা নশাদু কখোকপা য়ারে। থম্মোয়গী পাউথুন তাবদা অনৌবা থৌনা হাপখি লেপ খ, -সমাজগী সেবাদা পুন্সি কংথ কচবগে।

সমাজগী সেবা হয়-স ঐগী মতুংদি, মপাংথোংগী ওংনা কোয়চেন চেনবা কোয়চোং-চোংবা নতুংনা ওইগনি হায়বসি য়াজনিংদে, অমরোমদা মহাক্তনা ঙমজবা মওংদা হায়বদি ইতুনবু ওহৃরবসু, থাঙতুনবু ওইরবসু অঙম্বা মতেং পীরিবা মহাক অতুম্ব সমাজগী সেবা তৌজারবা মাওংই অমনি হায়না লৌজে। সমাজ অমদা লৈবিবা ফত্তবা মওং কয়া নত্রগা হীরম কয়াবু মায়ামদা ফজনা ভাব তাহন্নবা হোৎনবহুংু সমাজ সেবাগী চাউরব থৌদাং অমনি হায়না লৌবা যাই। মরম অনিদগা ঐনা ইশামক লৌবুক্তা কূমতুনা থবক শূকত্রবসু ঐনা ঙমজবা মওংদা ইতুনা নত্রগা মীয়াম তিনবা মফমদা রা ভাংজহূনা, হায়জতুনা মীয়ামদা

খঙহঙ্গবদুনা মরু ওইবা থবক ওইনা লৌজখি। মরম অসিদগী ঐনা থবক্কগী হেক পোত্থাবগা অসিগুম্বা থবক কয়াসিদা খোয়দানা চঙজখি।

ঐগী পলেম-পম্বোগী মরমদদি থোইনা হায়নিঙাই লৈজদে মরমদি মখোয়দি সমাজসিদা মমিঙ লৈবা মীওই অমতা নত্তে, ইচম-চমজবা শাধারন মীওইনি। ঐগী পোকপগী চহীসিস্থ ওম্বোকপগী মতৌনি। ঐগী থবক্কী রেকোর্ডতনা ইং কুমজা ১৯২৩, জানুৱারিগী তাং ১ হায়দুনা লৈরম্মে, অদুগা কুঠিগী মতুং ইন্নদি ১৯২০ জানুৱারিগী তাং ১ হায়না লৈরম্মে। অহানবগী চহীসিদা লৌবনা মরম ওইদুনা ঐহাক ইং কুমজা ১৯৮৪ দা ইশাগী চহী য়াম্খে নিপাল অদুগা থবক তৌবগী চহীনা কুম্থ্রা শুরদুনা থবক্কগী পোত্থাখিবনি।

ঐগী পোকপগী মতাংসি ঐ ফাওবা ময়েক শেংনা খঙবা ঙমজদে। ঐসি কদাইদা পোকখিবনো হায়বদু তশেংনা খঙবাদি ঙমদে, অদুবু ঐনা জ্ঞান তারকপা মতমদদি ৱাহেংবম লৈকাইদা লৈরম্মে, অদুন ঐনা ঐগী পোক্লফমসি ৱাহেংবম লৈকাইনি হায়না লৌজরে। অদুগা ৱাকম অমনা ঐনা জ্ঞান তারকপা মতমদা লৈমিন্নরিবা ইপাদু বাঙ্গালী ওইরম্মি, মহাক দাস শাগৈনি, মমিঙনা প্রশন্ন কুমার দাস হায়বনি। অদুগা হৌজিক ঐগী য়ুম্নাক তখেল্লম্বম হায়রিবসিগী মরমদি, ইমানা অমুম্না তৌবনি হায়বিরম্মি। মতম অদুগী হায়বদি অনিশুবা লাঙ্গাওগী মম্নাঙদা, মনিপুরী মুপীশিংগী শিনফমসি অয়াম্বনা ফৌশু-চেংশু অমসুং ফি-রোল শাবনা ওইরম্মি। ঐগী ইমাম্ব চেঙশু-ফৌশু তৌরগা দুকান্দা চেঙ থাবসিনা মরুওইবা শিনফম ওইনা তৌরম্মি হায়। মহাক্না চেঙ থারিবা দুকান্দগী মহাজন্নি ঐগী ইপাদু। মহাক্কী দুকান্দা তোয়না চেঙ থাবা লাকপদগী শকখঙ-মায়খঙনরক্কনা মরী লৈনরকপদগী ঐদ মীরোনখিবনি হায়। অদুবু মতাঙসিদা লুরিবা ৱাকম অমদি জাতি তিন্নদবা মশেল চারো-মৌরোনবসি য়ানরমদে, সমাজনা মাংঙি হায়দুনা

শন্নবিদে, তোঙান্না ইম্ফোক্তনা থম্বিরম্মি। মরমসিদগী সমাজগী চৈরাক কিজবনা মহাক্কী ছুকাপ্পা থবক তৌরিবা তথেল্লম্বম চাউবাসিদা নামাদার ওইহনখিবনি হায়না ইমানা ব্রারী তৌরম্মি। ঐগী ইনাহু খন্নাম নিঙোম্রি, খন্নাম লৈরক্কুগীনি, মীদি খরা পিক্কক তৌই অহুগ। মশান্নি য়ান্না খিঙন্ডি, কুচুদি পুম্নে কুচুনি, মশকস্ত অহুম য়েংবা ময়'য়। ঐস্ত মহাক লৌরম্নবদি কুচুস্ত খরা ফরমগনি, শক-চু স্তু খরা থোক্লমগনি। অহুবু ঐদি পুরানা ইপা বাঙ্গালীহুনি, কুচুস্ত মুই, মশকস্ত ফজদে, অহুগা মীদি ব্রাং চাউই, ব্রাশি লৈ।

মতাঙসিদা ঐনা হায়জনিংঙবা অমদি মণিপুরদা মৈতৈগা অতৈ অতোপ্পা জাতিগা চারৌ-মৌরৌনবা হায়বসি মতম কুইনগী মমাংদগী হায়বদি বৃটিশনা মণিপুরসি লৌশিনবা মতমদগী লৈরক্লব্রা হায়না খল্লি। মহুগী প্রমাণদি ঐখোয়না ঙসি ফাওবা তাম্রি অমস্তুং উরি মহুদি, রামলাল পাল, রসিকলাল, প্যারিলাল, অসিনচিংবা। হায়রিবা খরসিদি লৈবাক্লা শকথঙ মায়থঙলবা ঙাক্তনি, মখোয়সি নত্তবা ঐখোয়গুম্বগী কয়া অমস্তু লৈরিবনি। অমরোমদা বাঙ্গালাশিংসিনা লৌরম্লিবসিদি মীচম্ব অমত্তা নম্রি, লৈমা-শিজা অমদি নিংথৌজা শাগৈগী নিঙোল ঙাক্তবু ওইনা তৌরি। মসিদগী হেন্দোক্তনা অহুজাতিকী ওইনা চারৌ মৌরৌনবা ফাওবা য়াওরি, মহুগী খুদম বোয়েৌ সাহেব ওংবী সনাতোম্বীনি। মসিনা উৎলিবদি মনিপুরদা মৈতৈগা মীরমগী মীগা চাবৌ মৌরৌনবসি ঙসি ওরাংতগী নত্তে, নিংথৌ পাম্লিবৈদগী, ১৮ শুবা শতাব্দা লোই-রমদাইদগী হৌরক্লবনি হায়নিঙ্ঙ। মায়কৈ অসোমদগী য়েংলুরবদ হৌজিক্কী মতমদা জাতি অমগা-অমগা চারৌ-মৌরৌনম্রিবসি থোইনা কায়দে হায়না খল্লি।

ঐগী অঙাং ওইরিবৈগী পুন্সিদি য়ান্না চম্বনি, হৌজিকস্ত অহুম মচম্মি। ঐদি ইমানা ইতোমতা পোকই, লৈবস্তু মী য়ান্না লৈরমদে,—

ঐগা ইমাগা বাবাগা ঐখোয় অহুমতমক লৈ। বাবাসু নোং ঙানবগা হুকান্দা চৎখি ইমাসু চাক-ঈশিং চায়গা মাগী শিনফম অমদি পাল্লি, মহু মতমহুদদি খুৎনা ফনেক লোনবা ওইরম্মি। মীগী খুনেক্লা মাগীরাদ খঙদে মাঙ্গোন্দা শমুক থাহুনা অহুম লোল্লি, ঐনা ইমান্নবীশিংগা শান্নমিন্নে। ঐখোয়না লৈরিবহুসু প্যারিময়ুমগী ইখোলদগী মচেৎ অমা লৈরগা লৈবনি। প্যারি হায়রিবসিসু বাঙ্গালীনি, য়াম্না মখোক-মউ চাউনা পাল্লম্বা ওংবা তাই মরমদি ঐখোয়না খঙলকপা মতম অহু ফাওবা মখোয়গী মাঙ্গোন্দু ন্নাচেৎনা ফজনা কারল চৎলগা খাক্সিল্লম্মি, অহুগীসু মথক্তা ঐখোয়না হৌজিক লৈবিবা ইখোল সগী মপা চপচানা উগী থোং অমা শারম্মি মহুবু 'প্যারি থোং' হায়না কৌনরম্মি। থোং শারিঙৈ মতমহুদদি কখুলোংগা ঐখোয়গসি য়াম্ন মুংঙাইনা চখোক-চৎশিন তৌনরম্মি অহুগা থোইদোক্লা মুংঙাইবদি কৈথেল কাবর্সিনি। ঐখোয়গীদি থোংসি হেক লাম্হোক্লগা চৎলবদি খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল অহুম য়োরে।

## ২

ঐনা নিঙশিংবগী মমুঙদা মতমহুনা খ্বাইদগী মুংঙাইবা মতাম হায়নিংঙি। অচম্বা খুদম অমা,— মেরা থাসি ঙা অতেকপা য়াম্না থোকপা মতাম্ন, খ্বাইদগী হেন্না থোকপসি, ঙাতোন, খাংক, পেংবা, শরেং, অসিনচিংবা মৈতৈ ঙা ঙাক্কনি। অহুদগী অমুক ঙাশেপ হায়রবা ঙাসিদা য়াম্না চাউবা মখল অমা লৈরম্মি মহুবু 'য়াইপল্লি ঙাশেপ' হায়রগা খঙনৈ, চাউবগী মতিক মহাওসু অহুম মরৈ। অহুদগী অমুক 'ঙা-তেন' হায়হুনা ফজপ্রবা ঙা অমসু লৈরম্মি, মসিসু মহাও য়াম্না লৈ, থোংলি, মরু য়াওদে। ঙাতেনগী ফজবদি অসুম্না প্রমাণ তৌনৈ, 'মুপীহু

তিংদা-য়াংদা চুম্নিদা ঙাতেন্দু মঙায়।' মসিদস্থু নত্তনা মহাও লৈবা ফজবা মৈতৈ ঙা কয়ামরুমস্থু ৈলরম্মি, অদুবু মতমগী মতুংইন্না হৌজিক্তি অমত্তন্ন মশক উথিদ্রে, মীরমগী ঙানা নমহৎখিদুনা ঈয়মগী ঙা মশক উবা ফংখিদ্রে। ঈরিল তুরেনগী ঙাতোন, য়াইপল্লিগী ঙাশেপ, রায়থৌগী ঙামহায়, লোক্তাকী শরেং, মহুৎ শিনথ্রে—বো, কাংলা, ইলিশা অমদি ময়াঙ শরেংনা। ঙা মচাশিংগী মরক্তা ঙারোয়' হায়বসিস্থু থোইদোক্লা শীংথানবা য়াবা ঙানি, মসিমদি মশক শুকউমক উথিদ্রে হায়বা য়ারে মসিগী মহুৎ ঙা-শাংনা শিল্লরে, মহাওদি য়োদে।

দেবী পূজা লোইরকপগী ক্লাক যাত্রা হায়রিবা মুমিৎসিদা, ক্লাকী ঙা ঈন হায়দনা ঙা য়াম্না থোকই মসিগী থোইদোকপা মরমদি, মণিপুরগী অয়াম্বা পাৎ তুরেন্দ ফারিবা ঙাশিংসি মাগী মাগী লমশিংগী কৈথেন্দা লোইনা য়োনবা ঙমদে, মরমদি খুঙ্গংগী মীওইশিংদা মতু লৈননবগী পাঙ্গল রাংলি। অদুনা ফারিবা ঙা-য়ামতু খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল য়োদবা য়াদবনি। সহরদদি মী মখল শুনা লৈ অদুগী মথক্তা লল্লোন ইতিক তৌবা মীস্থু য়াম্না লৈবনিনা, য়াম্বা-য়ামদবা মী খুদিংনা ঙা খর খরদি অহুম্মক মরৈ। মাসদা ঙাগী কুশ্মৈসি অস্থুক্কী মতিক মুংঙাই, ঙা-য়োনবীশিংন হৌজিক্কী খুৎম য়োনফম হায়দুনা লৈরিবা মফমসিদগী কাগুপ অনিথোক্লা লেংথরকপা পরেংনা, হৌজিক্কী পোৎ-চৈ য়োনবা দুকানশিংসি হেম্বনা লে থরকই। হায়রিবসি ইংশোক ১৯০০-৩১ অদুরাইগী মতম ওইগনি। মতমদুদা ইলেকট্রিক থাউমৈগী মমি ফাওদ্রি, উচান অমস্থুং পোদোনগী মতম্নি, বস, গাডীগী মখোল তাদ্রি। ইমা ইবেনশিংনা খোঙনা অথাপ্পা, অনকপা মফম পুম্নমক চৎনবা মতম্নি। করি অমুক হায়গনি ইমা-ইবেনশিংদুন খ্বাংচেং মাচ লাংলগা লুকমায় কোকথোংনদুন হুমিদাংরাহরমগী কৈথেল তিনখৎলকপা নংনব, রাই-থৌদগী চেনখৎলক্লিবনি। অদুবু মতমদুগী অঙাং ওইরিঙৈগী রাখন্দু

হৌজিক্তা নিন্দা তৌজনিঙঙি, মরমদি অহুয়োনা রানা লাংকচরিবা ইমা ইবেনশিংতুবু, ঐখোয়না 'রাইথৌশগোল' হায়না লক্লরম্মি।

অহুজগী অমুক য়াম্না নুংশিরিবনা অহু য়োনা রাজরবী ইমা ইবেন-শিংতুনা মুন্দাংগী পুং ১০/১১ অতুরাইদা করিগুম্বদদি পুং ১২ তাবসু য়াওই মরমদি ইমাশিংতুনা পুরক্লিবা পোৎশিংতু লোইনা শিংপা ঙাইবদা! অহু য়োনা থেঙলবা মতমতুদা, ইমা-ইবেনশিংতুনা হাকচাংগী উল্লেন মরক্তা ইন্নফি অপাবা অমগা তুপীগী মতুম্ত কোকশেৎ অমা চাউনা য়েংশিল্লগা কৈথেল কুম্মকই, চুম্না কুম্মকপা নত্তে, মুংশগ্রবা খোল্লে-খোন্দাদা রনাংনা বাংশক ফজনা শরুকই কনা অমংগ তাম্লা লৈহৌরবা মশাবীবু থাত্তুনা খুন্নুং ইশৈ শক্লকই, তাবদা থম্মোয়সি নুংওল্লি। কয়াদা চমজগ্রবা থম্মোয়নো! হৌজিক্কী মীরৈহৎনা থল্লবা রাঙাং, শাংঙাং অমসুং লমচৎ-ব্যবহারসিগা থায়নগী ইশিংগুম লুজরবা অমসুং চমজরবা ইমা-ইবেনশিংগী রাখল অমসুং লমচৎসিগা চাংদম্নরুরবদি সমুদ্রগা লাংথোংগা পাবগুম্বনি।

রাফম অমনা বৃটিশনা ঐখোয়গী মনিপুরসি লৌশিনবদি ইং কুমজা ১৮৯১ দা ওইখ্রবনি বৃটিশনা ভারতসি হেক লৌশিনবা হৌবদগী ঐখোয়গী থায়না চৎনরম্বা শেল ময়েক্কী মতুত্তা মখোয়গী শেল ময়েক হায়বদি মখোয়গী নিংথৌগী মশক য়েকপা শেল ময়েক চৎনবা হৌখ্রবনি। মসিনা তাক্লিবদি মনিপুরসি সাহেবকী মখাদা লৈ হায়বা তাকপনি। মতাংঙসিদা ঐখোয়না অঙাং ওইনা য়াম্না মুংঙাইজরিরদি শেন ময়েকসি খ্বাইদগী পিকপদা 'পাই' হায়বসি ফাওবা লৈরম্মি। পাই হায়বসি পৈশা অমগী শরুক অহুম থোকপগী অমনি, অহুগা মতেক হায়বাসনা পৈশা অমগী অনি থোকপগী শরুক অমনি। মতাংসিদা ঐখোয়না খ্বাইদগী মুংঙাইজরিবসি পৈশা অমা থাদরগা পাই অমগী পোৎ লৈরগা পাই অনি হল্লকপা, অমসুং মতেক অমগী পোৎ লৈরগা পাই অমা

হৃদয়কপসিনি। পোৎ অতুম য়াম্না ফংই মসিগী মওংসি হৌজিক্কী মতমসিদা পানশিনবা তারবদি, শেনগী মমল্লা ৱাংবা পোৎকী মমল্লা হোংবা হায়বদু ওইবা তাই, হৌজিক্কী ম৽মদদি শেনগী মমল্লা নেম্লে পোৎকী মমল্লা ৱাংলে, অতুনা ঐখোয়না পোৎ তাগলে হায়রিবসিনি।

ইং কুমজ' কুন্থ্‌াশিংগী মতম হায়বসিদি অনিগুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও খোক্লিৈগী মমাংনি। মতমসিমক নিংথৌ পানবা লৈবাক হায়বদু ওইবি। মতাংসিদা য়াম্না শম্না পঞ্জনিঙবা অমনা নিংথৌ পানবা হায়বসি মমিংতা ওইনা নিংথৌ লৈজবনি, লৈবাক্কী শাসনগী চুপ্লীদি সাহেবনা পায়রিবনি। নিংথৌদা শিন্নবা হায়ববু কইম হায়বদি ঐখোয়গী লৈবাক্কী চৌনবোল চংনরোল পূম্নমক ভাক শেন্দনা থম্বগী থবক্তি নিংথৌগী ওইজবা থংকি মসিমক্তা মরম ওইদুনা নিংথৌনা ধর্ম্মদা খুৎ থিংজিনবগী থবক হায়বদি মাংবা-শেংবা, ঈশ্তোকপা, লৌখত্তবা সমাজদগী তোঙান্না তাহনবা শম্না হায়রবদা ধর্ম্মগী মিংদা ভৎ-নৈবগী থবকসি মরু ওইনা নিংথৌগী মখুক্তা লৈ। খুদম ওইনা অমতং য়েংসি,- কনাগুম্বী মৈতৈ চনু অমনা মীৎপ হায়বদি বাঙ্গালী নক্রগা অতোপ্পা জাতি অমদা ওংলুবো, অদু ওইববদি মহাক্‌ মাংলে হায়জিনবিদুনা সমাজদগী তোঙান্না তাহল্লে, সমাজগী করিগুম্বা থৌদোক ৱাথোক অমতদা মহাকপু বাৰ্ত্তন তৌবিজে, মসিগী প্রায়শ্চিত্ত ওইনা শেংদোকপা হায়ব অমা অমুক চঙলি। শেংদোকপা হায়রিবসিগী মওংদি অসিনি,- নিংথৌগী সনা কোম্নুংদা ব্রহ্মসভা হায়বনা ব্রাহ্মণ থবনা শাবা সভা অমা লৈরি, মদুদা ভসাইগী মাংলে হায়দুনা ঈশ্তোল্লিবা মীশক্‌না পীকমথোকপা জরিমানাদু পীবগা কোম্নুংগী 'সনামোহর' হায়দুনা চে অমা পীরক্লি, মদু ঐনা অগম খনবদা কোটকী রায়গুম্বনি হায়না খল্লি। মদু পায়রবা মতুংদা মীয়াম হায়বদি ব্রহ্ম সভাগী অমসুং সনাজগী মীওই থরা চাক খাঙলবা মতুংদা মহাক্‌ শেংদোকপিরে। মাসমক ঐগী ইমাগী হাক্তক্তা থোকপ্রবনি।

## নিঙশিংলক্নি ঙসিদা

তরামাপল শুবা শতাব্দীগী অঙনবা মতমসি ঐখোয় মনিপুরী সমাজ অসিদ্না য়াম্না খুমুং ওইরি, অনৌবা চাওখৎপগী মঙানসি অদুক হাক-য়াম্না পাক শন্না তান্রি হায়ব য়ারি। ঐখোয়গী মৈতৈগী ওইজবা হৌন-লোনচত্তগী ইহোং-হোংদোক্নি হায়বা য়ারি। অদুগা ঐনা ঙকপা অমদি ঐখোয়গী মৈত্রবাক্তদ্না নৌনা ময়ুম মকৈ পানবসি চৎনরম্মি হায়বদি মুপীনা চহী ১৩/১৪ অদুগা মুপানা ১৭/১৮ অদুরাইদা পানবদ্ন য়াওই. অদুবু অঙকপা অমদি ঙন্না ময়ুম-মকৈ পাল্লবদ্ন মশা মউদি তিঙ-তিঙ লাউই, করিনমো খঙদে। ঐখোয়গী খ্বাইদগী লুরিবা চৎনবীসি মুপীনা মপুং-ময়ৈ ফারক্লবা মতমদা ফনেকসি খ্বাংদা শেৎপা য়াদে, থবাক্তা চিংখত্তনা শেৎকদবনি, শম হুগত্তনা লৈবা য়াদে শাই কক্কদবনি। মসিগী চৎনবীসিদি মুপীমচা মশাদুনা পামজদে কৈকা হায়দুনা চেনবা য়াদে, লৈকাইগী ইচেম-ইনেমশিংদুনা নমদুনা ফিদোন চিংখৎপিগনি, শাই ককপিগনি। মুপা ওইবশিং অয়াপ্পনা ফৈজোম শেৎলি, থোঙ্গাওদি অফিসকী থবক তৌবা মী খরতনা শেৎপান।

মতমদু কাউতমদে খল্লু খল্লুরগা, নিঙশিং-নিঙশিংলুরগা হেন্না হেন্না মুংশিরকই। মী পুন্নমক্কী থম্মোয় চম্মি, কনা-না কনাদন্ত মীরৈহং তৌদে, ওইদ-নত্তবা রা ঙাংনদে, তুরান-চিংহীগী থবক য়াম্না তাঙনা থোকই। মতমদুগী হুরানবা অচৌবাসি শগুণ তৌবনি, যণ হুরানবনি, মসিবু মীয়াম্না য়াম্না কিনৈ অমদ্নুং হঙ্গোইনৈ। হৌজিক মতমগী লুট পাট তৌবা ঐনা হায়বা য়াদ্রগা হাত্তোকপা, অসিনচিংবাসি মতমদুদদি মুকলৈমক লৈরমদে হায়বা য়াই। করিগুম্বদা লৈরগদ্ন মতমদুগী সরকারনা চৈরাক চাউনা পীবনিনা, চৈরাক্তু কিবদগী ইত্তৌ তৌনদে। য়াম্না চথা ময়াম্না খঙনবা মওংদা হায়বা তারগদি মী অমনা কনাগুম্বা মী অমা হাংলুরবদি, মীদু ফাঁসি তৌদুনা হাত্তোকপগী আইনসি লৈরম্মি. মসিমক বৃটিশ সরকারগী আইন্নি হায়বা য়াই। ঐখোয়গী হাক্তক্তা ফাঁসি তৌখিবা

মী অহুম থেংনহৌই – (১) শিনাম চাউবা, (২) লালা সিংহ, (৩) জাতুনং কবুই। অহুমসিবু হাংপগী দগিও পীরিবসি অহানবগী অনিসিনা মী হাংলুবগীনি অতুগা অকোনবগী সিমদি বৃটিশকী মায়োক্তা লানহৌবগী দরক বৃটিশ সরকারনা মী হাংপগী মরাল পীশিল্লগা ফাঁসি তৌহুন হাংখিবনি হায়নৈ অসুম্না জাতুনংনা থুপগ্রবা মতুংদা মচন মুপী রাণী গাইদেলুনা মবুংগী লোইশিল্লমদবা থবক, অমুক লোইশিন্নবা শমথখিবনি হায়নৈ। ঐনা হায়জরিবা থরসিদি অতাবা অমসুং অউবা থরদগী হায়জবনি, মসিগী ইং শোক তারিখ পূম্নমক্তি ইতিহাস শূবা মীওইশিংদা শিন্নজরি।

ইং কুমজা ১৮৯১ দগী বৃটিশকী মখা পোনখিবা'ন হায়বসিমদি করিস্ন কায়রে। মখোয়গী শাসনগী মওংতুমদি ভারত পূম্নসি বৃটিশ ক্রাউনগী মখাদা লৈরগা মখোয়গী মহুৎশিনবা লৈঙাকপা অমমম প্রদেশ নত্রগা রাজ্যশিংদা থম্মি। রাজ্যগী ওইনদি পোলিটিকেল এজেন্ট হংয়তুনা অমা থম্মি। অতুগা মতমতুগী শাসনগী মওংদা থোইদোকপা অমস্ন লৈরম্মি মতুদি হৌজিক মতমগী মন্ত্রী মন্দলগুম্না মতমতুগীসু লৈবাক্তী শাসন পুনবা নিপাল কন্বি হায়তুনা মেম্বর নিপাল লৈরম্মি মতুবু দরবার মেম্বর হায়না খঙনরম্মি। দরবার মেম্বরশিংসিগী লুচিংবা অমা লৈরম্মি মহাক্তুবু প্রেসিডেন্ট হায়না খঙনৈ। দরবারনা লৌবা রারেপ পূম্নমক মহাক্না সহি তৌগদবনি। অতুগা ঐনা অমুক মতমতুগী য়াম্না পঙবা মওংতু নিঙশিংলুরগা হৌজিক্তা নোক্নিঙবা পোরকই, মতুদি মী অম ফাঁসি তৌনবগী ভাইসরোইদগী নত্রগা গোভর্ণর জেনেরেলদগী হুকুম লাকপতুবু মহারাণী ভিক্টোরিয়ানা থারকপা ফাঁসিগী থৌরী থুংলরে, হায়তুনা কোয়লাঙ হেক লাঙনৈ। মীওইবগী অপঙবা রাধনগী লমচৎসিবু খল্লুবদা ঐগুম্না নোক্নিঙবা মীওই কয়া মসু লৈরম্নোই হায়নিঙাই লেতে।

## নিঙশিংলক্লি ঙসিদা

মতমতুগী মী লাইরিক লাইশু হৈরবা লৈবাকী রায়েন-থৌদা পুরম্বা অহল-লমনশিংতুগা হৌজিক্কী লাইরিক-লাইশু হৈরবা লৈবাক্কী রায়েন-থৌদা পুরিবশিংসিগ থেন্নবসিদি সমক্রুগা লাংখোংগনি হায়বগী অর্থদি মতমতুগী অচৌ-অশাংনি হায়তুনা লৈরম্লিবশিংতুনা মী অমা থবক হাপ্লিবদা নত্রগা মহাক্তুগী কান্নবা করিগুম্বা অমা তৌবিবদা, মতুগী মমল লৌনদে। হৌজিক মতমগী মী অমা থবক হাপ্পদা লুপা লীশিং য়াম্খৈ/লুমকুগী চংনবীসি লৈরমদে। করিগুম্বা হাপ্লিরিবা নত্রগা তৌবিরিবা মীগী পেল্লবা নত্রগা মুংঙাইরবা, ঙা চরা অমা থিল্লুবা নত্রগনা করিগুম্বা খুদোলপোৎ অমা তমুবদি তৌনৈ, মস্তিক্কবগী রাকমদি সুক্লেমক লৈতে হায়বা য়াই। হায়রিবা তরামাপন্নগুবা শতাব্দীগী অঙনবা মতম অসিমক হায়নিঙঙি, সত্য যুগকী মশেক মঙাল খরমখৈদি লৈহৌরিমাল্লে হায়বসে। মতমতুমক কয়াগীমতিক চম্বগে হায়ববু কৈথেল থেঙনা কূমকপী ইমা ইবেনশিংনা, মখোয়ত' চৎপতু হঙোইরবা মতমতুদা তম্বা লুপা অমা লাকপদা. 'ইবুংঙো কদাই য়ৌগদবনো. অশ্বাই ঙাওবদা থিনবিয়' হায়রকপা মতমদা লুপাতুনা ইকাইখুম্ননা খুমকই: 'ইমা কদাই য়ৌগদবনো থিঙ্গগে', হায়রগা মখোয়না প্যাম্লব। মফমতু য়ৌনা থিনবিরম্মি। হৌজিক মতমগীদ লুপীমচা অমা অচিকপদ। খরা লাকপদা লুপামচা খরা লৈরম্বা উরবদি, মীগী ময়ুমদা চঙতুনা লুপামচাশিংতু চংখিবা ঙাইরগা লুপীমচাশিংতু চংনরে। মসিবু মতম্না পুরকপা চাওখৎপনি হায়সিরা চাওথবনি হায়সিরা! হায়ফম লাকফম অমতা থঙদ্রে।

হৌজিক্কী মতমদা ওইরিবা মীওইশিংগী ফিভমসিগা মতমতুদা লৈরিবা মীওইশিংতুগী লমচৎ-ব্যবহার অমসুং রাখনগী লমচৎকা য়াম্না শাথীনা থেন্নপ্রে। হৌজিক্কী মতমসিগী মীওইশিংনা ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংতুবু পঙঙি হায়নদি লৌনৈ. অতুবু ঐগী মঙদি মখোয়বু পঙঙি হায়নিঙদে, অমরোমদা ইচম-চমজবা, নমথাক লৌনম য়াওজদবা,

লৌথুপ লৌকোই লৈজদবা, মীওইনি হায়না লৌজনিংঙি। হৌজিক্কী মীওইশিংসিনা হৈ-শিংবদা, অওং-পা শাবদা পশীং থোকপা মীওইনা অয়াম্বা ওইনা তৌরে মসিমক্তা মরম ওইদুনা সমাজসিদা মরক-মরক্তা তংদু লৈতাদবা ফিভম অমা ইতৎ-তওনা থোকহল্লি, মদুনা ঐখোয়গী মমুংদা অমগা/অমগা মত তিন্নদবা অমদি থাইবুং/থাইদুং তানবা অমা হেক-হেক পুরকই। তৌবগীবুদি পৃথিবীদা থোব্রিবা অনৌবা য়াওম অমা লাকপগী হৌনশাবুদি ওইবা য়াই, অদুন্নমক ওইদুনসু লাক্কদৌরিবা অনৌবা য়া-ওনদুগা ঐখোয়গা চান্নব্রা চান্নদব্রা হায়বদুমদি য়াম্না চেক-শিন্না অমসুং মুম্না য়েংফম থোকই। অনৌবা য়া-ওন্দুনা সমাজ লৈখা তানবগী মশক ওইরবদি মদু পুরক্কবনা হেন্না ফগনি।

৩

সাহেবনা পানবা মতমদা ভারতকী চাওখৎ থৌরাংগী মায়কৈরোমদা থোইদোক্লা পুল্লিঙ চঙলমদে হায়বসিমদি অদুম্বা ওইগনি। মসিগী প্রমাণদি অনিশুবা লাঞ্চাওগী মমাংদা লৈরম্বা লম্বী থোং অদুনা অদুম ওইজরবনি শহর অমদি খুঙ্গংগী লম্বী শরক পুন্নমক নোংজু থাদা লৈখোম্না চৎপা য়াদে, নিংথম অমসুং কালেন থাদনা উফুলনা মদুৎ শিল্লি। লৈখোম থোক্কবা লম্বী অমতং থল্লবদি হৌজিক্কী গভর্ণরগী মমাংগী লম্বীসি নওনা অতৈ অমা লৈতে হায়বা য়াই। থাজনাদি য়াম্নবসু য়ামদ্রবসু অদুম মরোই, অদুননি ঐনা মতমদুগী প্রজাশিং পঙডি হায়'রবসি মরমদি করিগুম্বা দাবী অমতা পুখংপগী রাফম লৈতে হায়বদি হৌজিক্কী মতৌগুম্না শেম্বিয়ু, শাবিয়ু হায়বগী বাফম অমতা লৈতে। মদুনা ওইবা তাই,—মমাংডৈগী মীশিংসি পঙডি হায়রিবসি। অদুগা সাহেবপু থাগৎপা য়াবা বাফম অমদি মখোয়না অনৌবা জ্ঞানগী

মঙাল শীননবা ইংলিস স্কুলনচিংবা লিংখৎপিরম্বসিদি অফবা নত্তে হায়বা য়াগোই।

পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওগী মতুংদগীদি পৃথিবী 'পূম্বগী ওইনা অওনবা অমা লাকখি। হায়রিবা অওনবা অসি ঐখোয়গী মৈত্রবাক-সিদসু য়োৎকখিদবা নত্তে। ফিজেং-চাকচা, হৌনরোল-চংনরোল, য়ুমৈ-কৈরৈ পূম্বা ওনথ্রবনি, করি অমুক হায়গনি, চাং-তুরেল, পাৎ পূম্ববু মহৌশাগী ফিভমদগী মওং অমদা ওনথ্রবনি, ওন্ত্রিবা হায়ববু মীওইবদা য়াওরিবা থরায় মঙা অসিতা মঙায়রে। অহ্নগা অমুকসু জীব পানবা হায়বসিদা ওম্মোক্লা কল্লবা থেংনবা ঙম্বগী, মায়-য়েক্নবা ঙম্বগী পাঙ্গল অমা য়াওরি, পাঙ্গল অহ্ননি ঐখোয়না ঙসিগী অওনবা ময়াম অসি থেংনবা ঙম্লিবসি। অতুনদি **Darwin গী Theory 'Servival of the fittest'** হায়বসি কয়াদা চুমথ্রবনো! মীওইবদা অওনবা ময়াম অসিগী শাফুসি থেংনবা ঙম্নবগী শক্তি অমা ফজনা য়াওরি, মহ্নমক্তি মীওইবনা হৌজিক ফাওবা হিংতুনা লৈবা ঙম্লিবসি।

ঐনা নিঙশিংজরিবা মতমসি চাউরাক্লা অনিথোক্লা খায়দোকচগে, অহানবা মতম্না অনিশুবা লাঙ্গাওগী মমাঙ, অনিশুবা মতম্না লাঙ্গাওগী মতুং। ঐনা মসিগী মমাঙদা মতমতু খরসু নৈনজগ্রে, মখাতানা খরগা অমুক নৈনজগে। হুন্দক্কী মতাঙসিদি ঐখোয়না মুপীমচা পুংকক চাউরকপা হায়বদি চহী ১০/১১ শুরকপা, ভাবতি খরা খরা তারবা মতাঙ ওইগনি। কবি অমুক হায়গনি, মতমতুগী মীশিংতু ইশিংমুক চম্মি হায়বা য়াই হায়বদি মীগী ফজনবা রাখল থম্লদে, মীগী মুংঙাই-য়াইক উরগা কল্লকপা, মিহৌবা পোক্লদে, অমরোমদা মরাইবক্লা মুংঙাইয়ু হায়না তম্লক্ক্নো মুংঙাইরিবনি হায়না য়াম্না চম্না খন্দোকপা ঙম্মি। ঐখোয়না উজহৌবগী মমুঙদা খুদম ওইনা অমা'নিদং পঞ্জগে, মতমতুগী হায়বদি অনিশুবা লাঙ্গাওগী মমাঙদা লৈরম্লিবা লুহো'বগী

চৎনবীহুগা হৌজিক্কী লৈরিবসিগা অনিসি য়েংলুবদা পুক্লিংদা অকি-তুজুংবা অমা পোকই। মতমহুগী চৎনরম্বা লুহোংবগী মওংদি,— মুপা বরহু খোঙনা চৎলি, বাজাই বেঙ্গুন, য়াওদে, বরগা লোয়নননা অহল লমন অমদি ফিরুক .পুবীনা পরেং লেংহুনা সভা যাত্রা চৎপগুম চৎলি. হোরেল মুপী হায়র্বদি লুহোংলিবী কন্যাহু থিনবদা শামু নন্দ্রগা দোলাইনা থিল্লি। খরা ইনাক-কৈরাক খুনবা অমদি মুংঙাই-য়াইফ, লৈবাক্লা মশক খঙবা ইমুঙগী ওইরগনা শামুদা ওইনা থিরে, অহুগা পৈশাসু চাই। ঐখোয়গুম্বা অঙাংশিংসিনা পৈশা খুনগদবগী হোৎচিন্নবদা শামুনা নেৎকে ভৌবসু য়াওই। দোলাইনা থিনবদসু মুংঙাই-য়াইফ ইমুঙগী নিঙোল ওইরবদি পৈশাদি অহুম মচাংরে। মতমহুদা চৎনরম্বা শেন্দি, পৈশা, মরি চৎপী, আনা, শিকি, মখায়, লুপা অহুম হায়না চৎনরম্মি, অহুনা চাংরিবা শেন্দু, মরি চৎপী ( পৈশা মরি ) আনা, শিকিনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। মহুদা শিকি অহুম/মরি খুলহৌরবদি মুংঙাইবগী জাত্তা লোইরে।

অউন পোৎকী মতাঙদা অমুক য়েংসি। অউন-পোৎ হায়বসি অমরোমদা খল্লরবদি খুদোল পোৎনি হায়বসু য়াই। লাল মমাঙদা চৎনরম্লিবা অউন-পোৎকী চৎনবীহুদি য়াম্না চম্মি কমুও কা,থোল জুড়া অমা, পুখম ভেঙ্গোৎ, চাইশেন, খুজাই, অসিনচিংবা হায়র্বদি মুম অমা পানবদা চঙদবা য়াদবা পোৎচঙ অহুতমক পীনরম্মি। মহুদা মুপা মমুমগী কাঙবুহুনা য়াম্মি-য়ামদে, কজে-ফজদেগী মরমদা করিসু হায়নদে, সমাজনসু করি'মতা হায়নদে, মানা-মানা ঙমজবা হায়বহুনি হায়বগী রাখন্দা অহুম মরৈনৈ। খন্দুনা অমুক্তং য়েংসি লাল মমাঙগী লৈরম্লিবা অউন-পোৎকী চৎনবীহুগা হৌজিক্কী লৈরিবসিগা খেন্নরিবা মওংসি। হৌজিক্কী লৈরিবা মওং অসিনা অহুম তঙনা চথরবা, হায়বদি জীব, কার, ফ্রিজ, টেলিভিজন, রেডিও, উপু ( য়োৎ অমহুং উগী ) ৫/৬, কেন, অসিনচিংবা কয়াসিনা থুজিং ওইনা উন্নবা তাররুবদি, লায়রবা ইমুঙগী

নিঙোম্বি করম্মা লুহোংগনি! মমা-মপা ওইবশিংহ্না মচান্নুপী অমা লুহোংবদা ন্নুম-ইশ্খোল বন্ধব নন্ত্রগা য়োনবা তারক্লি। অদুনদি মমাঙৌদা বেজোলদা মচান্নুপী পোক্লকপদা ইশিংদা থাদথিবগী রাফমত্থ কাওবা লাকপা য়ারি। কনাগুম্বনা হায়রক্ল'নি মতমগী য়াওন্নি কনা-না থিংবা ঙমগনি। অদুবু ঐখোয় অমুক্তংদি খন্থবা কৈ মত্থদি মতম্না পুরকপা অওনবনি হায়থুনস্থু পুন্নমক অমতা চিঙ্খদনা লৌশিনবদি লানগমি, ঐখোয়গী সমাজগা চানবা-চুনবা মত্থতমক লৌশিনবনা চুমগনি। মতাঙসিদা ঐখোয়না ভারতকী লাষ্ট ওইগ্রবা লুচিংবশিংনা হায়রম্বত্থ নিঙশিংবদা কান্নগনি,—'ভারতকী থোঙ-জাও মিং-হুংথোং পুন্নমক লাওনা হাংদোক্ল্না থমসি, মত্থদা হুমজিন্নিঙবা হুংশিং পুন্নমক হুমক্লিল্লকসম্নু, লৌবা য়াবা অফবা অংতমক মরৌহৌসি।' মসিমক ঐখোয়না খ্বাইদগী হেন্না চুম্বা রাফম্নি হায়না লৌবা য়াই, মরমদি পৃথিবীদা লাক্লিবা অওনবা নন্ত্রগা চাওখৎপগী থৌ-ওং পুন্নমক ঐখোয়গা চানদে হায়থুনা থোঙ লোনশিন্দুনা থাঙ-লবদি করম্না চাওখৎপগী মঙাল ফংগনি! অমরোমদা অমুক ওল্লক্লিবা পুন্নমক খন্দোক-খক্লিন নাইদনা লৌশিল্লবদি, মমৈথংদদি 'ঐখোয়গী ওইজবা' হায়বত্থ পুম্মুৎ মুৎখিবা য়ারি। মরম অত্থনা লাক্লিবা অওনবশিং ঐখোয়গা চান্নবা-চুনবা য়েংলগা লৌশিনবনা চুমগনি খল্লি।

অওনবগী মায়কৈরোমদা অমুক খন্নসি। 'অওনবা' হায়বসিদি লেপ্তনা চেন্থরিবা ঈচেন্নি কনা-নত্থ থিংবা ঙম্নোই, মসিদি মতমপুম্বদা মীওইবগী পুক্লিগা ঈরোয়নন চেন্থমিন্নবনি। অমরোমদা হায়রগা অওনবা হায়বসি চাওখৎপগী খুদম্নি হায়বা য়াই, নঙত্থনা আদাম অমস্থং ইড্না মহৌশাগী ফিভমদা লৈরন্নবা, জ্ঞান লৈবা অমস্থং বিজ্ঞানিক কন্না পোক্লমত্রবা, অত্থ ওইরবদি ঐখোয়না ঙসি উরিবা পৃথিবী অসি ওইরমগত্রা! প্রমাণ অমদা ঐখোয় অয়াম্বনা অমম্বদা থাজবগী চৎনবী অমা লৈরম্নি হায়বদি ভূট, প্রেট, লাই-ভীন, মাইবা-মাইবীগী রা পুন্নমক

অত্থদা থাজবা। অদুবু বিজ্ঞানগী পাশ্বৈনা ঙসিদি অত্থগুম্বা ওইদ-নত্তবা পুম্নমক্তা থাজবত্থ লোইনা মাঙগ্রে. পুম্নমক অশেংবা অমম্থুং অ ওইবা তাইবংদা লাক্লবনি। মরম অত্থনা লাক্লিবা অওনবা পুম্নমক ফত্তবনি হায়না লৌবম্থু লানগনি অত্থগা ফত্তবনি হায়না লৌবম্থ চুম্লোই।

ভারতনা নিঙতম্বা ফংজ্রিবৈ ফাওবদদি মণিপুরসিদা নিংথৌ পাম্লম্মি। নিংথৌ পানবসিনা হীরম খরদা নিংথৌগী মনিঙ মখা তম্বা লৈজরবত্থ ঐথোয়গী ওইজবা হৌন-লোনচৎ অমম্থুং থকাস-খাসি নাইবগী মওংদদি ফজবা চৎনবী খরা লৈরম্মি। হায়রিবা চৎনবীশিং অসি ঐথোয়না, থকসি-খাসি নাইবগী মায়কৈরোমদা য়েংলুরগা অসিগুম্বা চৎনবীশিং অসি শীংথানবা য়াবা মওংনি হায়না লৌবা য়াই। ঐথোয়না উহৌবা অমম্থুং য়েংনহৌবা খরা লৌখৎতুনা য়েংবা য়াই, চৎনবীগী মতুং ইন্না নিংথৌ লাক্কনি হায়রবদি. নিংথৌনা লাক্কদবা লম্বীদ্দা থোঙগান খুদিংগী লফু পাম্বী য়ুংই লোয়ননা ধুপ-থাউমৈম্থ থাই। মসিগী চৎনবীসিদি নিংথৌ পান্দ্রবম্থ হৌজিক ফাওবা চৎনরি হায়বা য়ারি. মরমদি কনাগুম্বা অচৌবা মী অমা লাকদৌরি হায়রবদি ঐথোয়না গেট হায়বদি হোজং শারগা. 'রেঙ্গকম' নত্ত্রগা 'স্বাগতম' থাত্থনা মহাকপু ওকপগী থবক তৌরি, মসিমক লৈবাক্তী অচৌ-অশাংদা উৎকম থোকপা ব্যবহারত্থ উৎপনি হায়না লৌগনি।

অতোপ্পা পনবা য়াবা ফজবী অমনা, নিংথৌনা লাক্কদবা লম্বীদা মৌ ওইবীশিংনা মকোক থাদোক্তুনা চৎপা য়াদে অত্থগা লৈশাবীম্থ মশম থাদোকপম্থ য়াদে। চৎনবীসিগী রাংমা লাল্লুরবী মহাক অত্থদি অকনবা চৈরাক হায়বদি মরু কোকথোকপনাচংবা পী। অত্থবু অহল-লমনশিংগী মমাঙদা কোক খুমত্থনা ব্যবহার উৎপা হায়বসিদ ঐথোয়গীসিতদা নত্তনা হিন্দু বাঙ্গালীশিংগী সমাজদম্থ চৎনৈ। বাঙ্গালী চন্নরাশংনা মপুরোইবগী মমাঙ ফাওবদা মকোক খুম্মি। অসিগুম্বা চৎনবীসিদি থকসি খাসি

অমসুং ব্যবহার লোনচংলোমদগী য়েংলুরবদি থোইদোক্লা ফজবী লোনচং অমনি হায়দবা ঙম্মোই।

অম্মম্না চংনবী কয়াসিনা পল ওইনা খাজিন্দুনা লৈরিঙৈদদি মীপুম খুদিংনা লমচংকী মরীদা য়াম্না চ্যোকশিন্না খন্নরম্মি। মৌশিংনা মকু-বোক অমসুং মতৈগী মমাঙদা মকোক খুম্নরম্মি, চংপা ফাওবদা লাপ্না থৈদোক্লগা খুবাক্লা খন্দনা চংনরম্মি। হৌজিক্তি কদাই! অম্মম'সুম মাঙথরকপদগী ঐখোয়গী সমাজদা লমচংকী মরীদা হায়নিঙঙাই লৈতনা মাঙথরক্লে হায়বা ফাওবা য়ারে। করি অমুক হায়গনি খ্বাইদগী হঙ্গোইনরিবা মতৈগী মমাঙদা মকোক খুম্নরক্লে, মকুবোক্তা ফম্বিন্নদুনা বারী শান্নরক্লে। পুন্নমকসি ঐখোয়না অফবা অমসুং চাওখৎপনি হায়না লৌবা তারবদি, মসিদগী হেন্না ফত্তবা করম্বা অমা'মুক লাকখিগনি।

## ৪

মণিপুরদা মুপীনা লাইরিক তম্বা হৌরকপা অরায়বা থবক নত্তে। তাং-দাংবা মতম্মক খঙদ্রবসু কুনশুবা শতাব্দীগী অঙনবা মতমদগীদি হৌরম্বা য়াই খল্লি। ঐখোয়না খংলকপদ মুপীনা লাইরিক-লাইশু তম্নসি ইরৈ লৈনরমদে, করিগুম্বা তম্বা তারবসু চাং নাইনা স্কুল লিংনরমদবনিনা ওজাগী ময়ুমদা চত্তুনা তম্বনা অয়াম্বা ওইরম্মি। করি-গুম্বদা লৈবা তারগসু এল, পি,; ইউ, পি, ফাওবদং লৈরম্মি। অদুবু বাবুপারাদা মুপীগী স্কুল অমদি লৈরম্মি, মদুসু মেট্রিক ফাওবগীদি নত্তে। মরম খিবিকসিদগী মুপীনা লাইরিক-লাইশু তম্বগী খুদোংচাবসি ইফং কংলমদে হায়বা য়াই, অদুম ওইনমক মুপীনা লাইরিক তম্বগী ঈহৌসি ভারত পুম্বগী ওইনা হৌরক্লে। ঈরাংসি, থেঙলবসু থেঙনা মণিপুরদসু য়ৌরকখি।

ভারততা মুপীনা লাইরিক-লাইশু তম্বগী য়াকায়বদা, সমাজ সেবক ওয়ানা অচৌবা থৌদাং লৌখিবগুম মণিপুরদসু মতমতুগী সমাজগী লমজীং মৈয়া পায়খিবা পুকচেল চাউবা সমাজবু অমসুং মরৈবাকপু সেবা তৌজনিঙবা কয়ানা অচৌবা থৌদাং কয়া কোকথোঙনখি। ভারতকী ওইনা য়েংলুরগা রাজা রাম মোহন রোয়, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, লোর্ড উইলিয়ম বেন্টিঙ্কনচিংবা কয়ানা অচৌবা থৌদাং লৌখিবগুম মণিপুরদসু স্বর্গীয় কোয়জম অমুবী, ৺হাউবম ইবুংঙোতোম্বী, ৺থোকচোম মধু, অসিগুম্বা লাই ওইথ্রবা অহনশিংসিনা অচৌবা থৌদাং য়াখি। স্বর্গীয় ভদ্রলোকশিংসিতা নত্তবা অতৈ কয়া'মসু লৈরমখিগনি, অতুবু ভদ্রলোকশিং অসিতা মরু ওইনা পঙ্করুবগী মরমদি মখোয়না অহিং নুংথিল থায়দনা। মুপীমচাশিংগী স্কুল লিংনবা অমদি মখোয়বু স্কুলদা থাররুবগীদমক য়ুমথোঙ খুদং চঙতুনা পাউজেল পীরুবতুনি। মরম কয়াসদগী হায়রজনিঙঙি, অসিগুম্বা লাই ওইথ্রবা অহনশিংসিগী মকমদা হৌজিক মতমগী লাইরিক-লাইশু হৈরবী মুপীশিংনা চাউরবা লমন তোল্লবনি।

স্বর্গীয় কোইজম অমুবীগী মমাঙ শঙোয়দনি এখোয়না চাং নাইনা লাইরিক তম্বা হৌখ্রিবাস। অতুদগী অমুক মখোয়গী মমাঙ হায়বদি হৌজিক 'ভাগ্য ফর্নিচর' হায়তুনা লৈরিবা মকমাসদা দলাল মথোল অনি শারগা অমুক তম্লে। লাইবক থীবদি মতু অমুক ফাইরেল-লমতাগী নোংলৈ-গ্রংশিত্তা স্কুলতু তেকখিঙনা শঙোয়দা অমুক হৃজিল্লে। স্বর্গীয় ভদ্রলোকসিগী থবকসি য়েংলুরগা মহাক্না রাখল অমসুং কখোকপগী মপাল নাইদবা পুক্কোন হায়নিঙঙি। স্কুলসিগী মমিঙনা 'নিউ গার্লস হাই স্কুল' হায়না থোল্লি।

মথংদা ইং কুমজা ১৯৩৫, মুপীমচাশিংগী লাইরিক-লাইশু তম্বগী ইতিহাসতা থোইদোক্লা শীংথানিঙঙাই ওইরবা চহীনি হায়নিঙঙি মরমদি

চহীসিমক্তদা তম্ফাম্না গার্লস হাইস্কুল লিংখত্তুনা, নিউ গার্লস হাইস্কুলদা মরু হনখিবা স্ত্রী শিক্ষা হায়বদি মুপীনা লাইরিক তম্বহু তম্ফাম্না স্কুলদা মপাল শাত্তুনা মহূয় য়ানগ্রে। হায়রিবা স্কুলসি পুকচেল চাউরবা মণিপুরগী মহারাজ সার, চুড়াচান্দ সিংহনা মচ্চা ইবেম্মা অহল তম্ফাম্নাগী মমিঙদা লিংখৎখিবনি। হায়বা য়ারে, মতমহুদগী হৌনা মুপীনা লাইরিক তম্বসি চাং নাইবা হৌগ্রে। অতুগা য়াকম অমসু হায়জনিঙঙি মহুদি সার চুড়াচান্দ মহারাজসি নিংথৌ ওইজরবসু ইতিহাসকী (এনলাইটনশিং) হায়বদি জ্ঞান তারবা নিংথৌ হায়বহুনি। মহাক্না লিংখৎলম্বসি মজা-*ইবেম্মা য়াইমগী মমিঙদা তোম্বীস্না হাইস্কুল*, তোম্বীস্না য়ার্ড, চুড়াচান্দ হাইস্কুল, *লিংখৎপিরম্মি। মসিদসু নত্তনা ময়াম্নুং অহন্না য়াজা ভুম্ব্রু সিংহ* হাইস্কুল, মজা-ইবুংঙো বৃদ্ধচন্দ্রনা বুদ্ধচন্দ্র কলেজ লিংখৎপিরম্মী। মতৌ অসুম্না নিংথৌ শাগৈ অসিনা শিক্ষাগী লমদা মণিপুরদা অনৌবা মঙাল পীননবা হোৎনখিদে হায়বা য়ারোই।

তম্ফাম্নাগী হৌরকফমদি, কোন্নুং লম্পাক হায়না খঙনরব্বা হৌজিক-মক শোং এণ্ড ড্রামা ডিভিজন্না লৈরিবা মফমসিদগী আর্ট এণ্ড কলচর ডিপার্টমেণ্ট লৈরিবা অসিনা কোনবা লম্পাক অম্বাইফাওবা ওঃগনি খল্লি। স্কুলগী মমাঙমক্তদা থা মচেৎ শাবা, খয়োম-থম্বাল ফজনা হৌবা পুখ্রি মচা অমসু লৈরম্মি। পুখ্রিহু শিড়ি ফজনা চল্লি, নিংথম-থাদদি পুখ্রিহুগী শিড়িহুদা, হাপথাবা মতমদা ঐখোয় ময়াম মুংশা য়াইহুনা ফম্মি, খয়োম-থম্বালগী কুম্মেসু য়েংই, লোয়নন্না য়ারী-য়াতায় কয়াম্সু শামিন্নৈ, ইশৈ হৈবনা ইশৈসু শকই, ফাগি হৈবনা ফাগি তৌই, পুংখায় অমগী মতমহু অয়েম্বদা মাঙহন্দে। খুাইদগী হেন্না মুংঙাইরিবা অমনা খুড়া চৌদারগী মুপী ইন্দোন্দগী শিংজু, বোরা, কাংঙৌ লৈরগা ঐখোয় ময়াম চাম্রিম্নবহুনি। মতমহুগী পুন্সি, অমুক হন্না লাক্লরোই খল্লি মরমদি মতমহুগী পুন্সি মহিংদি য়ান্না চম্মি অমগা'মগা মুংশিনৈ, মরুপ্তা মরুপ

ওইবগী মওংনি। মরমমতুনা হৌজিক্কী মতমসিদা চিংনবা অম, পোল্লুক্লে, চহী ৫০ গী পুন্সিদ্বুনা অচুম্বা অশেংবা ওইরিব্রা নত্রগা হৌজিক্কীসিনা ওইরিব্রা!

মতমপুম্বদা থম্মোয়দগী মুৎপা য়াররোইদবা ৱাকম অমনা, মতমমতুগী ওজা অমসুং ছাত্রগা লৈনবা মরীদুনি। ছাত্রনা ওজাবু অমুকী মতিক ইকাই খুম্নজে ছাত্রদুনা চংকদবা লম্বীদা ওজা লৈরবদি অমরোমদা থৈদ্বুনা চংলি, ওজা উরগা কোক লৈপাক্তানা খুরুম্নরম্মি, ওজনা ক্লাসতা লাইরিক তাক্লিজৈদা চ্যেক-মোক লাউনদে। অমুকসু ওজাগা ছাত্রগা লোয়নবদা মপাদ-মপা মচাদ-মচাদৌনা লোয়নবা মতৌসু উবা ফংই, মতুদি স্বরসতী পূজানচিংবা পাণ্ডথোকপদা মতম খরা থেংগ্রবসু ওজা-শিংনা ছাত্রশিংবু ময়ুম-ময়ুমদা ফাওবা থিনবি। হৌজিক মতমগী ওজাগা ছাত্রগা লৈনরিবা মরীসিগা য়েংনরুরবদি অশোয়বা অমদি য়াওরে,—ওজানরা? ছাত্রনরা? হায়বতুদি হায়বা ৬মদ্রে।

ৱাকম অমনা করিগুম্বা অনৌবা থবক অমা পায়খৎলকপদা অৱাবা খরা মায়-য়োক্লবা হায়বসিদি হৌনশানি। ঐখোয়গী মণিপুরদসু অহানবা ওইনা মুপীনা লাইরিক তম্বা হৌগৎলকপসি য়াম্না খুদোংথীবা অৱাবগী মশক্নি। লৈকাইগী ইচেম-ইনেমশিংনা মরোল'মা 'মচান্নপীসে চাউথোক চাউরগা ফিশা-লোনশা তমহনগেদি হায়ত্রদনা, অরেম্বদা লাইরিক তমহন্দুনা মতম মাঙহল্লে', হায়দুনা অহল-লমনশিংদা পুক্নিঙ থৌগৎপগী মতুত্তা থৌথনবা হোংনৈ। অমরোমদনা কৈথেল কারিবী ইম-ইবেনশিংসিনা ঐখোয়বু উরগা, 'অচ্চা! মুপীনবু লাইরিক তম্নগা কার কান্নগে হায়রিবনো, মুপাদা চিঠি ইবদগী হেন্না', মতীন শিংলি। অসিগুম্বা, তাবদা নাকোংশীংজা য়ৈবশিংসিগী মরক্তা নমথায়দুনা বি,এ, এম এ, ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়র ওইরক্লিবসি থাৎ থা নত্তে। মতমতুগী সমাজনা খাইদগী য়াদবা অমনা মুপীনা খোঙৎপ তোংবসিনি। অদুনা য়ুমদগীদি

য়াম্না থৌনা ফনা ভোংহুনা থোরক্লগা শরক হেক য়োবদা লৌথোক্লগা ফিনুংদা শেগাদা য়েপশিল্লগা পুই। অহুবু হায়রিবা পুন্নমকসি হৌনশানি, করিগুম্বা অনৌবা অমা হৌদোকপদা অন্নাবা মায়োক্নবা হায়বসিদ পৃথিবীগী ইতিহাসতা ময়েক শেংনা ইরবনি। 'পৃথিবীনা মুমিংকী অকোয়বদা চংলি চংলি' হায়রুবগীদমক গেলেলিরবু ওংখি। যিশু খৃষ্টনা অনৌবা থাজবা অমা পুথোকপগীদমক পাং তিংহুনা হাংখি,— কয়াদা কঙথ্রবনো! মীওইবগী অপঙবা হায়বসে। অহুবু মতুংদদি মখোয়না হায়রম্বা অমসুং ভৌরম্বশিং অদুনা ঙসি ফাওবা চুমহুনতা লৈরি।

থোইদোক্না অরাবা অমনা, মতমদুদদি লম্বী-থোং পুম্বসি য়াম্না শাথীনা ফংলমদে। ঐখোয় অয়াম্বা খোঙনা চংনরম্মি, সাইকল মোটর মশক ইউ উরমদে। মুপীনা করিগুম্বদঃ সাইকল তোংবা উরগনু, অঙকপা অমা ওইনা য়েংনরম্মি। লাইবকথীবা অমনা অরাপ্পদগী স্কুল কারকপা মুপীমচাশিংদি য়াম্না খুদোং থীনিঙঙাইনি মরমদি লম্বী লমশাঙ চংক-দবনিন। ঙন্নসু কারক্তবা য়াদে, অদুগা কুম্বদসু থেঙলবদি অহল-লমন্না থোঙগান্দা ঙাইহুনা লৈনৈ। অহুবু ঐখোয়না হৌজিকী মতমদা উরিবা অচৌবা খেন্নবা অমদি,— মতৈ-মশিং তম্বগী খুদোংচাবদা শাথীনা খেন্নবা লৈজরবসু, লমচং-ব্যবহার অমসুং থকশি-খাশিদদি, মতমদুগী সমাজ হায়বদি লাপ্পাও মমাঙগী সমাজগা হৌজিক্কী সমাজসিগা মনাক নক-শিন্নবা য়াদনা থেন্নৈ। পুকচেল শেংবা অমসুং মুংশিনবদসু মপা লৈতে হায়বা য়াই। চীং-মী অমগা তম-মী অমগা মুংশিনবনা অমুকসু হেন্না কজে হায়বা য়াই, মহুদি চীং মী অমনা তমদা কুম্মকপদা ইতাওগী হায়হুনা করিগুম্বা খুদোল-পোৎ অমা তমদনা তোক্তে, নিঙোলশিংহুসু অহুমঙায় ইতাগী হায়হুনা করিগুম্বা অমদি শোয়দে। ঙসিদি কদাইদা মাঙখ্রে, পুন্নমক্লু।

য়ুমলৈ-কৈরৈস্থ য়াম্না চম্নরম্মি, ইগী য়ুম্না অয়াম্বনি, য়াইফ-মুংঙাই ইমুঙনা য়ুমজাও কা মঙা, মাঙ্গোল অচৌবা, শূমাঙ অচৌবা অসিন-চিংবনি। কনাগুম্বনা টিম্না কুপ্পা য়ুম অমা কৈ-কা শারবদি, মতু সমাজনা খ্বাইদগী ইনাক-কৈরাক খুনবা অমস্থং য়াইফ-মুংঙাইগী য়ুম্মি হায়না লৌনৈ। অমরোমদা শাগৈ-জাংকী চংনবীসিমদি য়াম্না কম্না লৈরম্মি। হিন্দুশিংগী জাৎ খায়দোকপগুম্না ঐখোগীস্থ,- ব্রাহ্মণ, নিংথৌজা অমস্থং মীচম হায়না খায়দোকই। হায়রিবশিং অসিগী মমুঙদা চারৌ মোয়েনবা য়াবা অমস্থং য়াদবস্থ লৈরম্মি। শম্না হায়রবদা ২০ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপা অতুরাই ফাওবদি অমাং-অশেংগী পলসি য়াম্না রাংনা খাগৎলম্মি। মতুমগী মরম ওইহনা ওইরমাগে, মতমমতুগী অহল-লমন অয়াম্বা অহল ওইরবা ফাওবা মশা-মউ তিক-তিক লাউনা, খিঙ-খিঙ লাওনা, লায়না-তীম্না চেন্দনা লৈবা ঙম্মি। মসিমক্কা মরম ওইহনা ওইবা তাই, থায়নগী অহলশিংনা চহী চাম হেম্না পুম্জিরম্মিবসি। চাব-থরপগী মায়কৈরোমদস্থ অচম্বা মনা-মশীংনা অয়াম্বা চানরম্বনিনা, কুচু-কুমেন, তঙাং-তঙাংই নোয়ংপেল্লি। শম্ন হায়রবদা অচম্বা পুন্সি মরেল্লি।

মণিপুর হরাও-কুম্মৈদা থোইদোক্লা মমিঙ লৈরবা লৈবাক্লি। মসিগী য়াওশঙ কুম্মৈ,—থাবল চোংবী, কৃষ্ণ জন্ম, থৌরাণী জন্ম, বামন জন্মগী লিক্লোন শান্নব লৈবাকসিগী থোইদোকপা মরু ওইবা কুম্মৈনি। মসিদস্থ নঙনা চৈরাওবগী কুম্মৈ, চীং কাবনচিংবস্থ পনবা য়াই। গৌরিয় ধর্ম্মনা পুশিল্লকপা ওইরবস্থ রথ যাত্রা, ঝুলন যাত্রা, থোইদোক্লা ফজরবা অমস্থং য়েংবা নুংঙাইরব সংকীর্ত্তনগী কুম্মৈনি।

ঐখোয়না জ্ঞান খরা-খরা তারকপা মতমদ চোংনরম্বা থাবল্দি—অচৌবা শূমাঙ নক্রগা লম্পাক্তা পাখঙ, লৈশাবী, মৌ, পুম্না চোং-মিন্নৈ। ময়ামসিনা পরেং শানা কোয়শিল্লগা ময়ায়দা ইশৈ হনবা মুপা অমনা ঢলক য়ৈরগা ইশৈ হল্লি, ময়ামতুনা খুম্মি, কজৈ য়াম্না কজৈ।

ফিজোনস্থ ফনেক মপাননাইবা, লৈঙাং ফিত্থূপ নত্রগা লৈ ফিত্থূপা খ্বাংচেং লাকই। হৌজিক্ক মত্থগী মতৌত্থ লোইনা মাঙখ্রে, মত্থত্তা বেন্দ পার্টি, ট্র্যাপ অঙানবা, শারি, স্কর্ট, খোঙ্গ্‌াও, অসিনচিংবনা ওইরে। উমং-লাই হয়াওবগী থৌরম ফাওবদা শাস্ত্রিয় সঙ্গীতকী ইয়াঙ চঙবা হৌরক্রে। জন্ম তিথিশিংদা মুংঙাইজরিবনা লৈশা-পাখঙ পুন্নপ পুন্নপ, কিহোম চাবা চংপা, পাত্তা থরো-থম্বাল হেকপা চংপসিনি। তৌবগীবুদি হৌজিক মতমগী পিকনিক্কা অম্মানি। মসিদা ঐখোয়না কাউঙমদবা অমদি চংমিন্নরিবা পাখঙশিংত্থন লৈশাবীশিংত্থবু মচন্দ্র-মচন্দ্রৌনা ঙাকপি-শেনবিত্থনা চংলি, মখোয়বু মুংঙাইনবা হোৎনবি, মসিস্থ মতমত্থগী পাখঙ লৈশাবীশিংগী ফজরবা লমচং ব্যবহারনি হায়নিঙভি, মমাঙউগী নোং-চুপ্লোমগী নাইটশিংনা অশোনবা কাঙলুপ্প, ঙাকপি-শেন'ববগুম্বনি।

মৈতৈগী নত্রগা মণিপুরগী খ্বাঙ্গদগী লিরবা কুম্মৈশিংগী মমুঙদা শীংথানবা য়াবসি 'লিকোল' শান্নবা হায়বসি অমনি। লিকোলগী লাইয়ুম হায়বা অমা থাই মত্থ, তশেংনদি কাউরে, মত্থবু করিনো থর্‌দি য়েকই, মত্থ ঐনা 'সুম থনবদা লিকোলগী থোক্লিবা মশীংত্থগা চান্নবা য়েকপা মাল্লি, মরমদি লিকোলত্থ হুন্নগা থোরকপা মশীংত্থ চংলি। লিকোল শান্নবগী থোইথোকপা মওংদি, - চাউরবা মাঙ্গোল নত্রগা মমাঙ শঙ্গোই অমদা পেট্রোলমেক্স অমা নত্রগা অনি থাল্লি, য়ান্ন নোক্লিঙবা অমদি মতমত্থদা থাল্লিবা পেট্রোলমেক্সতু, 'ওল্টোক' হায়না কৌনৈ, হৌজিক অশেংবা মমিঙত্থ খঙলক্লবা মতমসিদদি অমুক্কা হেন্না নোক্লিঙখ্রে। মতমত্থদা ঐখোয়ত্থ জ্ঞান্দি থরা-থরা তারে, অত্থগা শান্নবত্থদি য়াওরুদে, য়েংবদি নোংঙানবা ফাওবনি। য়াওরিবা পাখঙ অমস্থং লৈশাবীশিংত্থ য়ান্না কে-মৌই, মতমত্থগী চংনবী ওইনা মুমিদাংবাইরমদা চেঙহী-মনম মুংশিনা ফুংপত্থ লুথোকই, শাই করুবা মতম্নিনা, শাইত্থ জুম জুম লাউনা তানবা হোৎনৈ। ফিজেত্তি, ফনেক মপান-নাইবা, ইন্ন-ফি, অত্থগী মথক্কা

লিক-কোল অরৈবা শিজিল্লি। পাখঙশিংনা ফৈজোম ফুরিং পুময়াৎ লিংলি। শাম্নবা মশাম্নদি, পাখঙ অমস্থং লৈশাবীশিং থম্ন-থম্ননা ইকোয় কোয়না ফম্মিন্নৈ, মীচঙ খায়নরগা শান্নৈ। শাম্নবহুদা য়াওন্নিবশিংহু, মানা-মানা কোয়নজবা, মুংশিনজবা পাখঙ লৈশাবী য়াওন্নিবনি, মহুনা নোংঙানবা ফাওব শান্নৈ। লৈশাবীশিংগী নাপগী তখেল্লৈ নাচোম অমস্থং লুতুংগী চিনি চম্প্পানা, হৌজিক মতমগী এসেন্সকী মহুৎনি।

মফমহুগী শেম-শাবদি,— মাঙ্গোল অচৌবহুদা থাল্লিবা থাউমৈহু য়াম্না ঙাল্লি, হৌজিক্কী চামগী বলফ,কুম্বা ওইরম্বা তাই থল্লি নত্রগা মসিদগী হেল্লম্বস্থু য়াই। শাম্নন্নিবা শঙ্গোই নত্রগা মাঙ্গোন্দু ফি-ঙনা থঞ্জিল্লি। মসিদা য়াম্না মরু ওইন্নিবদি মমা ওইবী শংহুনা মচানিঙোন-শিংহু শঙবা ওইনা মাঙ্গোল উথোকতেন্দা ভারগা হিদাকফু-পূমফান থক্কু,না অ;হং নোংশোইবা লেল্লি। মহুদা য়াম্না ফজন্নিবা অমনা পাখঙ লৈশাবীশিংহু করিগুম্বা মতমদস্থু ওইদ-নত্তবা থবক অমদি বা-ঙাং, শা-ঙাং অমত্তা তৌনদে। মুংশিনজন্নিবা শাবী-শানৌশিংহু ফাওবা মকা লাম্না নোকুদে, হাইফেত্তং য়েংনরগা, নোকফেৎ তোরগা মরু লুকথনৈ,— থোইদোক্না ফজব লমচৎ ব্যবহারনি হায়নিঙঙি. কবিগী,—'ফোংদোকবা মুংশিবা' হায়বহুরা করিনে খঙদে। লিকোনগী লোন্দি,—হাপচরগেদনা হাপ্পিরোদনা' হায়বাসনি।

অস্থুম্না শাম্নন্নিবা মওংসি ঙসি ঙয়াংতগী নত্তে, মীহৌরোন্দগী হৌনা লৈরক্লবনি হায়বা য়ান্নি। অহুবু ঙসিদি অহুগুম্বা ফজত্রবা মশাম্নহু মাঙগ্রে, মহুত্তা লুহনা শিনগ্রে, কেরোম্না শিনখ্রে, মহুস্থু চৎনরকপগী মতুংইনবনি, ফত্তে হায়বদি য়াম্না নত্তে। অনৌবা অহোংবা কয়া পুরকপহুবু লোইনা ফত্তে হায়না লৌবদি লানগনি; তৌবতবু অমাঙ-অতোং, অফ-ফত্ত য়েংহুনা লৌশিনবগী রাতনি।

রথ যাত্রা অমস্থং ঝুলোন যাত্রাদা অমুক য়েংসি। হায়ন্নিবা কুইন্ন

অনিসিদি মপান্দগী লৌশিল্লকপা ওইজরবস্থ ফজনা অমসুং ফুংঙাইনা পাঙথোকপদি মণিপুরদনা খ্বাইদগী হেল্লি হায়বা য়াই। রথ যাত্রা ঐথোয়না কাং চিংবা হায়না খঙনবসি মুমিৎ নিপাম্নিচুপ্পা পাংথোকই। মসিগী মরুওইবা ৱাফমদি মতাঙসিদা খন্নজররোই, ঐনা হায়জরিবদি কুম্মৈগী মুংঙাইবদুতনি। মুমিৎ নিপাম্নি চুপ্পা পাংথোকপসিদা সংকীর্ত্তন হায়বদি মুপা পালা অমসুং মুপী পালা নোং ঙানবা ফাওবা শকই, ভাবোকস্থ কায়দে। ঙসি ফাওবদা ঐনা কাউবা ঙমদবা মুপী খুবাক ইশৈগী মরক্তা লৌরেম্নম তোম্বীগী খুবাক ইশৈদা মাথুরগী মতাঙ অমদা মহাক্না শকখিবা ইশৈ মতুংগা চানবা শাথেক-খুংথেক হায়বদি মওনি। শৈশকপীসিগী ইশৈনা,-দোলাইনা চংলকপ উবদা ৱাধানা, চেনশিল্লে চাকা পায়রে, চেপ্পা-চেপ্পা য়াল্লে.' ঙসি ফাওবদা অদুক ফজবা শাথেক অমতা উত্রি হায়বা ফাওবা য়ারি। মানা দোলাইদা চেপ্পা য়ানবগা মতুংদা মশামক চেপখিবনা লৈমায় শোক্কে তৌই, মতাঙতুদা ফিনা চীংমুক ৱাংন পৈশ্রে, শেন্না মরোল'ম্ শৈশকপীতুগী মমাংঙতু ফিগা শেনগতা মঙাইশ্রে। খোজেম্নগা মরোল'মা ংরে, শাথেক্নগা মরোল'মা ফজরে, হায়নিঙঙাই লৈতে। মাম্না মুংঙাইজবা মতাঙ অমনা ইশৈসি বাঙ্গালী লোন্দা অয়াম্বা শরুরম্বনিনা অর্থনচিংবা অমতা খঙদনা 'ইশৈ তাবনি' হায়দুনা অদুম তারম্বনি। অদুবু মতমদুদদি মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা শরুবনিনা, কয়াদি মুংঙাইরে। মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ইশৈ শকহনবদা মণিপুরগী অহল-লমনশিংগী মমিঙ পনবদা পনবা য়াই, ৵ৱাইখোম চাউবা, কোইজম অমুবী, খাইদেম নোংয়াই, হাউরোকচম তোমপোক। মতুংদদি অহৈ-অশিং কয়ামরুম থোক্লকপ্রে।

ঝুলোন যাত্রাস্থ অদুমঙাই নোং ঙানবা ফাওবা, মুপা অমসুং মুপীগী পালানি, অদুদস্থ নত্তনা পাযখেলা, 'মৱবাক জগোই' মসি অসুম খনবদা অদুম্না ওইরম্বা য়াই মদুদি মীরৈবাক্তগী পুশিল্লকপা, 'মীরৈবাক জগোই'

দগী কায়থক্তুনা মরবাক অগোইই ওইরমগনি খল্লি। মসি অমরোমদা মপাল-লমগী 'নোঙ্কুপী' গী মওং হাইকেৎ মাল্লি। মণিপুরদা অসিগুম্বা শৈশক হায়বদি কীর্তন্দা ক্লাশিকেল হাইকেত্তুং চঙবসি, ৺কাংঙবম মাইপাকপী দেবীনা অহানবা খুৎমাবীনি। হায়রিবা শৈশকসিমক্তি 'কলাবাত্তী' হায়না খঙনরম্মি। হৌজিকী মতমদনা 'আধুনিক' নত্রগা মতমগী ইশৈ-কৈকা হায়রূনা খঙনরিবসি ওইগনি খল্লি। অসুম্না চথরকপনা অয়ুকী য়েন্দা অহানবা ফাওবা চথে। নোং ঙাল্লগা ঐখোয়না কৈখেন শেনথিবা চংলি।

মতমত্তুদা কয়াদা নুংঙাইখিবা, সংসারগী অরা-নুংঙাই, অকিভূজুং করিমতা ফাওরমদে, নোং ঙানবগা চাগদৌবা খরা চারগা লাইবিক ঙৈহাক পাবা। লোইরগা শান্নবা, স্কুল চৎপা, অসিনচিংবা থবকশিংদা লুপ্তুনা লৈবনি। ঐদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ইমান্নবীশিংগস্তু কয়া খৎনগন্দে, মখোয়না হায়বা অত্তুম য়াবত্তুনা মখোয়গা অত্তুম শান্নমিন্নবনি। ঐগী খোইদোকপা অমনা অয়াম্বা মতমদা নুপামচাশিংগা শান্নবা পাম্মি, অত্তুনা নুপামচাশিংনা শান্নবা কাঙজৈ, বোল, অসিনচিংবসি শান্নবা য়াওই। নুপামচাশিংগা তিন্নবসি ঐগী হৈনবী ওইনা লাকই অত্তুবু থম্মোয়দি শেংনৈ। মীনদি খঙদবনিনা পঙহান্ন হায়নৈ, ঐনদি কন্না খো-রা শাদে, অত্তুনা ঐনা হৌজিক ফাওবা নুপাশিংগা অসুম তিন্নে। অমরোমদা খল্লুরবদি নুপাশিংগা মরুপ ওইবনত্তুম হেন্না নুংঙাই, পুকচেল চাউনৈ, কল্লকমিহৌ য়াওনদে। অসুম 'সুম তিন্নখিবদগী ঐবু 'ইচে' হায়বা মিংথোল পীবিত্তুনা ঐগী ইখাগী নুপা অমসুং নুপী পুন্নমরুা 'ইচে' কৌবিরি—য়াম্না নুংশিজবা মিঙ্গৌনি, ঐনা চৎপ্রবস্তু মিঙ্গৌসিদি লৈহৌরগনি শোয়দনা।

ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নবত্তুদি হৌজিক্তি কয়া উখিন্রে। চাক-থোংবী, পোৎ-য়োনবী, লাইধী অসিনচিংবা মশান্নসি শান্নে।

খ্বাইদগী মুংঙাইরিবনা লাইথী লুহোংবী, মপাম-চাকৌবা, উগী হৱাগাড়ীদা হাপচিল্লগা মোইরাং লাই খুরুম্বা চৎপা—য়াম্না মুংঙাইবা মশাম্নি, ভশেংনা হায়্রবদা অঙাংগী-মঙদা মুংঙাইজবা রাখলল্লুনি। ইন্দোর গেম ওইনা নুং মচা/মচা খুল্লগা খুলোকপী শারে, মসিদা নত্তবা অতৈ মশান্না কয়া'মসু লৈরি। অদুগা ঐদি মুপা মরক্তসু য়াম্না শারে। অদুবু খ্বাইদগী মুংশিবদি মমাঙঙৈগী অদুগুম্বা ইচম-চম্না শেল চঙদনা শান্নবগী মওংদু মাঙখ্রে, মতুম্তা হৌজিক্তি মমল তাঙলবা শান্নপোৎ ঙাক্লা ঙায়খ্রে।

৬

ইং কুমজা ১৯৩৯ দা ঐ মেট্রিক পাশ তৌই। মেট্রিক পাশ হেক তৌবগা ইকুই কুইদনা থবক অতুম হৌরে। মতমতুগী থবক মতৌদুবু মঙদা কাওরকপনি হায়সিরা নত্রগা ঈশ্বরনা পীরকপনি হায়-সিরা, হায়কম খঙদে। নোংমা ইখঙ-খঙদৌদনা মুপা অমা লাক্লগা ঐবু কৌরে। মথংগী মুমিত্তা ঐহাক চৎলি, ইম'মবী অমসু লৈরম্মি। মতুংদদি খঙলক্লে অফিসতু আর্টস এণ্ড ক্রাফ্‌টস হায়বা অফিসতু ওইরম্মে। ঐখোয়বু কৌরম্লিবতুনা মতমতুগী দরবারগী মেম্বর ওইরিবা মক্লাইবুংঙো মহারাজ কুমার প্রিয়বর্ত সিংহ ওইরম্মে। ঙসি ফাওবা ঙক্লি,—মহাক্লা ঐখোয়বু কয়া নিঙশিংবিদুনা কৌরক্লিবনো। থৌওং-সিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লিবদি মহাকসি সমাজ সংস্কার তৌবা পাম্বা অমদি সমাজগী য়াইফ-থৌরাং কয়াদা শরুক য়াজনিঙবা মীওই অমনি হায়বসিনি। মহাক মণিপুরগীসু অহানবা মুখ্য-মন্ত্রি ওইখি। অমুম্না নিংথৌ মচা অমদা কথোকপগী গুণ কয়া চেনবা হায়বসিসু থোইদোক্না শীংথানিঙঙাইনি।

আর্টস এণ্ড ক্রাফ্‌টস হায়রিবসি হৌজিক ম্যুনিসিপালিটি অফিস অসিগা হেক থংননা লৈরম্মি। চাউরাক্লা হায়রবদা মসি হৌজিকী এসেম্বলী রোডকী অরাংথংবা শরুক, হিন্দী পরিষদনা কোল্লিধা লম অম্বাইফাওবা ওইরম্বা য়াই হায়না খল্লি. মরমদি হায়রিবা মফমসিদা অফিসতা লৈবা নত্তে, ফি শানবা কারখানা, মতুদা ফি-শা কোল য়ামদ্রবদা য়াখ্রৈরোমদি থারম্বা য়াই খল্লি, মতুদস্থু নত্তনা লং শংনবা যুম অমস্থু লৈ। ফি শাবগী অমদি লং শঙবগী থবক তৌবনিনা লমসি য়াম্না চাউনা কোনবা তাবনি, মরমতুনা মথক্তা পণ্ড্রিবা লমতুদগীস্থু হেন্দোক্লনা হৌজিক এসেম্বলী লৈরিবা লম অসি ফাওবা কোলম্বা য়ারিবনি। লোয়শঙসিদা থবক তৌবা মীশ্ন মশীং য়াম্মি, মুপী-মুপা ফি শাবীশিং, লং শঙবশিং, অফিসকী থবক তৌবা একাউন্টেন্ট কেরাণী, কেরানি মকোক, অসিনচিংবা রামপ্তে। মায়কৈশোমদগী য়েংলুরবদি হায়রিবা লোয়শঙসনা মী ফনা য়াম্না থবক পীখি হায়বা য়ারিবনি,—মমল অমতা পীদনা।

মতম অতু সাহেবনা পানবা মতম্মি হায়বদি বৃটিশ সম্রাজ্যনা পানবা মতম্মি। মরমতুনা মণিপুরদস্থু মখোয়গী মীহুৎ য়াম্না লৈরম্মি। সরকারগী বিভাগ খুদিংগী মকোক ওইবশিংতু সাহেবনা ওইরম্মি। হৌজিকী রাজ্যশিংদা লৈরিবা মন্ত্রি মন্দলগুম্না ঐখোয়গী রাজ্যসিদস্থু নিপাল ফম্বী হায়রতুনা মেম্বর নিপাম্না শাবা বোদি অমা লৈরম্মি, মখোয়তুবু মীয়াম্না দরবার মেম্বর হায়না খঙনৈ। দরবারগী মকোক্তি প্রেসিডেন্টনি, (ছট) সাহেব হায়নস্থু খঙনৈ, মহাক্তী বাঙ্গাল। হৌজিক মুখ্য মন্ত্রিশিংনা লৈরিবা বাঙ্গালাশিংনি। অতুগা বড় সাহেব হায়বা অমস্থু লৈরম্মি, মহাকসি পোলিটিকেল এজেন্ট হায়বদি বৃটিশ সম্রাজ্যগী মীহুৎনি, মহাক্তী লৈফম্না হৌজিক গভর্ণরনা লৈরিবা বাঙ্গালাসিনি। অতুবু খ্বাইদগী মরু ওইরিবা রাকমদি, ঐখোয়গী দরবার মেম্বরশিংসি

ময়িঙতা ওইনা লৈজবনি, করিগুম্বা হুকুম অমা থোকপা তারবদি প্রেসিডেন্টকী হুকুম নত্রগা সহী যাওদবা য়াদে।

মতাঙসিদা ঐনা মরু ওইনা পঞ্জনিঙলিবদি, আর্টস এণ্ড ক্রাফ্‌টস হায়রিবা বিভাগসি ঐখোয়না 'জোলী মেম' হায়না খঙনরম্মি। মসিগী মরমস্থ লৈতবা নত্তে। জোলী সাহেব হায়বসি ইঞ্জিনিয়র বিভাগকী মকোক ওইরম্মাল্লে, মহাক্কী মুপীনি জোলী মেম হায়রিবীসি। ঐখোয়না খঙদবগী মমিঙসি হেক্তা কৌবা ওইরমগনি, মহাক্কী অশেংবা মমিঙ অমদি লৈরম্বা য়াই। মহাক্না তৌরিবা থবকশিং অহু য়েংলুরগা হায়-নিঙঙি,—সাহেব হায়বা জাৎসি নোম্বা য়াম্না কল্লি অদুগী মথক্তা শিল্প কলাগী মগুণস্থ ফজনা খঙঙি। মহাক্কী থোইদোক্লা থাগৎপা য়াবা মগুণদি, মণিপুরগী খুৎনা শাবা ইয়োং-ফিশিং ভারত রাংমা লাম্না হায়বদি নোংচুপকী লৈবাকশিংদা মশক তাকপদা মহাক্কী অনৌবা থৌদাং লৈখি হায়দবা ঙম্মোই। নোংচুপ্লোমদা পাম্নগদবা ফি-রোল হায়বদি ফুরিৎ-ফি, গাউণ্ড, টি-পোট (চাগী ট্রে কুপ্পবা) টেবল-ফিদা, পার্দার, মোম্প্যাকফিদক, লশিং ফি (গাউণ্ড তূনবা) আসনচিংবা পুম্নমক হায়রিবা কারখানা অসিদগী থোকখিবা ঙাক্তনি। হৌজিকপুদি হায়রিবা পোৎথোকশিং অসি মণিপুবগী য়ুমথোঙ খুদিংদা শানরে হায়বা য়ারে। মপান্দা থাননবা পোৎ-য়োম (পার্শেল) অমমম য়োম্বসি য়াম্না চাউই। জোলীগী খুদোংচাবা অমনা মহাক্কী বাঙ্গলা হায়বদি হৌজিকী ম্যুনি-সিপালিটি অফিসসিগা ঐখোয়গী অফিসকা য়াম্না নক্লে, মরম অসিদগী মহাক্না ঙৈহাক লৈতনা লাক্লগা তাথোক-তাশিন তৌনবগী খুদোংচাবহু ফংই। মহাক্না তৌরিবা কারবারসি মায়কৈ অনিমক্কী কান্নবনি হায়নিঙঙি,—মহাক মশাগীস্থ অদুগা ঐখোয়গী রাজ্যসিদস্থ মপান্দগী শেল পুশিল্লকই। খ্বাইদগী অমুক শীংথানিঙঙাই ওইরিবনা, মণিপুরগী শিল্প কলাবু পৃথিবীগী অচৌবা লৈবাকশিংদা মশক তাকপিবসিনি।

## শৈহৌ

আর্টস এণ্ড ক্রাফ্‌টস, মতমহুগী মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা ফি-য়োলগী কারখানানি হায়বা য়াই। চুমথগী ফি শাবতা নত্তনা ফি লোনবগী থবক হায়বদি শামতু, শাল মপাল লোনবগী থবকসু তৌই। মুগা গা লংজমগা য়াম্নরগা শাবা ইন্ন-ফিদা মপাল লোনবসি আর্টস এণ্ড ক্রাফ্‌টসনা হৌদোকখিবরা হায়না খল্লি। মসি য়েংবদা য়াম্না ফজৈ, ইনবসু খরা তাঙনা ইন্নে। শামতু-শাল মপাল লোনবসু য়াম্না চংনৈ, মসিসু যাম্না তাঙবা পোৎনি। অদুগা খ্বাইদগী ফজবা অমসুং পুকচেল শেংবা অমনা মতমহুগী পোথোকশিংদু অশোয়-অভাম অমত্তা য়াওদে, ময়ান-তুয়ান অমত্তা তৌনদে, অদুগা থবক শুন্নিবা মী খুদিংসু লোইনা থরায় য়াওই। মসিগী খ্বাইদগী মকোক, মেনেজর হায়বা তারে, মহাক্তু ৺কৈশাম তোম্বীনি, অদুগা লং শণ্ডবগী মকোক্না ৺হাউবম অমুবনি। মণিপুরদা অসিগুম্বা শিন্দম লৌরুবগী মীশকশিংগী মহুগুদা, এখোয়না থেংনজবদি মখোয়াসনা অহানবনি হায়না খল্লি। অদুগা খ্বাইদগী অঙকপা ওইনা অহানবা থেংনজখিবা অমনা, ফি শাবী থোক্তবী কৌবী অমা য়াওরম্মা, মহাক্না ফি অমথক শাই, ফিহুদা ঙা চাংহল্লি, উচেক পাইহল্লি, মসি এখোয়না অহানবা ওইনা উরুবনা ঙক্না থোকপনি হৌজিকপুদি মসিদগী হেনবা ময়েক কয়াসু লৈনরবনি। থোক্লিবা ময়েক অসি পুথোক্লিবদি ৺কৈশাম তোম্বীনি। ফি শাবসি কারখানাদতা নত্তে, য়ুমদসু নেকই। হৌজিক মোম্পাক ফিদক্তা ময়েক থোক্লিবা ময়ামসি মতমহুদা হৌদোকখিবা ঙাক্তনি হায়না খল্লি। য়ুমদা শাবা ফি-শিংদু লোইরগা অফিসতা পুখৎলকপনি অদুগা খুৎক-মন্দি বিল ওইনা শারগা পীবা ওইনা তৌই।

অসিগুম্বা বিভাগ অসিদা এনা থবক তৌবা হৌখিবসি করম্বা তারিখ অমসুং ইং শোক্লো হায়বহুমদি এহাক তশেংনা কাউরে অদুগা চাউরাকপদি শোক ১৯৪০গী অহুরাইদা ওইরম্বা য়াই হায়না খল্লি।

মতম অহুন্নাইদা লৈরন্নিবা থবক তৌবগী মওংগা হৌজিক লৈন্নিবসিগা য়েংনরুবদা অওকপা ফংনা খেন্নরে হায়বা ফাওবা য়ান্নি। ঐখোয়না থবক চংবগী অহানবা থা তরুকতুদি থবক তম্বা ওইনা থাদা লুপা ৫০০ পী; মসিস্থ (পেইড এপ্রেন্টিস) হায়না খঙনৈ। থা তরুক্তুং লোইরবা মতুংদগীদি থাদা লুপা ১০০০ ফংলে। হৌজিকী মতমদা চৎনরিবা থবক হাপ্পগী নিয়ম কান্থনসিগা য়েংনরুরবদি ওক্তবা ওমদে মরমদি, হৌজিক্তি কেরাণী অমগী মমনসি লুপা লিশিং ৩০/৪০ দগী তাবা লৈতে। ঐখোয়গীতুদি শেনগী বাদি তোক্লতুনা থবক ফাওবা য়ুমদগী কৌরগা হাপ্পীরিবনি।

অমরোম্বদা অমুক লাক্লিবা অওনবা ময়ামসিবু ফক্তে হায়তুনা অতুম লৈরবস্থ চাওখৎপগী পম্মুংদি করম্না য়ৌগনি খুদম ওইনা,—অদাম অমস্থং ইভনা মহৌশাগী ফিভমদা অতুম লৈরম্বা তারবা অতুগা ঐখোয়স্থ মহৌশাগী মুপাশিংনা লুতুং কিশিনবা. কৈজোম খোংদাই শেৎপা, মুপীশিংনা কোকশেৎ শেত্তুনা, খ্বাংচেৎ লাক্নতা লৈরম্নবদি ওসিগী কার থৌরিবা, রেডিয়ো তারিবা, টেলিভিজন য়েংলিবসি করম্না ফংলমগনি! মহৌশাগী অমম্বদা থাজবা হায়র্বদি মাইবী মাইবা, ভূট প্রেটভা থাজবতু লেঙদনা অতুম লৈরম্নবদি. ঐখোয় করম্না অমম্বদা মপাল থোকপা ওম্নমগনি। পূম্নমকসি বিজ্ঞান্না চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না পুক্লিঙবু কুপ্তুনা থম্নম্বা অমম্বা ফিজওতু হাংদোকপিবদগী অচুম্বা মশক খঙলিবা নত্রা? লাক্লিবা অওনবসিবু ঐখোয়না করম্না ফক্তে হায়গনি। অতুগা বাকম অমনা পূম্নমক ওনথ্রবস্থ ঐখোয়গী জাতিবু মশক তাক্লিবা পোৎশকশিংদি লেঙদনা লৈরি হায়বসিমদি কাউফম থোক্তে,—মৈতৈগী সংস্কৃতি ওসি কাওবা কায়থ্রি, মচি লেঙদনা লৈরি।

'থায়না' হায়বা তারে, নিংথৌ পাল্লিঙৈগী লমচৎ-ব্যবহারদস্থ ফজবা কয়ামরুম য়াওরি, মতুমক ঐখোয়গী সংস্কৃতিনি হায়না লৌনরম্নিবনি।

মুপী অমত্তুং মুপা অনিগী লমচৎ-ব্যবহার, ফজনৈ। কনাগুম্বা মুপা অমনা মুপী অমদা ওইদ-নত্তবা লমচৎ চৎপদা মুপাত্থুদা অহকপা দণ্ডি পীনরম্মি, অত্থুনা ফত্তবা থবক কয়া তৌনদে। থকসি-খাসিগী মতাঙদদি করি অমুক হায়রুনি, হৌজিক্কী চৎনরোনসিগা য়েংনরুরবদি সমক্লগা লাংখোংগা পাবগুম্মি। অওনবগী মতাঙদা অসিগুম্বা ফজরব। হৌনরোল চৎনরোল কয়া মতমগী ইরৈদা লুপথিবম্মু থোইনা পেন্নিঙভাই ওইদে। তশেংবমক্তি অওনবা হায়বসি ঐখোয়গা চান্নবা চুনবা অত্থুতং লৌশিল্লবদি অফবা ওইগদবনি, অত্থুবু মীওইবগী পুক্তিঙদি খাম্বা য়াদবনিনা মানা-মানা অপাম্বা অত্থুতা মতৌনৈ।

৭

ইং কুমজা ১৯৩৯, মণিপুরগী ইতিহাসতা মৈতৈ মুপীশিংগী থৌনাগী অনৌবা লামায় অমা হাপচিনখ্রবনি। পৃথিবীগী ইতিহাসতা ঐখোয়না অচৌবা বিপ্লব হায়বদি মীয়ামগী লালহৌ কয়ামরুম থেংনৈ, মখোয়-শিংত্থুগী মরক্তা পনবা য়াই, **French Revolution, American War of Independence, October Revolution of Soviet Russia, Indian War of Independence,** অসিনচিংবা আন্দোলন নত্রগা লালহৌ ময়ামসি করিগুম্বা অওনবা অমা পুররুবগী ঙাক্তনি। হায়রিবা লানফমশিং অসিগী মমুঙদা ঐখোয়গী মুপী লালম্মু অমনি হায়বা য়াই, মরমদি মমিঙতবু 'মুপী লাল' হায়জবনি, মুপী ঙাক্তা নত্তে, মণিপুর অপুম্বগী লান্নি, তৌবতবু মুপীনা মাঙজীন থাবা লান্নি হায়ত্থুনা 'নুপী লাল' হায়বনি। জেল চঙবম্মু মুপী, সিফায়গা নোংমৈ মুম্নবম্মু মুপী, অঙম্বগা ঙাংনবম্মু মুপী, মরমসিদগী ওইবা তাই মুপী লাল হায়রিবসি। মসিগী মমাঙদম্মু মুপী লাল অম'নি তৌখ্রে হায়,

মহুন্ন বৃটিশকী মায়য়োক্তনি, মহুদি ঐখোয়না উহৌবা নত্রবনিনা পাউ-দমজবা ঙমদ্রে, মিৎনা উহৌবসিদনি হায়নজরিবসি।

ঐগী পুন্সিদা লৈবাক্কী ওইবা অচৌবা আন্দোলন অমা থেংনবা হায়বসি মসিনা অহানবনি। মতমদু ঐখোয় মেট্রিক পরিক্ষা থারবা মতম্নি য়ামত্রবদা চহী ১৭/১৮ দি শুরম্নগনি। মসিমা পুন্সিগী অহানবা থেংনবা ওইবা মরম্না পুক্লিঙসিদা অকিবস্থু পোকই, য়েংনিঙবস্থু পোকই, করিনো খঙদে পুক্লিঙসিদা চরাঙনবা অমা ইতশুত্তনা ফাওই। মতমদুদা ঐখোয়না তাখিবা মুপী লুচিংবীশিংগী মমিঙদি তোঙ্গৌ, শবী, লৈবাকলৈ, চাউবীতোন, রজনী সনাতোম্বী, ইন্দুমতী, কুমারী, ইবেমহল, অসিন-চিংবীশিংসিনি। মখোয়সিদা নত্তবা অতৈ কয়াস্থ লৈরম্বা য়ারি, ঐনা থাবদা চিথবা ওইবস্থ য়াই। মুপী লাল মনুঙদা নোংমদি অস্থমা তারে,—শবীদু সিফায়গা ফুনবদগী খ্বাইরম্বন্দ থোংদা চোংথ'খবদগী থিবা ফংদ্রে; সিফায়'শংনা কোয়থি থিবদস্থ ফংদ্রে। ঐখোয়না ঙক্লা খনখি,—শবীসিবু মাঙবগী মন্ত্রকৈকাস্থ হৈবা জাৎলা! অদুবু তশেংবদি মহাক হৌজিক মতমগী 'শারিৎ-শবাৎ' হায়রিবা লালওংসি হৈরম্বা য়াই, হায়বদি ময়াম্মা চরাঙনরিঙৈদা মহাক্না নাম্থোক্কনা চেনখিবা। মতমদুগী আন্দোলনদুগা হৌজিক্কীসিগনি য়াম্না শাথীনা থেন্নগ্রবনি, অম্নক-হুংথিন্দা সিফায়গা, পুলিশ্কা থেংনরুরবা মতুংদা মুমিদাংদা য়ুমদা পোখাবনি। অদুবু থানা-না ফানবগীদমক থিরম্বদি য়াই, লোৎলম্বস্থ য়াই, হৌজিক্কী মতৌগুম্না, মহুগী অকুপ্পদুদি কয়া খঙদ্রে। অদুগা মতমদুগী ইমা-ইবেনশিংদুগী য়াম্না চমজবা অমম্বুং মুংশিবা খোল্লাউদি—"বন্দে মাতরম" হায়বসিনি,—খ্বাইদগী মচীন থোরবা খুৎলায়নি। খোল্লাউসিতা লাউ-হুনা লম্বী-লমশাঙসি চৎলি। মীসি থোরকপগী লোইবা নাইদে চৎপগী খম্বা লৈতে। পুলিশ লাইনগী লম্পাক্তা মীটিং তৌই, সিফায়না তান-খায়, লমফেলদা অমুক চৎলি, কাঙক্লৈবুংদা অমুক তৌই,—মকম খঙদে।

অহুগা কনাগী লৌচিঙ মখাদা চৎলিবনো হায়বহুস্থ খণ্ডদে, তাবদি তায়,—নেতা ইৱাবতকী লমজীং মখাদনি। অহুবু কদাই ফাওবা চুস্বগে হায়বহুদি ঐখোয়না য়াওবা নঙবনিনা তাংদাংবদি হায়বা ঙমদে।

মুপী লুচিংবীশিংগী মরক্তা শবী হায়বীসিগী ৱারীস্থ অঙকপনি। ঐনা মহাক্কী মরমদা খরা খঙজিবসিস্থ মহাকসি ঐগী ইমাগা খঙনবদগী ঐখোয়গী য়ুমদা মরক-মরক্তা লাকই, মহুদা মহাক্কা ৱারী শাবদগী তাহৌবনি। মহাক্কী তশেংবা হৌরকফমদি ৱাংজীংনি, মহুদগী হোংগৎ-লব্রগা তেরাদগী খজিক্কুং হাইথরগা 'ৱাংখোনবী' হায়হুনা লৈতেংঙ অমা লৈ, মহুগী ময়াদা চঙশিল্লগা লৈরম্বনি। মমৈথঙদদি, নিংথেম পুখ্রি মপান্দা ইস্কোল লৈরগা হোংখি। মহাক্কী অরোইবা য়াহিপস্থ মফমহুদা তানখি। মহাক্না ৱারী মতেক অমা তমখি, মহু হৌজিক ফাওবা ঐহাক নিঙশিংলি,—মতমহু সার চুডাচান্দ মহারাজনা পানবা মতাম্নি। মহা-রাজগী অকনবা 'মল' হায়বদি হৌজিক মতমগী 'রেষ্টলর' হায়না হঙনরিবা, অসিগুম্বা মুপা অমা লৈরম্মি, মহাক্কী মমিঙ 'গৌরমনি' কৌই, মহাক ব্রাহ্মন্নি, মযুম্না ময়ায় কোয়বীদা লৈবনি। হায়রিবা মীশকাস অকল অথৌ মান্দ মাল্লি মকোয়স্থ য়াম্মা চোন্মি। মহাক নুমিৎ খুদিংগী কোন্নুং কাই, মহারাজগী থৌগন তৌবনি।

নোংমদি অকনবা মুপাসিনা কোন্নুং কারকপদা শবীগা থেংনবা জাংনি, মহাক্না মুপীনি হায়বা শারদনা শবীদা উশৎ-থৌওইদবা ৱা খরা ঙাংলকই হায়। মতমহুদদি শবীনা তুমিন্না লৈহৌরগা, মানা কোন্নুংদগী হল্লকপা ঙাইহুনা লৈরে। গৌরমনিনা কোম্থোং হেক কান-শিনগে তৌবদা, শবীনা কোম্থোংজে শৎলগা গৌরমনিগী মকোক্তা কন্থরম্মি হায়। গৌরমনিহু ইকাই মুংশি য়াম্লনা পাক হৌগৎখিদে হায়। শবীনা,—"তস্ বামোন কোইজোম্বা হায়খোদনা, নঙনা কোন্নুংগী অকল-অথৌ ওইহুনা কদৌচরনি", হায়রগা মযুমদ হল্লকখি হায়। মহাক্কী

অসিগুম্বা লিংজেল মতাংসিদগী খঙবা ঙম্লিবদি মহাকসি, করম্বা মথনগী লিংজেল পানব, মীতানো হায়বসি ফজনা খঙবা ঙম্মি। মমৈথঙদদি মহাক নেতা ইরাবতকী মতুং ইনবী ওইনা কম্যুনিষ্ট পার্টি য়াওখি। অরোইবদা 'নিঙতম লাম্মী' ওইনা ভারত সরকারনা মশক খঙবিহুনা তাম্র পত্রগা লোয়ননা হিংলিবা ফাওবা পেন্সন পীখি!

মণিপুরদা হৌরক্লিবা 'মুপী লাল' গী ঈহৌসি পৃথিবীগী অনিগুবা লাঙ্লাও হৌগংপা মতম ওইবা তাই। মুপী লাল হৌরকপগী মরমসি য়াম্না অকুপ্পা মরোল খঙদ্রবস্ত চাউরংকপা অমদি শেল-থুমগী ফিভম ফংচিল্লক্কবনা মরম ওইদুনা হৌরকপনি। অচুম্বনি, মণিপুর হায়ারবা লমদমসিদি পিকচরবসু মশাগী পোথোক্লা মশাবু থাকচবা ঙম্বা লৈবাক্লি। অদুবু লাইবকথীবদি। মতম খরগী মতুংদদি মদু ওইদ্রে. মশানা পুথোকচবা পোথোক্লা মশাবু থাকচবা ঙম্লক্রে। মদুগী মংমসু লৈতবা নত্তে, — মতমতুমক পৃথিবীগী মফম'পুম্বসি শেঙ্লাও পায়বা অমদি মতিক ময়ায় লৈবা মীনা গুপ্পা পানবা সমাজনি, পৃথিবীগী ঈরাংসি মণিপুরদসু য়োদবা নত্তে। মতমদুগী শেঙ্লাও পায়বা কাংবুনা চেং তকপগী কোল-কারখানা সিংখত্তুনা চেঙসি য়াম্না য়াম্না তক্লগা মপাল্লোমদা থাদোকপা হৌরকখি, মতুনা মরম ওইদুনা মৈত্রবাক্কা চাক তাঙবা থোক্লকই, চরা হেনবা ফাওবা য়াওনরকখি। অতোপ্পা রাফম অমনা, মণিপুরগী চীংয়া ভময়া অমদি খুঙংদা লৈবী চনুরাশিংগী মরু ওইবা শিনফমদি খুৎনা কৌশু-চেঙশু তৌরগা তাঙবা শেলনি, মদুনা ইমুঙ-মমুঙগী অচৌবা শেল লাক্লবা লম্বী অমসু ওইরম্লিবনি। মতাংসিদা ঐখোয়না খনবা য়াবা অমনা মিলদা তকপা চেঙগা খুৎনা গুবা চেঙগা অনিগী মমলসু শাথীনা খেমৈ, অদুনা খুৎনা গুজবা অতাঙবা মমলগী চেঙসি শিংপা রাংলক্লে, অমরোমদা মিলগী অহোঙবা মমলদুতা লৈনরক্লে। অসিগুম্বা শেল-থুমগী ফংচিল্লক্লবা ফিভমসিদগী কনাসু হৌনরুবা লৈতনা মহৈ-মহৈ হেক্তা হৌনররকপনি।

অওকপনি। মীয়ামগী ঈহো হায়বসি। কনাস্থ হায়নরুদে, কনাস্থ কৌনরুদে,—পূন্নমক মশাগী মথৌনি খন্না লাক্নে। মুপী লুচিংবী খরনা চোংগা পায়দুনা হেক্তা লাউই,—হয়েংদি য়ুম অমদগী মুপী অমমম থোরক্তবা য়াদে। নোংহেক ওানগা মুপীশিংসু চাকওন হেক্তা থোংই, চাকচা হেক তোকপগা, কাওজৈবুংলা, পুলিশলেগুলা, লমফেললা, খওদে মুপী লাম্নি হায়দুনা হেক্তা চংখি। মথোয় ময়ামদু পূল্লগা মিল থুগাইবনি খওদে, পোৎ চৈথায়বনি খংদে, ময়ামদু পরেং শানা হেক্তা চংলি। মতমহুদদি ঐখোয়সু অঙাংনহা ওইরিবনিনা কয়া মুন্নদি খওদে, অদুগা লাউদুনা লাকপা মতমদা কোম্পোং থোকুনা য়েংবদি শোইদ্রবনি, মরম্দি ঐখোয়গী লম্বী লমশাংসি মথোয়গী চংকম্নি। অদুগা ইমাহোয়দি অয়ুক্তা চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা ক্লাকবাক পুদুনা, য়াওবিত্রা নত্রগা কুম্মৈ য়েংবা চংলিত্রা খওদে, হেক্তা চংখি। অদুগা য়ান্না নোক্লিওলিবনা হোরেল মানা হল্লক্লগা কার-করি তৌবগে হংলুবদদি, পাউথুম অমতা মপুংফানা পীবা ওমদে। অদুনদি ঐনা অসুম খনবদা মথোয়না চংলিবসি কুম্মৈ য়েংবা চংপা ওইবা তাই। অদুগা খ্বাইদগী মুংশিরিবা অমসুং থম্মোয় শোক্লিওডাই ওইরিবা খোল্লাউদি,—'বন্দে মাতরম', হায়বসিনি। খোল্লাউসি তাবদা থম্মোয়সি থুক লাউই,— নোংমৈ, তোপ, গুলী কয়াদগী মপাঙ্গল লৈরবা খুৎলায়নি, খুৎলায়সিনা অহানবা ভারত নিংতম্বগী লাঞ্জওদা শীজিন্নখিবনু ( বঙ্কিমচন্দ্রগী 'আনন্দ মঠ' ) তা।

অসুন্না ইমা-ইবেনশিংসিনা পূল্লগা মিল থুগাইরুরে, পোৎ চাইখাইরুরে, দরবার মেম্বরশিং চিংথোকউরে, সাহেব মনা লৈরুরে, অসিনচিংবা কয়ানি। অদুবু ওক্লিবদি, হৌজিক মতমগুম্না লাইরিকলাইও চৈবীসু নত্তবী ইমা-ইবেনশিংদুনা মতৌ করম্না মীরমগী মীশিংদুগা মরোল ফাওনরিবনে! অদুনদি মথোয়না অসুক চাউবা থবকশিং পাওথোকপা ওন্নিবসিগী থোইদোকপা গুণদি,—পুকচেল শেংবা, অচুম্বা

থবক তৌবা, অহনবা লৈতবা থৌনা লৈবননি হায়বা তাই। ভারত হায়বা লমদমসি নুপী-নুপা থৌনা ফবী অমম্ভুং ফবা কয়া পোকখ্রবনি, শীংথানবা য়াই নুপীলক্নগী ঝান্সী রাণী, পদ্মীণী অসিনচিংবী কয়া। ইরমদমসিগীসু পোকখ্রিবনি,—রাণী লিম্বোইঙম্বী, পেতঙঙা, চীং লৈবাক্নীসু লৈরিবনি, রাণী গাইডেলু। অসিঙম্বী শীংথানরবী চনুরা-শিংসি নত্তনা ২০ শুবা শতাব্দীদা থোরক্লিবী ইমা-ইবেনশিংসিগী মথৌনা অমম্ভুং মরিংজেন্দ্রগীনি নুপী লালসিনা যজনা মায় পাকখ্রিবসি।

নুপী লালগী কল্লবা ইহৌ অসিগী হিনাউ শাবদি হৌজিক মীয়াম্না 'জন নেতা' হায়না খঙনরিবা হিজম ইরাবতনি হায়। ঐখোয়না তশেংনমক লালহু য়াওরুরবসু মহু ফাওবদি চুমগনি খল্লি মরমদি মহাকসি মীয়ামগী লুচিংবা ওইনা হৌরক্লবনি। অহুবু মহাক্না নত্তনা অতৈ লুচিংবা কয়সু য়াওরম্ব য়াই। মতাঙসিমদি ঐন: থি-হুম্বগী থবক্লোমদা চঙশীঙ্গদ্রে মরমদি ঐগী রারীসিগা থে'ইনা মরী লৈনৈ হায়না খঙ্গদে। অহুম ওইনমক মসিমদি অচুম্বনি মহাক নুপীলান্দা হিনাউ শাবগী অকনবা শরুক য়াখি, মহুনা মরম ওইহুনা জেলসু চংখি হায়। নুপীলালসিগী মরু ওইবা হীরম অনি লৈ, মহুদি অহানবদা শেল-থুমগী ফিভমদগী হৌরক্লবসু মমৈথঙদদি রাজনীতিলোমদা চংশিল্লকখি।

হৌজিক ঐখোয়না ১২ ডিসেম্বর 'নুপীলাল' নুমিৎ হায়না মণিপুর শীনথুংনা পালন তৌনরি। পালনসিগী মরু ওইবা রাফমদি হায়রিবা নুমিৎসিদা ইমা ইবেনশিংনা মতমহুগী ছোট সাহেব হায়বদি দরবারগী প্রেসিডেন্ট ওইরিবা সাহেব অহুবু টেলিগ্রাফ অফিস তাম্না মনা পায়হুনা চিংলকই,—'টেগ্রাম তৌ', হায়হুনা। অমুম্না ইমা ইবেনশিংহু সাহেবকা ঈন্নবা-চিংনবহুদা, এম, আর, গী সিফায় কৌহুনা থামদোক্লবা হোংনবদা ব্লেঙ্ক ফায়ার কয়ারক তৌখি। ইমা-ইবেনশিংহুনা হনবা মরৈহবদা শঙ্গীন থিন্দোক্লনা তানথায়বা হৌরক্লে, মহুনা মরম ওইহুনা অহল

ওইরবী 'ইমা' অমা সঙ্গীন্না শোক্লুনা, হৌজিক্তী ময়ায় লম্বীগী নিঙশিং ফুড়া অমা শারিবা অসিগী মনাক অথ্বাইদা তুহন্না লৈখি। মুম্মিৎসিবু মণিপুর রাজ্য শীনবা থুংনা পালন তৌনরি। পালনসি অহানবদা লম্লাই সংস্থানশিংনা পাঙথোক্লম্বনি, হৌজিক্তি রাজ্যগী থাক্তা পাঙ-থোকখ্রে। 'নুপী লাল' সিগা মরী লৈননা নুচিংবীশিং খরস্তু জেলদা লৈখি, লোয়ননা মণিপুরদগী মপান্দা চেং থাদোকপস্তু থিংখি।

ঐখোয়না ইমা ইবেনশিংসিবু ঙসি ইরাক্তরিবা অমস্তুং নীংশিংজ-রিবসিদি, মখোয়গী থোইদোকপা গুণ হায়বদি লিংজেল অমস্তুং থৌনাগীদমক্তি। মতমত্তুগী লাংরিক-লাহংগু হৈত্রবী ইমা-ইবেনশিংগী 'নিঙশিং' ফুড়া অমা শানবগী যাত্রা হুনগ্রবনি, ফুড়াসিমক শাবিরবদি মাণপুরগী চন্নুরাশিংগী থৌনা মতমপুম্বদা নিঙশিংহন্না লৈরগনি।

## ৮

অনিগুবা লাঞ্জাওগী মমাঙদা লৈরম্বা মণিপুরগী শেল-থুমগী ফিভমদা নুপীশিংগী থৌদাংগী মরীদা খরদংস্তু খল্লবা য়াই। পৃথিবীগী জাতিশিংগী মরক্তা খাইদগী হেন্না নোম্বা কনবসি মণিপুর চন্নুরাশিংনি। অনিগুবা লাঞ্জাওগী মমাঙদা তমগী নুপীশিংগী মরু ওইবা শিনফমদি, ফি-শা, লোনশা, পোৎফম ফম্বনা ওইরম্মি। অহুগা খুঙ্গংগী নুপীশিংগীনা ফৌগু চেঙশূনা ওইরম্মি। ফৌগু-চেঙশূগী থবক্তি মিলনা শিনগ্রবস্তু পোৎফম ফম্বগী থবক্তি হোজিক্লবু হেঙ্গংলে হায়বা য়ারি। মতমত্তুগী ইমা ইবেন-শিংগী থৌনাহু নিঙশিংলুরগা হৌজিক্লবু হেন্না মুংশিরকই। করি অমুক হায়গনি রাইথৌদগী খাইরম্বন্দ কৈথেল য়ৌনা মকোক্তা চাউরবা লুকমায় অমা পিক থন্না হাপ্লগা চেন্না-চেন্না কারক্লিবনি। লুকমায়হু কোকথোংনরগা

মথুৎ অনিদু হোত্তুনা রাকিং রেসকা চপ মান্নরা চেল্লক্লিবনি। মদু উরগা ঐখোয়না 'রায়থৌ শগোল লাক্লে' হায়দুনা লক্লরিবনি।

খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী ঙা-য়োনফমসি হৌজিক্কী লৈরিবা মফমসিদা নত্তে, মসিদি অনিশুবা লাঙ্গাওগী মতুঙদা শেমখিবনি। হৌজিক্কী লম্মী বাজার হায়রিবা ফি-য়োং-ফমসিদা ঙা য়োনফম ওইরম্মি। মসিগী অশম্বা লম্বীনা ঐখোয়গী য়ুমগী হেক মপাদা কখুলোংগা ফাওনবা উগী থোং অমা লৈরম্মি, মদু লাল্লগা হৌজিক মশজিদ রোদ হায়না খঙনরিবা লম্বীসিদা চৎলগা ঙা য়োনফম য়োরে। থোংসিবু প্যারি থোং হায়না খঙনৈ, মসিগী মরম্মা থোংসি শারিবা মীদু প্যারি হায়রিবা বাঙ্গালীসিরা নত্রগা মহাক্কী মপাদা শাই হাযদুনা কৌরিব্রা অনিগী মমুঙদা অমদি ওইরম্বা তারি। থোংসিগী অতোপ্পা মমিঙ অমনা 'হাউথোং' হায়নমু কৌই মরমদি ঐখোয়গী রাংমদা লৈরিবা কখুলোংগী কবুই খুলসিগা ঐখোয়গা ফাওনদুনা চৎলি হায়বদগী ওইরম্বা য়াই।

ঐখোয়না খঙজখিবা চন্দ্রাশিং হায়বদি ১০ শুবা শতাব্দী হৌগৎ-লকপগী চন্দ্রাশিংদু থাগত্তুনা তোকপা ঙমজরোই। মখোয়গী শূ-নোম্বগী তোপ তোপ্পা গুণ অমা লৈরি, মদুনি ঐখোয়না থাগচ্চারবসি। অচম্বা খুদম অমতং লৌখচ্চগে.—কৈথেল থেঙনা কুম্বসি ঙা-য়োনবীনা ইহেল-হেল্লি, য়ামদ্রবদা মুমিদাংগী পুং ১০/১১ দি তারমগনি। মতমদুগী থোইদোকপা অরাবা অমনা মৈনি, মুমিদাং ওইরকপদা কৈথেন্দা উচান নত্রগা পোদোন থাল্লি, ইলেক্ট্রিক্কী রাদি ঙরাংতগীনিবু হায়বা য়াই। থাবল ফবা অহিংদদি খরা মফৈ, থামম্বা অহিংদদি উচান মৈরা নত্রগা মৈনম উতোং পায়দুনা কৈথেল কুম্লক্লিবনি। কৈথেল কুম্বদি মখোয় পুল্লপ্পা হায়বদি ৫/১০ পুনশিল্লগা চৎলি। য়ান্না মুংশিবা অমনা মখোয়শিংদুগী মরক্তা কনা মনা বাশক হৈবনা বাশক শকই, খুল্লং ইশৈ হৈবনা খুল্লং ইশৈ শকই। য়াম্না মুংশিরিবদি মেরাগী ফজপ্রবা

থাবন্দূদা কনাগুম্বা কনাগুম্বীবু থাত্নুনা শক্লকপত্নুনি, মসি ফাওবা নিঙশিংলি। খোঞ্জেনস্থ য়াম্বা গ্নংশি।

থোইদোক্না নিঙশিংবদা মুংশিরিবা অমনা,—নোংঙাল্লমদাই হায়বদি গোবিন্দগী মঙ্গলাতী কংলকপগী শরিকী খোঞ্জেলত্নুনি,—মত্নু হেক তাবদা পুক্লিঙদা অকি-অখঙ পূম্বা লোইনা মাঙথিবগুম তৌই, য়াহৌ ঙনবা কাঙবুদি মতাঙসিদা হৌগত্নুনা মানা-মানা তৌগদবা থবক-ইনথাঙ কয়া ভৌবা হৌনগ্রবনি। অমুক্না হেম্না মুংশিরিবনা নোংয়াই মতুঙ পূং ২/৩ তারকপা মীচিক মীরাউখোল তারক্রবা, অচিকপা কৌবী লাইরেম্বীনা মালেম ইমাবু কুপশিনগ্রবা মতমত্নুদা, যণ গাড়ীগী থাউ কংখ্রবা হালগী, 'গে-গে', লাউবা নাহে-খোল, মত্নুগী মরক্তা, অমুক্না হেম্না মুংশিরিবনা, গাড়ী য়ালাশিংত্নুনা তাম্না লৈহৌরবী মাগী চাম্নবীত্নুবু থাত্নুনা তরেংশুবা খোম্বাঙদা খুল্লং ইশৈ শক্লকপত্নুনি। অনিশুবা লাঞ্জাওগী মমাঙ অসিন্নাইসি ফাওদি বস্ নক্রগা ত্রক গাড়ী য়াম্না তাঙনা চেল্লম্মি। সাইকল ফাওবা মশীং থীব য়ানা লৈরম্মি। মসিনা মরম ওইত্নুনা পোং পুখোক-পুশিন, অদ্দগী হেন্দোক্নুনা মী চখোক-চংশিন ফাওবা যণ গাড়ীনা তৌনরম্মি। যণ গাড়ীশিংসিস্থ নাইতোমদি কয়া চংনদে পুল্লপ ওইনা চংনৈ, মত্নুনা হুরানবা অমদি ডাকুগী মথুশুগী অকি-অখঙস্থ খরমখৈদি কোকহাল্ল। ফৌ চিংবা, শীং চিংবা যণ গাড়ী ঙাক্তনা তৌনরম্মি। ডিমাপুর ফাওব যণ গাড়ীনা চংনরম্মি হায়, অচুম্বা ওই-রমগনি খল্লি। খল্লুবদা কিদবা ঙমদে, মতমত্নুগী লম্বী-থোং। অত্নুবু অমুকস্থ থাগচ্চনিঙভি থম্মোয় শেংবা, মতমত্নুগী লৌথুপ-লৈকোই লৈতবা ইচম চম্বা, অমগা মগা মতেং পাংনবা, মুংশিনবা, অসিনাচংবা কয়াসিনা ময়াম পূম্না চংমিন্নবগী মুংঙাইবা অমস্থং অকিবা-তুজুং পোকহন্দবা ঙম্মি। মতৌসি খল্লুরগা নিঙশিংহল্লি, মমাঙতৈগী আরবশিংনা কেয়া-ভান (উট শঙ্গু) না লল্লোনবা চংপত্নু।

মরু ওইরিবা রাকম অমনা সিনেমা অমসুং ড্রামা লাক্লিবৈদা শূমাঙ লিলা য়াম্না চৎনরম্মি। ম'সিতা নত্তনা পেনা, খোংজোম পর্ব্ব রারী, লাইরিক, মরাঙ কায়না চৎনরম্মি। পেনা শকপগী মওংসি য়াম্না লেমজবা মওংদা চৎনরম্মি। পেনা শক্লিবা ওজাদুনা কাংথোল হায়গদ্রা ফম্বাল হায়গদ্রা থরা রাংখৎপা ফম-কম অমদা ফম্মি, অদুগা মাগী সেবক নত্রগা খোম্বাংবা অনিনা নাকল অনিদা ফমদুনা মাগী মতেং পাংই। ঐখোয়না খঙলকপদা রারী লীবা অফাওবা অমা লৈরম্মি, মাগী মমিঙ, 'তমফাজাউ' কৌই. অদুবু মহাকসি 'তমফাজাউ রারী লীবা' হায়দুনা অদুম খঙনখ্রে। মহাকপু ঐন খৌওইনা পঞ্জরিবসিগী মরমদি মহাক্কী মশাসি অসুক্কী মতিক চাউই থেলা গাড়ীদা তোংলগা ঈন্দুনা পুই। য়াম্না শাথীনা চাউবা মশানি, অদুগা ফাওবদি য়াম্না কাওই য়াম্না চিল্লি. পাক্লা ফংনদে। তমফাজাউনা রারী লীগনি হায়রবদি মাঙবতু মীনা চন্নদে, জগোই রাশ অমদগী হেন্না তিল্লি, মাবু য়েংবা লাক্লিব্রা, রারী তাবা লাক্লিব্রা খঙদে, মশকসু মুর্শান মূই অদুবু মগুণদি চাউই।

চহী য়াম্খ্রে হুমফুগী মমাঙদা লৈরম্বা মৈত্রবাক্কী হরাও-কুম্মৈ থোই-দোক্লা শীংথানিঙঙাইনি, মসিমক্লা ওইবা তাই, মণিপুরনা পৃথিবীগী সংস্কৃতিগী ফম্বাক্তা অচৌবা ফিদা অমা ফংলিবসি

## ৯

মার্চ, এপ্রিল হায়দি লমতা শজিবু অসিন্নাইগী মতমসিদা ওইবরা খল্লি, নোংচুপ্লোমদগী অঙংবা মখোল অমা তায়। ঐখোয়দি অমুক্তা উত্রিবনিনা করিনো হায়দুনা খুবাং লাইখল তাদুনা য়েংনৈ, হায়নৈ মহৈ-মহৈ,—ইস্ চাউখ্রেদা, লংখ্রেদা, ফজেনে! মমৈদদি হায়নরকই,—

এরোপ্লেন্নি, এরোপ্লেন্নি, কনাগীনো হায়বদি করম্বা মীচগুগীনো মত্রগা করম্বা লৈবাকীনো হায়বদি খঙদে। করিগুম্বা মতমদা চেজেং চাই-থরম্মিসু হায়নৈ, মতুনা অমুক জাপান ময়েক্কি, চিনা ময়েক্কি, হায়নবগী, গুাংনবগী লোইবা নাইদে। হৌজিক্তা ভাব তারকপনি,—জাপানগী এরোপ্লেন্না লাঞ্জাবা লাকপনি হায়বসে।

ইং শোক্কী মতুংইন্না পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও শোক ১৯১৪ দা শোক্লখি, অতুগা অনিশুবা লাঞ্জাওনা ১৯৩৯-৪০ শ্বাইদগী হৌখিবনি হায়। পৃথিবীগী লাঞ্জাও হায়রবনিনা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা শোক্রবা লাল ওইরগনি। ওইনিঙবসু ওইরসনু, ঐখোয়গী পুন্সিদা পৃথিবীগী বোম-তোপকী লাল হাযবসি মসিনা অহানবা থেংনবনি। রামায়ণ অমসুং মহাভারত্তা অচৌবা লানফম কয়াগী রারী তারে, অদুবু মিৎনা উবা অকি-তুজুং পোকপা লান্দি মসিনি হায়বা তাই। অহানবদদি মখোয়গী এরোপ্লেন্দু মুমিৎ খর-খরা খন্নরগা প্যাইরক্লম্মি, খরা লৈরগদি মুমিৎ খুদিংগী ওইনা পাইবা হৌরক্লে, মশীংসু খরা হেঙ্গৎলকপগুম তৌরে। প্লেনশিংসিনা পাইরকপদা উরোক পরেং পাইবংম্মি। মীয়ামসু কজে হায়দুনা অতুম ময়েংনৈ।

মরকসিদা লালগী থৌরাঙদি তৌনরবনি, সরকারগী হুকুম মতুং ইন্না কোম অশাংবা তৌ হায়দুনা তৌনরবনি, অতদগী রিয়ারশেলনি হায়দুনা অহানবা সাইরেন খোংবদা কোম মন্নুংদা চঙনৈ অতুদগী অনিশুবা খোংলকপদা কোমদগী মপাল থোরকই। মতৌ অমুম্না লানগী চোকশিন-থৌরাংদি ফজনা হৌগ্রবনি। অমরোমদা অমুক, ঐখোয়না থৌ-রা শারুদবগী রানি, সাহেবকী মায়কৈরোমদগীসু শেম-শাবগী থবক হায়বদি লাম্বী তেঙ্গোল পৈশিল্লকপা, গাড়ী অচৌ অচৌবা কয়া মুমিৎ খুদিংগী ওইনা থুংলবা, ট্রেক্টর কয়া পুশিল্লকপা, লম্বী-থোং শেম্নবা, অসিনচিংবা কয়াসি ততুনা তৌবা হৌগ্রবনি। শেম-শাদবসু

য়াদবনি ময়মদি পৃথিবীগী লাঙ্গাওনি, পিক্লসু চাউরবসু লৈবাক পুম্নমক্না য়াওরিবনি। লাঙ্গাওসিগী মীচঙদি চাউরাক্না অনিথোক্না খায়দোকই মতুদি—জাপান অমসুং জর্মন্না লুচিংবা কাঙলুপ অমা, অমনা আমেরিকা বৃটিশ· রুশিয়ানা লুচিংবা কাঙলুপ অমা। লাল শুকয়াউ হেক য়াওদনা মরক্তা কাঙক্রম ওইরিবনা এসিয়া মহাদেশকী ভারতকুম্বা লৈবাকসিনি।

ইং শোক ১৯৪২ মেগী তাং ১০, অয়ুকী পুং ১১ রোম তাবা মতম ওইগনি খল্লি। নুমিত্তু নোংমাইজিং ওইবনা ঐহাক অফিস কাদে, ফি য়াম্না কম্না শূরি। অহানবদা মনিঙলোমদা য়াম্না নিল খোংবগী মখোল তায়। মহৌশাগুম্না শরক্তা, শূমাঙদা থোক্তুনা মহৈ-মহৈ য়েংনৈ, লোয়ননা মশীংসু থীনৈ। মখোয়সি মরোল-মরোল লোম্নতুনা পাইরকপা ওইরমাল্লে, মমাংঙলোমদা খরা-খরা নেমথখিবগুম তৌই, বি, ও, সি মপা অম্বাই যৌরকপদা অমুক্তা ওইনা পূগ্না লুকথখি, অথাক অরাও মখোল ওইনা ভারকই, য়ুম কৈ পুম্নমক য়ুহারাবদগী হেন্না নিকখি। নোংপোক থংবা মায়কৈসি মৈথুনা পুম-মম মমখি।

করিনো তৌরিবসি কনাসু খঙনদে, মহৈ মহৈ মথরায় হিংলগা লোইরে হায়দুনা পংলোৎ লোৎনৈ। বোম ভারক্রগা লোৎনবা হায়তুনা থম্নিবা কোমহু হুন্দোক্লগা কাঙখদা নক্রগা পুখ্রিদা চোংথতুনা থোঙ্গা মথাদা লোৎপনা কোঙ্গায়মা। পুরাণগী রাদা 'পোলাংখোক্তগী ফি লোকপা নংলোই' হায়বহু চপচানা থোকপ্রবনি। অঙকপগী মওংনি, অমুক্তী মতিক মীপাইনগ্রে মহুদি মীগী মচাহু মচানি হায়তুনা পুতুনা চংখি, মচাতুনা অতোপ্পনা পুতুনা চংখি। কনামতা হায়নবা ভাঙনবা শংদে হিংহৌরগা লোইরে খম্নতুনা পংচেন্দ চেমৈ। লাল চেম্নবগা ঈশিং চাউবা চেম্নবগা থোইনা খেম্নবা লৈতে,—মী খুদিং অহল অঙাং খায়দে ময়োম অমমম কোকথোংনতুনা; পম্বুংফম খঙদনা পংচত্ত চংনৈ। মওং অমনি, মতৌ অমনি।

অস্তুম্না মীয়াম্না থরায় খুবাক্তা হাপ্তুনা পম্বুংকম খঙদনা কোয়চেন চেন্নরিঙৈ মতমসিদা কাঙবু অমনা খুদোংচাবা লৌহৌগদবগী মিকুপ নাহুম য়েংহুনা লৈরি। কোন য়োনবা তুকান্দগী কোল-লিক, ফি য়োনবা তুকান্দগী ফি-রোল, চেঙগী তুকান্দগী চেঙ বোড়া, কোকথোংনা হোনবদগী হেন্দোক্তনা যণ গাড়ীনা ফাওবা হোম্বরকই। অঙকপনি! মীওইবগী পুক্নিঙগী লমচৎ হায়বসিস্থ,- অসি য়ৌনা রানরবা মতমসিদা মীগী মপোৎ মরল নমহুনা লৌরগা, হুরান-চিন্বী তৌরগা হিংগনি অমস্তুং মুংঙাইগনি হায়হুনা লৈবা কাঙবু অমা। অমুকস্থ ধর্ম্ম লৈবা অমস্তুং অচুম্বা তৌবা মখোয়হু ঙাক্তনা মুংঙাইরবরা হায়বস্থ নত্রি, মহুগী প্রমাণদি; অস্তুম্না মীগী মপোৎ-মরম্ভা মুন্দুনা লৈহৌবা মখোয়হনা হৌজিক ফাওবা নিঙখায়বা ঙমদনা পানবস্থ য়াওরি। মসিবু অচুম্বা তৌবা, তৌদবা, ধর্ম্ম, অধর্ম্মগী রার' !

পুং থরগী মমুঙদা ইম্ফাল সহর খুম্বাক লানশিহৌরে, য়ুম ঙাক্তা লেপহৌরে,—মীদি য়াওদ্রে। শা, যণ, হুই, হৌদোং, মপুনা চৎখিবা মায়কৈদা মঙক থাঙক্তনা য়েংহুনা লৈহৌই। জীবশিং অসিস্থ মরোল থোক্তে হায়বদনি,- অরাবা, মুংঙাইবা, মুংশিবা, অশাওবা, পুম্নমক ফাওবা ঙম্মি, মরমদি ঈশ্বরনা মখোয়দা অসিগুম্বা ফাওবা ঙম্নবগী মহৌশাগী ওইবা পাঙল অমা পীবি। অহুনানি মখোয়না মপুনা চৎখিবা মায়কৈরোমদা মমিত্তা ঈয়া চেন্দুনা য়েংহৌরিবা। থোই-দোক্না মুংশিরিবদি, মপুনা লাক্তনা অমুক লৌবিরগান হায়বগী মতাঙম মুমিৎ খুদিংগী থোঙান্দা থোক্তনা মঙক থাঙক্তনা কোইয়েং য়েংবহুনি। কনাগুম্বা মুংশি হৈবা মপুনা মখোয়গী শা-যণশিংহু হোইদুনা মখোয়না লৈরিবা মফমহুদা অমুক পুবিখিবস্থ য়াওই, অহুগা কনাগুম্বনা থিবা খঙদনা চৎখিবস্থ য়াওই,—লাল হায়বহুনি লাল।

মপুনা হুন্দোক্লম্লবা য়ুমশিংদু মতম কুইনা হাওদুনা লৈতে,—লাম্মীনা অমুক পিক থলহনখ্রে। লাম্মীশিং অসি ভারত মচাদি ইয়াম্ব, য়ামদে অতোপ্পা লমগী লাম্মীনা অয়াম্বনি। মসিদা মরু ওইনা য়াওরিবসি নেগ্রোনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। নেগ্রোশিংগী কুচু, মশম-মনা অমস্তুং মায়থোংসি য়েংবদা অয়াম্বনা কিনৈ, অদুনা অঙাং কপ্পা ফাওবদা নেগ্রো লাক্লে হায়দুনা থেম্লগা কপ্প তৌক্লে।

অহানবা বোম তাপ্রবা মতুংদা ওইরক্লিবা ইম্ফাল শহরগী ফিভমসিদা অকিবগী মশক্লি। মহৈ-মহৈ য়ুম থাদোক্লুনা চংনপ্রবনিনা শহরসি খুম্তাক-লানশিরে অদুবু কুইদে মুমিং ২/৩ গী মমুঙদা অহাঙবা য়ুমশিংদু লাম্মীনা পিক থনগে, অম্বুক্কী মতিক মখোয়না য়ুম্ব, শাথ্রে, মদুদি কনাগুম্বনা চিথ-নাম্বহৌবা পোৎ লোজগে লাকপদু মখোয়গী অয়াবা য়াওদ্রবদি ইমুঙদা চঙবা ফাওবা য়াখিদ্রে। মরক্সিদা অকিবা পাউ অমা'মুক—ইম্ফালদা অনিগুবা ওইনা বোম থাদখ্রে হায়বাসান, মদুদদি ঐখোয়গী য়ুমম্ব য়াওথ্রমাল্লে, লাল হুঞ্জিল্লকপদা ঐখোয়গী য়ুমদু লৈরগদ্রে। অকোনবগীসি চয়োল অমরোমগী মতুংদা থাদবা ওইবনা ঐখোয়দি খরা থাপ্প' লৈরবনিনা মখোল তাবা ফংদ্রে। 'অকোনবগী বোমদুদা খুরায়দা মীচম প্রজা খরা শিথি হায়নৈ, অশোক-অপনমু খরা য়াওখি হায়। মসি মখোয়গী মিতম-ফম শোয়বদগী ওইবমু য়াই।

অচুম্বনি, পুন্সি হায়বসি হিংনবগী অকনবা লানফম্নি হায়রিবসি। মী খুদিংনা হিংনবা হোৎনরিবসিদা থেংনরিবা অরাবা, লুংঙাইবা, খুদোংথীবা ময়ামসিবু ওইবা তাই,—'পুন্সি লানফম' হায়রিবসি। লানফমসিদা লানঙম ফিরাল থেৎপা ঙম্লবা মখোয়শিংদুবুনি ঐখোয়ন, পুন্সি লানফমদা মায় পাক্লবশিং হায়রিবসি। অদুবু পৃথিবীসিদা পুন্সি লানফমদা মায় পাকখিবসিদি পংয়ামদি য়ামদে। মতৌ অদুগুম্বা

ঐখোয়না অনিশুবা লমঙ্গাওদা থেংনরিবা হিংনবগী লানকমসি য়ান্নমক চাউত্রবন্ন অপিকপা অমনিদি হায়দবা য়াদে। লাল মন্নুশুহ্নদা ঐখোয়না থেংনখিবা খ্বাইদগী মরু ওইবদি শেলগী মমলগা পোংকী মমলগা শান্নীনা খেন্নবসিনি। শেল য়াম্না হোঙ্ডি, পোং য়াম্না তাঙ্ডি, হায়বগী অর্থদি শেল য়াম্না লৈরবন্নু পোং লৈবা ফংদে। পোং তাঙলিবসিগী মখল্লা লাল অমা থোক্লবনিনা লৌউ-শিংউগী থবকসি খরা মরাংলে, মহুনা মরম ওইহুনা মহৈ-মরোংগী পোথোক্তি রাংলে, চাবিনবনদি য়াম্নে, অহুনদি পোং তাঙব হায়বসি মশানা তারবা রাফম্নি। অতোপ্পা রাফম অমনা লাম্মী ময়াম থোমজিল্লকপসিনন্নু পোং চৈ তাঙনবগী মরম অমা ওইহ্নখি। অমরোমদনা লাম্মীগী কেম্পতা চংলগা পোংকা-পোংকা শিন্নবগী খুদোংচাবা অমদি ফংই, মহুদি চা, চিনি, হরাই, ষঙ্গোম, আসনচিংবগা মনা-মশীংগা ওন্নবা য়াই, মহুনা অমুক মমল তাঙনা য়োল্লগা শেল ওম্বোকপা য়ারি, মহুদা শেন্দোং তানবন্নু য়ারি।

লাল মন্নুশুগী অরায়বা শেন্দাল লম্বী অমনা ঠিকা তৌবসিনি। মতমহুগী ঠিকা মতৌদি হৌজিকসি নত্তে,—উ, রা, ই, য়েরুম, মনা-মশীং আসনাচিংব পোংলমশিং আস লাম্মীগী কেম্পতা পীবনি। ঠিকাসি অম্নুকী মতিক হৈনপ্রে মহুদি মরোল ইরোল খঙনদবা মুপীশিং ফাওবা খুদোম্বীনা ভাংনহুনা ঠিকা তৌনপ্রে। অম্নুম্না লাল মন্নুঙদা তালহৌবা শেন্দুনা লাল লোইরবদা কারবার তৌহুনা তঙ তাবা পুন্সি অমা লেনখিবন্ন য়াওই। অহুগা অমুকস্নু লাল মন্নুঙদা তৌখিবা ঠিকাহুদগী হৈহৌহুনা লাল মতুংদা মণিপুরগী অচৌবা ঠিকাদার ওইখিবশিংস্নু য়াওখি পুয়াগী রা,—'উখোঙ খুদিং কৈথেল কাগনি' হায়বহুস্নু অচুম্বা ওইশ্রবনি। মচি খুদিংগী পোংফম ফমদবা লৈত্তে, মতমহুদা লৈখিবা কৈথেলশিংহু হৌজিক্ত শেমগত্তুনা কৈথেল অচৌবা অমম্ম ওইগ্রবনি।

ঐখোয়না লাল চেনবসি খুম্বোংদনি,—থোংখোঙহুমত্ত দা। ঐখোয়দা

নত্তে, য়ামগ্রবনি, খঙনবা কয়া, খঙনদবা কয়া, থোয়না নক্লা তিন্নরুবদি লৈতে। মফমসিদা লৈবগী কান্নবা অমনা, অচৌবা কৈথেল, নম্বোল, লমশাং, খনাম বাজাব অসিনচিংবসি খোঙনা অত্তুম চৎপা ঙম্মি, তৌবগীবুদি লাল মগুঙদদি অয়াম্বা লম্বী-থোংসি খোঙনা চৎনবা ঙাক্তনি. অত্তুম ঙইত্তুনসু ময়াম য়ারী শাত্তুনা চৎমিন্নবনিনা অন্নাবদি থোইনা খঙদে।

খুম্বোংদা লৈবিবৈদা ঐঙোম্দা থোইদোক্লা নোক্লিংবা থোদোক অমা থোকখি। মুপাত্তু ঐ মশক্তি খঙভি, অত্তুগা মমিঙদি খঙদে। মহাকসি 'মুম য়েংবদা লাইরিক লাইশুদি কয়া নিংথিনা হৈতবা অত্তুগা অহৈবদি যাম্না শাজনিঙবা মাল্লি ঐনা য়াম্না নোক্লিঙলিবা মহাক্কী কুম্মৈদি,—মহাক্না গ্রামোফোন অমা পুরকই, রেকোর্ড খরগা লোয়ননা। নোং হেক ঙানবগা মহাক্কী মখৌ হায়ববু অখোংবীত্তু পুরগা মাঙোল অচৌবা নত্রগা শুমাঙদা থম্নগা খোংবনি। মতমত্তুদদি হায়রিব অখোংবী-সিদি সহরদা কাওবা অখন্নবা য়ুম খরদা লৈনবনি, অথ.প্পা খুঙংগী লমদদি, মশক অমম্মুং মখোল তাত্রিবনি। অত্তুনা খুঙংগী মীওইশিংদদি মসি অনৌবা অমা ওইনা থোকপনিনা. মাঙোম্দা থোংলে পাখঙ-লৈশাবীনা পিক থল্লি, পুংনা চৎলে অঙাংশিংনা চওম-শানা ইল্লি। মসিদা মুপাত্তুনা খঞ্জরিবা অমম্মুং মুংঙাইজরিবদি, মহাকসি য়াম্না ইনাক-কৈরাক খুনবা অমম্মুং লাইরিক-লাইশু হৈবা মীনি হায়না লৌজরিবসিনি, হৌজিক মতমগী য়াহৈদা হাযবগা,—'গপ-সব' তৌবা হায়বত্তুনি। মাগী 'সো' ত্তু উবদনি, ঐনা য়াম্না নোক্লিঙলিবসি।

অম্মুম্না মতম খরা খুম্বোংদা লেল্লবা মতুংদা ঐহাক মণিপুর থাদোক্লগে খল্লক্লে, মরমদি মফমসিদদি হৌজিকমকম্মু থবক-ইথাঙ থোইদোক্লা শুফম-নোমফম লৈতবনিনা, সিলেটতা লৈরিবা ঐগী ইপাত্তুগী মনাক্তা চৎলগে হায়না খল্লক্লে। ইমানদি 'চৎখিম্নু' মীরমত্তুদা নহাক্না

করি তৌরুগদগে হায়না কয়. খামজবনি, অদুবু ঐগী পুক্নিঙদা চংনিঙবগী ঈথক-ঈয়াঙ অমনা তৌকম খঙদে, লৈক্ষম খঙদে। মতমতুদদি ভিমাপুর লাইনসি ফাওদবনিনা, মী অয়াম্বনা ওল-কাছার লম্বীসিদা খোঙনা চংনৈ, মসি তোংজৈ মরিল হায়নস্থ খঙনৈ,— মসিগী অর্থসি ঐনা'স্থম খনবদা লম্বীসি তোংজৈ মরিনগুম্না খুঈ হায়দুনা 'তোংজৈ মরিল' কৌরম্বা য়াই হায়না খল্লি। লমশাঙসি সুমিং হুম্মি, মরিনি চঙনা খোঙনা চংপনিনা বাবগী জাত্তি করি অমুক হায়রুগনি। অদুগুম্বা অবাবা কয়াহু খল্লুবদা ইমানা ঐবু খাম্বা ওইরম্বা ভাই হায়না খল্লি।

ইমানা হায়বা পুন্নমক না-ওইনা তাদনা, ঐনা চংননবগী খোঙবু থিবা হৌরকখি। খোঙবু হায়বসি মখোয়না খরচ তৌরগা চংকদবা নত্তে. ঐনা খরচ পুন্নমক তৌরগা চংকদৌরিবনি। উচিন-নাচিন্না ঐখোয়গী লৈকাইগী অহল ওইরপ তৌবা মুপা অমগা নহা অমগা হৌরগা চংলসি হায়না লেপ্পরে। ঐগী শেন্দি, থবক তৌবদগী খরা-খরা তুঙশিঞ্জহৌবদুনা চংকদৌরিবনি। অদুবু অনৌবা শক খঙদবা লম অমদা চংকদৌরিবনি খনবদ পুক্নিঙসিদা পংনুংদ মুংঙাই। অদুদগীদি অকবা মুমিং অমা য়েংলগা ঐখোয় অহুম কাছারগীদমক খোঙ শাল্লে।

## ১০

ওল্ড কাছার লম্বীসিগী থাইনদগী হৌনা খঙনরকপা মমিঙদি 'তোংজৈ মরিল' হায়না খঙনরম্মি। ঐখোয়গী ইপা ইপুশি'না খোল-লম্নিবা মিং অসিমক লম্বীসিগী মওং মতৌগা চানবা মমিঙনি খল্লি, শেম্বি-শাবিত্রবা লম্বীসি মতমতুদদি ফনা নিংথিনা খুই মহুদি মী অনি থৈনবদা বানা থোকই। লাল মমুঙসিদদি ভিমাপুর লম্বীসি

সিঠিলিয়ান চৎনদবনিনা, লম্লোল ইতিক চৎনবগী লম্বীসি মসিনা মরু ওইরম্মি। মরমসিনা লম্বীসি অহিং-ন্নুংথিল নাইদনা মী চৎনরম্মি, করি অমুক হায়গনি, মীনা ক্রিক-ক্রিক ঈম্নুনা চৎনরম্মি, অদুনা লম্বী চৎপগী কিনিঙঙাইদি করিস্মু লৈরমদে। অদুগা অমরোমদা মরোল থোক্তবা শা-যণসিস্মু খঙনংগী শক্তি অমদি ফজনা লৈত্রা হায়না খল্লি, মরমদি হায়রিবা লম্বীসি শা যণ হায়বদি কৈ, লম-ওক অসিনচিংবা শাথীরবা শাশিংন মনিঙতম্না খুন্দাহুনা লৈবা মফম্নি, অদুবু মী য়াম্না চৎপসিনা মরম ওইহুনা মখোয়স্মু ইথোক থোক্লক্রে, ইথেং থেংনদ্রে।

হৌজিকমক বিষ্ণুপুরগী ডিস্পেন্সরী নত্রগা প্রাইমারী হেল্থ সেন্টর লৈরিবসিগী নাকন্দগী কাবা হৌই। চীংগী লম্বী ওইরবস্মু য়াম্না ঙম্বদি নত্তে, চীংখোঙদগী লোইরোইনা কোয়না-কোয়না কাখৎপনি। লম্বীসি ঙসি ঙরাংতগী নত্তে, নিংথৌরোল কয়াগী হাক্তক্তগী লৈরক্লবনি, চীং-শাঙসি কারকপদা ইহান হাম্না থেংনবা চীংদোন্দু লাইমতোন কৌই হায়। মতুদগী খরা চৎলগা থেংনৈ লৈতেম মাম্নবা থেন অমা, মহুনি খোপুম তম্পাক, মফমসিমক্লি চীং-মীশিংনা খুন্দাহুনা লৈরিবা। মসিমক তম্পাকী লমদা লৈরম্লবাদ অমুকস্মু য়াম্না পুক্লিঙ হুনা ফজরম্লোইদবনি, অদুবু থেন অমতা উদবা অসিগুম্বা চীংলকসিদা, অশংবা তিংথৌনা ফিরাংজি থাবা থেন অমা উবা ফংবসিদি, -'ওইদবা ইখোলদা থাজদবা পাম্বী হৌই', হায়বদুগা অঙ্কা ওইরে। মতমতুমকস্মু হানৌনা নেম-নেম চোংবা মতম্লিনা তম্পাক্তু পুমশং শংই, চীংমরুতুস্ত অনৌবা শীংনাংনা পুমরোম রোম্মি। জিরি হুম্বা মালংনা শীংনাং মরক্তা চেম্না-চোংনা শাম্নবদা শীংনাং মনাশিংহুনা হয়াও মথোই কাজহুনা থেক্লা নৌনা জগোই শাজরি,—মত্তোহু উবদা হুংশানী মৈশাস্ম কাউখ্রে, চীংশাঙ লাম্না লাকপগী অম্নাবস্মু কাওখিত্রে, মহৌশা লাইরেম্বীগী মোমোন মীনোক্তা থম্মোয় ঐগীস্থু শুম্নাংশ্রে। অহোয়নতুম চীংথক্তগী হুমথরকপা জিরিবা মালঙনা

য়েবদা চোকথরবা হৃক্চাংগি নৌহৌনা অমুক তেকথংহল্লে। অসিগুম্বা ফজরবা থেন অসিদা শক্তি শঙাইনা চেন-চোংহনা শাল্লজরবদি স্নাগী মথক্তা ডংফা থিনবগুম থেমগী ফজবা হেনগংহন্নপদবনি। অদুবু মহুত্তা ফু-রাউনবা থচর্ম্নশিংনা পল্লেং শানা লেপ্পদি কয়াদি পকচথিল্লে।

খৌপুম তম্পাক ইচম-চম্বা থেন অমা নত্তে, মৈত্রবাক্কী পুন্সি ঈচেলগা তৎনথানবা য়াত্রবা মরি লৈনবা লমদম্নি। নিংথৌরোলশিংগী মারীদা মকম চাউনা কল্লি। হায়নৈ, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা সনা লৈবাক থাদোক্লুনা তেথাওদা সনা খোঙলেঙব, মতমদা খৌপুম তম্পাক্তা পোথাখি। অশেংবা মৈতৈ নিংথৌনি-খঙনবা খৌঙ্মুংদা সনা খোঙনা নেংল্লগা খোঙ্গুল থনম্নি। অঙকপনি, মীওইবগী মাথল হায়বসিসু, তিনবু ত্রিম্নক্লব্রবদি, তোৎপু তোৎ নল্লব্রবদি, ঐথোয়গীনি হায়বসি ইকাও কাওনবগুম তৌই। ঐথোয় মশেল শকথঙ মায়খঙনবদা লম্বা-থোংগীসু মতেং য়াম্না চঙভি, লম্বী-থোং করবদি চুম্নগী লম কোয়বা চৎপদসু খৌপুমগা ঐথোয়গা ফনা য়াম্না নকশিন্নরম্বা য়াবনি। হৌজিক্তি ঐথোয় লাইবক ফরে হায়বা য়ারে, মরমদি খৌপুম তম্পাক মশক খঙনরক্লে, মমৈথঙদদি কবি কমলগী কাঞ্চীপুরগুম খৌপুম তম্পাকসু মনিপুরী সাহিত্যগী অচৌবা শরুক অমা য়াক্লবা য়ারি। লাই মত্তোন চাংদোল্লগী য়েংথখিবদা উরে, ঈমায় চোল্ল লোক্লাক পাৎ, থাঙ করাং মচিন-মনাও, লাইজ-চোল্ল ঈপাক্তা কোরৌ মশেল্লা য়েবদা মিংশেনগী মতৌগুম লংই, নিঙশিংলকই অশৈবগী রা, 'লোক্লাক্লা মিংশেল্লি, কৌরুনা খোইদৌনি।'

মে ববু হৈরবদি ফজবগী ফজবা ঙাক্তনি। তোংজে মরিনগী লমদম-সিদা, শিলংগী বিদন, এক্সিকেন্টাইল হায়রিবা ঈশিং চাইবীশিংসিদগী তাদনা ফজবা ইশিং চাইবী কয়াসু থেংনৈ, মশক মমিংদি কয়া খঙল্লে। চীংখঙ্গী কুন্ধী কালেন থায়দনা থাক-থাক নাইনা চেথ্থরকপা ইশিংগী

ঈরাউখোন্দু তাবদা থম্মোয়সি নিকই, থরা লাপ্তক তৌনা য়েংলবদি ঐবু কুপ শিনখিগদৌগুম তৌই ফনা নিংথিনা ফইজ য়েংবদা মিৎফম হোং-নিংদে, শাফু কম চেন্থরক্লিবা ইশিংহুদা কোরৌগী মঙাম্না য়ৈবদি ফুদোং-লবা লুপাগুম লংনা নিংথিজৈ, মিৎ না ইথক থকহল্লি। মতমহুদা ঐনা খনখি, - করিগীদমক অস্থক ফজপ্রবা ইশিং চাইবীসিবু মেতৈ কবিশিংনা উরমদবনো ?

খল্লক্ই ঐনা — চীঙ্গোলসি শা কৈগী মকোম্নি মীওইবনা খুন্দা লৈ-তাহনা লৈরম্লোই। অহুবু ঐগী রাখল তাই-ওন্নরম্মে, রাংলবা চীংদোনসিদা লৈরম্মী, — চীং-মীশিংনা খুন্দা-লৈতাহনা অহানবা উবমক্তুদদি পুক্লিঙদা অকিবা 'ম পোকই, — করিবু তৌরকদগে। অহুবু রারী রাতায় শাম্নহুনা শকখঙ মায়থঙনরবা মতুংদদি মখোয়না হেন্না থম্মোয় পানবা ওইরম্মে, মীম্নংশি খঙবা ওইরম্মে। ঐখোয়গী চান-থরুবা পোৎলম খুদিংমক মখোয়-দগী লৌবা য়াম্নরম্মী। ঐখোয়গা মখোয়গা করিস্থ খেন্নবা লৈতে, রাখল, থবক থৌওং অয়াম্বা অহুম মমাইম্নে। চীং-মী অমস্নং তম মী অনিসি য়াম্না লোন্দিম্ননা লৈমিন্নরকই হায়বগী প্রমাণস্থ ঐখোয়না তত্তনা ফংই মহুদি,— চীংমী শিং তমদা কুম্নকপা মতমদা ইতাউগী নত্রগা ইপাগী হায়হুনা মানা-মানা লৈজবা পান, মাইরেন্তা ওইরবস্থ তম্নকই, তমগী মীনা চীংদা চৎপদস্থ অহুমঙাই। মসিনা মীহৌরোন্দগী হৌনা চীংমী অমস্নং তম-মী পুকচেল খোইজেল তিম্ননা অমত্তা ওইনা লৈমিন্নরকই হায়বা উৎপনি।

লাল মমাঙগী রা ওইরবস্থ ঐ ইশামক্লা উহৌবা থৌদোক্তগীস্থ ঐখোয়গী নক্লবা মন্নিনি থঙবা ভন্মী। ঐখোয়গী লৈকাইদা পাঞ্জি শংলাক-পা অমা লৈ। ঐখোয়গা কবুই খুল কখুলোং হায়রিবসিগদি তুরেল রাংম বাংমা তামিন্নবনি। মখোয়গী করিগুম্বা অনা 'য়েক নত্রগা দবা লাংকম অক-ফরা য়েংগে হায়রবদি পাঞ্জি শংলাকপদা লাকই।— পাঞ্জিনা হায়বা

য়েংগে হায়রবদি পাঞ্জি শংলাকপদা লাকই। পাঞ্জিনা হায়বা মতুংইন্না লাইদা পোং কংলু হায়বা পোংলম পুন্নমক ঐখোয়গী অরাংদা লৈরিবা রাধা মাধবতা কংলি। মখোয়না লাইদা কংলবা পোং-চৈশিংডু ঐখোয়-দৌনা পুখমদা হ'প্পগদি পুরক্তে অদুবু থুমোক লাইতং মচা অমদা হাপ্লগা পুরকই। হোরেল মুংখিল লাই প্রসাদ হায়বদি সঙ্গোম ক্ষীর নচিংবসু অদুম লৌরৈ। মসিনা উংলিবদি ঐখোয়না থাজরিবা লাইডু মখোয়সু অদুম মথাজৈ, ঐখোয়না চংনরিবা লোনচত্ত মখোয়সু চংলি হায়বনি। হৌজিক মতমসিদদি য়ুমলৈ-কৈরৈ কিজেং-চাকচা, মহৈ মশিংদদি মখোয়না তম-মীশিংদগী করিসু তাঙ্গে হায়বা য়ারে। ঐনা হায়জরিবসিগী মরু ওইবা রাকমদি চীং-মা অমসুং তম-মী অনির্সি তংন-থানবা য়াদবা মরী লৈনৈ হায়জবনি।

মথক্কী রাকম থরসি পঙ্গরুবগী মরমদি ঐখোয়গী মৈত্রবাকসিদা ধর্ম্ম, জাতি, থাজবা, থাজদবগী রাকমসি কয়া লৈনরমদে হায়বদি 'ঈশ্বর' হায়-বসি অমতনি হায়বগী রাখল্লোন্দা লৈনরম্মী। জাতি খেন্নজ্ররবসু রাখল পুক্লিঙদি খেন্নবা লৈতে, অমত্তা ওইনা হৌমিন্নরকপা,ন, অদুনা ঙসি ফাওবা হায়রি, — 'চীংনা কোয়না পনশাবা চীং-মীনা কোয়না পন-ঙাকপা মনি-পুর সনা লৈবাক্লি।' অচুম্বনি ঐখোয়গী লৈবাক মনিপুর চীং-মী অমসুং তম-মীগী অপুনবা ফজপ্রবা শক্তম্নি।

তোংজৈ মরির্নসি মশা-মউ ফবা মীনা চংলবদি মুমিং ৩/৪ রোমদা মচঙশি হায়, অদুবু ঐদি থরা শোনবনিনা মুমিং ৫/৬ নিরোম চঙশি। মী থুংশঙ থুদিংদা পোথারগা চংপনিনা থরা কুইনা চঙবনি। মতমদুদা লৈ-রম্নিবা মী-থুংশঙশিংডু হৌজিক্কি লৈরিবা আই, বি, শিংসিগা য়েংনক্লরবদি অকিবগী মশক্লি। মসি ঐনা অদুম থনবদা লাম্মাশিংনা শাবা ওইরম-গদ্রা থল্লি, মরমদি লৈরম্নিবা যুমশিংডু রা ঙাক্তনা শাবা য়ুম ওইনা তৌই,

হিঁপ্পবহুস্থু রাগী কাংথক্লি, মথক্তা চরু থারগা তুম্বনি। অহিংসি ভুগ্বা কয়া য়ানদে, কাঙথল খন্দবনিন কাঙ খয়া চিকই, অহুদগী অমুক কাঙ চিকই হায়হুনা থোং মথক্তা ময়াম পুম্নমক থোক্তুনা হিপ্নই মথুদম্ম তুমিংনা অমুক লান্দারক্তুনা ঙেহাক্তা পোথাকম খঙদে। অহানবা ওইনা তাবদা য়াম্না নোক্লিঙবা মিংনা থোং অহমগী মিংহুনি মহুদি থাই, ঈয়াং অমম্থং মকু. ঐখোয়না হিপ্লিবনি হায়রিবা থোংশিংসিগী মথক্তনি, অহুগা নোং চুরকপদম্ম অরাবা নংদবদি নত্তে, শা, কৈ লম্‌ওক্তী অকিবন্ন অহুম ফংই। অমুক্ত ঐগা চংমিন্নরিবা থরা নহা ওইবা পাখঙ মচাহু লম-ওক্তা তাম্নরক-পদগী মক্ষি-মরোল ফাওবা হুন্দোক্তুনা চেল্লকই, অদুগা অহিং অমম্থ ঐখোয়না তুম্লিবা মী-থুংশঙহুগী মিহুংথোঙদা কৈ অম মঙক থাঙহতুনা য়েংলম্বদগী মপান্দা থোক্লতুনা থোং মথক্তা লৈনখি।

অম্থুম্না নুমিৎ ৪/৫ রানা লাক্লবা মতুংদা অয়ুক অমদি খঙহোদনা চীংশাং পরেং অমা লানবা লোইরগা জিরি তম্পাক হায়বহু তারক্লে। জিরি তম্পাক হেক য়োরকপদা অনোবা পুজি অমা ফংবগুম থক্লি। জিরিদা রাগী উমং মরাঙ কায়না লৈ হায়র্বা য়াই, রাগী উমংনি হায়ব-মর্কম্ম য়ারিবনি। লমদমহুগী মীওইশিংনা রাহু য়াল্লগা কোকথোং কোকথোং পুথোক্লরকই, মসিনা তাকপদি মখোয় রাগী কারবারনি খন্না ফজনা তৌই হায়বা তাকপনি। জিরিগী মীশিং অমাং-অশেং নিয়ম কায়দনা চংলি, চন্দন থিন্দনা চাক চাদে, ইরুজদবা য়াদে, ব্যবহার ফজৈ, মীচঙ-মীথোক ফজৈ।

জিরিগী থুগ্নাশিং অতিথি সেবা ফজৈ, পীজ-পীথক্তা খরায় য়াওই। ঐখোয়না থুংলুরিবা ইমুঙহু, হান্না খঙনবম্থ নত্তে, অহুবু ওন্থোক্না ফজনা নুনা-চান্না সেবা তৌবিরকই, য়াম্না পেঞ্জখি, ঙসি ফাওবা মখেয়গী লমন তোল্লে খঞ্জরিবনি। অহিংহুমা মখোয়দা লেল্লগা নোং ঙানবগা চাক-

ইশিং চারগা শিলচরগীদমক খোঙ শাংলক্লে। জিরিদগী শিলচরসি খোঙনা অতুম চংলি, মসিদা ফুলটর হায়রুনা চীং মচা অমা লাল্লি, মমিঙতবু চীং হায়জবনি, মসিগী মরমদি ঐনা অস্তুম খনবদা অমুক বাংখং অমুক নেমথ তৌবত্থদা খোনবা ওইরমগনি খল্লি, মসিবু 'তিনফা ঈরোয় চীংস্থ' কৌই হায়। 'স্থম লাকপসিদঃ চীংমায় থল্লা কিহোম পাম্বী ;হৌরগা থেংনৈ, লৈরগা খোক্তুনস্থ চায়কই, নিঙশিংলুবদা ঙসি কাওবা মহাও লৈরিবোই নিঙঙি। লম কোয়বা ওইনা চংপদদি মত্থগী খোঙচত্ত কাউবা ঙম্লোই।

## ১১

অস্তুমা লাক্লগা শিলচর য়ৌরে। মত্থদগী ট্রেন তোংত্থনা করিমগঞ্জ য়ৌরে। করিমগঞ্জ হায়রিবা মফমসি কা অমস্তুং ভারী-ভাতায়গী থোই-দোক্লা মমিঙ লৈবা মফম্নি। লাল মমুংদা মফমসিদা মণিপুরদগী পোৎলমশিংসি লৌবা লল্লোনবা মী য়াম্না চথোক-চংশিন তৌনরম্মি। মতমত্থদদি অপূনবা ভারত ওইরম্বনিনা শিলেটসি ভারতকী মমুঙদা লৈরম্মি, অত্থনা চথোক-চংশিন্দা থোইনা অপনবা লৈরমদে। ঐনা করিমগঞ্জ য়ৌরগা ঐদি ইপাগী মনাক্তা লৈহৌরে, অত্থগা ঐবু থিনবি-রকপশিংত্থনা ঐনা খরচ খরা পীরগা মণিপুরদা থোকহনপ্লে। মফমত্থদস্থ ঐনা কুইনা লৈরমপ্লে ঐগী ইচে অহল অমা হবিগঞ্জদা লৈ, মহাকী মনাক্তা চংলে, মফমত্থদা ঐ ফনা কুইনা লৈবদগী মখোয়গী চংনবী লোনস্থ খরদি হৈখি। ইচেহনগী মনাক্তা ফনা কুইনা লৈরবা মত্থংদা হবিগঞ্জদা ইচে য়াইমা অমা লৈ, মহাকী মনাক্তা অমুক লৈররে মফম-সিদদি ঐহাক ফনা য়াম্না কুইনা লৈরম্মি। ইচে অনিমক মবুক মপাউ

য়াম্না কৈ ঐবু লুনা তৌবি, মখোয়দস্ম নত্তনা ইবুং অশি'মস্ম লৈ, মখোয়মস্মু ঐবু নুংশিনা তৌবি।

অস্তুম্না ইং কুমজা ১৯৪২ দগী ৪৫ হায়বদি লাল লোইবা ফাওবসি ঐহাক ইচেহল অমস্তুং ইচে য়াইমগীদা লৈতুনা লেম্লে। ঐনা খরা কুইনা লৈবসি ইচে য়াইমগীদদনি. মফমত্তুদদি ঐহাক এল, পি, গী ওজা ফাওবা ওইরকখি। ইচে-য়াইমনা লৈরিবা মফমসি হবিগঞ্জগী কাশিপুর হায়রিবা খুলহুদনি, খুলহুগী জামিদারহুগ। ঐখোয়গা য়াম্না নকুনা লৈমিম্মৈ অহুবু অরাবদি নোংজু থাদদি হি তোংদ্রবদি চংপা য়াদে, জামিদারহুগী ময়ুমদনি এল, পি, স্কুল লৈরিবসি। জামিদারগী ইমুঙহু য়াম্না কৈ হায়বা তাই, ইমুঙহুদা মচাম্নুপী লৈশাবী অনিথক লৈ, অহন্দুনি ঐগা খরা তিম্নরুরিবসি। মসিগী মরু ওইরিবা মরমদি, মতমহুগী ভারতকী ওইনা অপুনবা মিংয়েংদা য়েংলগ , ম্নপীশিংগী মরক্তা লাইরিক-লাইশু হৈবসি খরা মরাংলি, অমুক্তা হেম্না থুঙ্গংদনা শোথরিবনি। মসিনা মরম ওইরহুনা মমিত্তা লাইরিক-লাইশু খজিক্তুং উবা মমিৎ-মনা খরা শিংবা মী অমা থেংনজবদা নুংঙাইজবনি।

জামিদারগী পুম্নি অচৌবহুদা ঐ ম্নমিৎ খুদিংগী হাশং শোকপা চংলি। নেংমদি ঐনা ইশিং শোকপা চংপসিদা সিটার মখোল অমা তায়, ভারিদা কাথংলগা য়েংই মিহুৎ-থোঙহদা, অহুবু অতৈ কনা ওইরমক্রে জামিদারগী মচাম্নুপী অহন্দু ওইরম্লে। মহাক য়াম্না নোকল্লি ইশাঙ্ভ শাঙ্ভগন্দে, মানা ঐবু উবদা, ব্যবহার তৌনা হায়রকই,—'ভিতরে আস্থনা' ( মল্লুঙদা চঙবিরকউ ), ঐনা চঙলগা মহাক্না খোংলিবহু তায়, লোইরগা হায়রকই,—'আপনি জানেন তো একটা ছোট গৎ শুনাবেন'; ( অদোমস্ম হৈবিরবদি গৎ মচা অমতং তাহনাবয়ু। ) ঐনা খুমখি,—'আমি ভালো করে জানেনি তবু চেষ্টা করিবো', ( ঐ নিংথিনদি হৈজে, অমুক্তুংদি লাইবক য়েংগে )। অস্তুম্না হায়রগা ঐনা সিটারহু লৌরগা

নুংকাবা গৎ অমা থোংলম্মি। মহাক্না হয়াওবনা লুত্তোন কাখিহুনা মমা, মচিন-মনাও পুম্নমক কৌরুম্মগা তাহল্লম্মি। অস্নুম্না ঐথোয় ময়াম পুম্না নুংঙাইমিম্মৈ, মথোয়না ঐবু থাগৎপি। তৌবগীবুদি ঐসি স্কুল তম্লিঙৈদা সিটারস্তু থরা থরা তম্মি, পুংস্তু থিল্লি, ইশৈস্তু তম্মি, অদুনা স্কুলদগী প্রাইজ য়েঙ্গোকপগী থৌরমনচিংবদা সিটার থোংই। ঐগী যন্ত্রস্তু শুনা লৈরম্মি। হৌজিক্তি ময়েক-মশোন লোইনা কাউথ্রে অদুবু 'ফজবা' অমস্তুং 'নুংশিবা' গী মহাওদি কাউত্রি।

ইং শোক ১৯৪৫, ২শুরা লাম্লাও লোইশিল্লক্লবা মতমহুদদি ঐহাক ইরুমদম নিঙশিংলক্লে চংনিঙলক্লে। ইপানদি অহল ওহশিল্লক্লবানিনা সেবাগীদমক ঐবু চংহন্মিঙদে অদুবু ঐদি চংনিঙলে, চংপ তারে। ঐনা চংকদবা নোংমা/নিনি রাংলিঙৈদা ঐনা মঙোন্দা ঐগী চংপগী রাসি হায়রে, মহাক থরদি নুংঙাইতে অদুবু ঐঙোন্দা মঙ্গলাশীর্বাদ পীরকই হায়রকই,—"অমার ভালবাসা ভুলিবেনা, মাঝে মাঝে আমাকে চিঠি লিখিবে।" (ঐহাক্কী নুংশিজবদু কাউগনু, ময়ুক-মরক্তা চিঠি ইরকউ)। নোংমা নিনি লৈরগা ঐহাক খুড়াগী মনাক্তা অমুক হল্লক্লে। মকমহুদা খোঙবু থরা ঙাইরগা চংননবগীদমক লৈবনি, মরমদি করিমগঞ্জদা মহাকসি কা অমস্তুং ঙারৌগী এজেন্টনি, অদুনা মঙোন্দা মৈতৈ লল্লোনবা য়াম্না লাকই। মরমহুনা মকমহুদা খোঙবুচাবা মী ঙাইহুনা লৈবনি। অমরোমদা ঐগী খুড়াসিস্তু বাঙ্গালীনি, মৈতৈ নুপী লৌই, অদুগীস্তু মথক্তা মণিপুরদা য়াম্না কুইনা লল্লোন ইতিক তৌহুনা লৈরক্লবনিনা, মণিপুরদা লৈরম্বা মহাক্কী মীরোলশিংনা 'রাজ মোহন বাবু' হায়বদা খঙদবা লৈরোই। ঐগী ইপাগ মহাক্না পুন্না দুকান কম্মিন্নবনি, ইপানা অঙম্লিনা হিসাব-নুংসাব তৌহুনা অহল ওইনা লৈবনি। মথোয়গী দুকান্দি খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা লৈবনি। রাকম অমনা করিমগঞ্জদি ঙারী অমস্তুং কাদা মমিঙ লৈবা মকম্লিনা, মকমসিদা খুড়ানা লৈরগা ঙারী অমস্তুং কাগী কারবার তৌবনি।

## নিঙ্শিংলক্লি ঙসিদা

ঐনা মক্ষমত্থদা লৈবত্থ করিগুম্বা থবক অমতা তৌদে, চারগা ভূম্বা অমস্মুং কম্বদগী হেন্দে। মসিদা ঐগী মরু ওইবা থবক হায়রবু লাইব্রিক পাবনি. লাইব্রিকশিংত্থদি ঐগী খুড়াগী মচাশিংনা স্কুল লাইব্রেরিদগী পুরকপনি, মতাঙসিদনি ঐনা বাঙ্গলা সাহিত্যগা শক খঙনরক্লিবসি। তৌবগীবুদি ঐহাক ক্লাস মঙা/তরুক ওুবা ফাওবা বাঙ্গলা লোল ঊম্লকই, মত্থনস্থ ঐঙোম্দা খুদোংচাবা পী। মতাঙসিদা ঐনা বঙ্কিমচন্দ্র অমস্মুং শরৎচন্দ্রগী উপন্যাস, লোয়ননা অতৈ লাইব্রিক কয়াস্থ পাখি। মসিদগী ঐনা খঙলিবদি করিগুম্বা থবক অমা নত্রগা শিনফম অমা নত্রগা লোল অমা মপূং ফানা খঙবা নত্রগা হৈবা হায়বসি তম্বা ঙাক্লস্থ ওইবা য়াদে ইশা ইতোমতা হোৎনজবস্থ চঙঙি হায়বসিনি। মত্থগী মহয়না ঙসিদি ঐ কয়া য়াম্না কান্নবা ফংলে, বাঙ্গলাদগী মৈতৈ লোন্দা অর্থ হন্দোক্ত্না ফোঙবা ঙমগ্রে. মত্থগীদমক জাতিগী মনা ফাওবা ফংগ্রবনি।

হৌজিক্তি ঐগী চংপগী মতম য়ৌরক্লে, লল্লোনবা মী থরগা লোয়ননা ঐহাক ইরৈবাক্কীদমক খোঙ শাল্লক্লে। মীরমগী ফজরবা হৌন-লোনচং, অথীবা কয়াস্থ উরক্লে। ঐনা অস্রম খনবদা হৌজিক ঐখোয়গী ইরম-দমসিদা চংনরিবা ধর্ম্ম, লমচৎ ব্যবহার, কয়াসি মখোয়গা য়াম্না মান্নৈ, খেন্নবা পংলৈ-নৈতে খল্লি। অস্থুম্না ভারতকী মফম অয়াম্বা থরা লৈজরবস্থ মান্নবনা অয়াম্বনি খল্লি। মসিনা ওইবা তাই,—ঐখোয় ভারতবাসী পূম্নমক অমতনি হায়রিবসে।

লাল লোইরকপসিদা লম্বীশিংসি য়াম্না চিল্লি, অয়াম্বা লম্বীদা লাম্মীশিংনা খুত্থম চন্দুনা লৈ, রেল গাড়ী, বস্, ট্রক পূম্নমকস্থ লাম্মীনা পিক থল্লি, মীচম প্রজাগী তোংফম লৈতে। অত্থমকপু ফনা য়াম্না মাঙজোননা রেল ট্রিকেট লৌত্থনা উচিন-নাচিন্না ডিমাপুরদি য়ৌরে, খোঙচৎসিগী অকিবা অমনা তনেল হায়রবদি গুরুং থরা লাল্লি। গুরুংত্থ ফনা শাংবস্থ য়াওই অতেনবস্থ য়াওই, অত্থবু খুদোং চীরিবত্থদি মমুঙত্থ

পুখ্রম-মরুহনি, কিকলীবী মণ্ডাল নত্তনা অতৈ অতোপ্পা মণ্ডাল অমতা চঙদে, মত্তুনা ওক্লং লানক্বী মতম ওাইহাক্তুদি মুংশা খর ফুন্দুনা শিগে তৌই। মপুঙ্গৈদা উবা হায়রবদু কল্লাওচদা নপুন্না শী অমা'নিদং মৈ পোল্লী, লখী শেন্নগী লৈবহু মণ্ডায়। অহুবু অবাবা পূম্নমক্তু অমুকন্হ ইরমদেম য়ৌরগনি খনবদা পূমকাউ কাউই।

অন্তুম্না অরা-মুংঙাই রাখল কয়াগা লোয়ননা লাকপনা উচিন নাচিন্না ডিমাপুর য়ৌরে, ডিমাপুরদা নোংমা পোখাবগা মণিপুরয়োমদা বস্ তোংহনা লাক্লে। চহী ৩/৪ গী তুংদা ইরমদমদা হল্লকপসিদি য়েংলু-য়েংলুবা, টুরু-উরুবা পোং খুদিং ইনৌত-নৌই। মতম কুইনা কায়-নরুরবা ইরুমদমগী চৌঙ-ভুরেল লবুক-লমহাঙ, হৈপাল-লৈপাল পুম্নমক টুরুবদা ইনুংত-মুংশি, ইকদ ফজে। ইম্ফাল সহর নকশিন্নক্লিবমথৈ মুংশিবন্থু হেঙ্গংলক্কই রুজবন্থ হেঙ্গংলকই, বি, ও, সি, য়ৌরকপদদি ইয়ুমহু খোঙনা চেন্দুনা য়ৌনিঙলে। মতমসিদদি ইমাহোয়ন্ত্র খুন্থোংদগী হোজন্তুনা লমজাও তোংবদা লৈরম্লে, ঐস্থ মফমন্তদা রিক্সো তোংহনা পোংয়োম অতৌবহুগা লোয়ননা চংলে। ইমানা ঐবু উবদা মুংঙাইজে হায়রকই — নহাক্না চংলমত্রবদি নহাক্না থবক হজিন্দুনা কাবা য়ারবনি, ঐ খোইদোরুপা পাউথুমজি পীখিদে অহুবু পুক্কিঙদদি, হৌজিকন্থু কায়গা লোইরেদনা খনখি।

ঐহাক লমজাওতোংবদা লৈরগা ঐগী হাম্নগী থবক্তু হজিন্নবা কন্না হোৎনরে, অহুবু লুরিবদি হাম্নগী অফিসতুদি মফমন্থ হোংলমলে, থবকন্থ হোংলমলে, অফিস'র মকোক্তুন্থ হোংলমলে। অহানবদদি কি শাবগী থবক তৌরম্বনি, মহুনা হৌজিক্তি লং য়েনবা অমস্থং ফি-রোল য়েনবগী থবক ওইনা তৌরমলে। কেরানী মকোক্তুদি হোংলমজি, অফিসার মকোক্তু হোংজরবন্থ। হোংলমলিবা অফিসারহুন্থ দরবার মেম্বরনি, মবুক মপাউন্থ অহুম মকৈ। ঐনদি চহী ৩/৪ কারক্রবনিনা, অমুক কাবা হৌবা ভারবদি

অফিসারগী অয়াবা য়াওদবা য়াদে, মরম অহূনা নোংমা ঐনা মঙোন্দা ঙাক্রা খরা থিল্লুই, মহূগী মতুং খর লৈরগা ঐ অফিস কারে। ঐনা কারিবা অফিসতুগী মমিংস্ন সিভিল সপ্লাই হায়ব্রা করিনো হায়, তশেংবদি কাউপ্রে। হৌজিক্কী সেক্রেটারিয়েট অসিগী মায়-য়োন্নবসিদা লৈরম্বনি। ঐনা লৈরিবহূদগী মফমসি তাম্না লাকপসি কি: মি: ৫/৬ ওইবনিনা খোঙনা চৎপনিনা য়াম্না রাই, মরমহূনা ঐখোয়গী মনিঙগী য়ুম্নজাও অমদা ময়াম হে'ংগত্তুনা লৈবহূদা ঐস্ন লৈরে। হৌজিক্তি থবক কাখোক-কাশিন তৌবহূ রাদ্রে।

মতমসিদা লাল লোইখিবগী মী-শিংসি ময়ুম ময়ুমদা খরা খরা হঙ্গিম্নরকপ মতম্নি, অহূগা য়ুম অয়াম্বদি বোম থাদবদা মৈ চাকাখহূনা ইরৈ লৈহৌদ্রবনি, অহূনা হোংগৎনরক্লিবা মী-শিংহূ য়ুম অচৌবা নত্রগা শঙ্গোই অচৌবা অমদা ময়াম পুন্না লৈমিন্নবনি। মতৌ অস্নুম্না ঐখোয়গী মনিঙগী মৈ চাকপদা য়াওখিদবা য়ুমজাও অমদি মমাঙ শঙ্গোইহূদা ঐখোয় কনা য়াম্না লৈমিন্নৈ। মহূগী মন্নুঙদ মীতোপস্ন য়াওরি; মহূদা ন্নুংঙাই-রিবা অমনা ঐনা চুম্নবস্ন লাল্লবস্ন মীরোনসি খরদং খঙবনিনা, মীরমগী মীশিংহূনা ঐগা রারী-রাত্তায় শানবদা ন্নুংঙাইবা অমা পোকচৈ অহূগা ঐঙোন্দস্ন ন্নুংঙাইজৈ ময়মদি মখোয়গা রারী শানবদগী মখোয়গী পুকচেল ব্যবহার লোনচৎ কয়া'মস্ন খঙবা ঙমহৌই। মায়কৈসোমদগী য়েংলুরবদি লাল মন্নুঙদা ঐনা ইরমদম থাদোক্তুনা চৎপসি চুমদবা থবক অমা ওই-রম্নে, মরমদি মতমহূদা লাইরিক খিত্তং মমিত্তা উজবা অমদি মরোল-মরি খরদং খঙবসি কান্নবা য়াম্না ফংলম্নে শম্না হায়রবদা মখোয়গী কেম্পতা পোং-চৈ তমহূনা নত্রগা ঠিকা তৌহূনা শেল য়াম্না তানবা য়ারমলে। ঐখোয়গী লাইরিক লাইশু হৈজদবী কলাকারশিং ফাওবা অহিং অমা মিলিটরি কেম্প অমদা জগোই ইশৈ তৌরবদা শেল পেক্তুনা পুরকই। মতমহূদা শাগৎখিবা ড্রামা হোল খরদি ঙসি ফাওবা মমিঙ মুত্তুনা লৈরি।

কাউ-ঙমদবা য়াকম অমনা লৈমিন্নরিবা মীতোপশিংছু কয়াগী মতিক
মুংশিনবগে হায়ববু মখোয়না চৎলমদাইদা ফজনা বিদায় তৌনৈ, খুদোল-
পোৎ তয়ে। ঐগীস্থু ঐগা শক খঙনরুবা পঞ্জাবী অহল অমনা মহাক্না
চৎলমদাইদা কম্বল অমা পীরম্বনি, অদুবু খুদোংথীবা অমা থোকপদা মাঙ-
হৌবনি। মহাক্না ঐবু য়াম্না লুনা তৌই মহাক্না চারমদাইদা মুমিৎ খুদিংগী
কোইনা ইবানি চামিন্নে, মহাক থোংবন্ত যাম্না হৈ, অয়াম্বা মতমদা তলগা
হুরাইগা চায়। মহাক্না ঐবু লুনা তৌজরিবগী মরমস্থু ঐগা মাগা লোল-লি
খরা ফাওনবদগীনি খাল্ল। নোংমৈ পায়রবা নেগ্রো কাওবা মুংশিনৈ,
মতাঙসিদদি মুংশিবা অমস্থুং নোক্লঙবা অনি পুল্লি, মরমদি নেগ্রোশিংসিগী
মশকসি খ্বাইদগীদি খরা তোপ্পি মরমদুনা অঙাং-অহল অনিমক মখোয়বু
উবদা অকি-তুজুং পোক্তবা য়াওদে, অদুবু অমরোমদা মীওইবগী পুকচেল্দি
মখোয়দন্ত চেন্দবা নত্তে, — অঙাং মচা-উরগা মচা নিঙশিংলক্লুনা পমগ-
দবগী কোয়তান তান্নৈ, ময়াম্না নেগ্রো লাক্লে হায়দুনা চৈন্নে, —অঙকপনি।
মীওইবগী মরক্তা শক-চু খেন্নবা হায়বসিন্ন।

জাৎ, ধর্ম্ম, লোনচৎ-শাজৎ তিন্নদ্রবস্থু তিন্নরবস্থু ঐখোয় মশেল অমত্তা
ওইনা লৈমিন্নবা য়ারিবসি করিগীনে? মসিগী পাউখুমদি মীওইবা হায়বা
জাৎসিদা থম্মোয় হায়বা’মা পাল্লি, থম্মোয়সিদনি মুংশিনবা হায়রিবা মরী-
সিনা লৈরিবসি। ‘মুংশি-বা’ হায়রিবা মরীসিন, মীওইবা জাতিবু অমত্তা
ওইনা পুম্না পুনশিন্দুনা থাম্নবনি নত্রবদি মীসি শাগা চপ মান্নদুনা অমগা
’মগা তিন্নবা য়ারনলোইদবনি। কনাগুম্বা/কনাগুম্বী মীচাবোকপু মচাদা
মচাদৌনা মুংশিনা লুনা চাম্না তৌদুনা য়োকপা ঙম্মি, মসিবু থম্মোয় পানবা,
মীন্নুংশি লৈবা হায়বদু নত্তবরা? অসিগুম্বা মী-মুংশিগী লীপুনাসনা
ঐখোয় মী-ওইবা জাতিবু অমত্তা ওইনা পুনশিল্লবদা করিগীদমক য়েংথী-
নগনি, থৎনগনি, হাৎনগনি। অদুনা ঐখোয় ময়াম মুংশিনবা হায়বসিনা
অপুনবা শক্তি অমা শাগৎপদা মরু ওইবা পোৎচঙনি হায়নিঙঙি।

# অনিশুবা শরুপ

## পুন্সি লানফম

### ১

গ্রহ ময়াম অমা পুনশিনবা শেম্মি, সৌরজগৎ।' গ্রহ ময়ামসিগী মরুওদা জীবশিংনা পুন্সা-লৈভাহনবা লৈবিবসি 'পৃথিবী' হায়রিবা গ্রহ অসিদনি। গ্রহসি মতমপুম্বদা লেগুনা চংলি। পৃথিবীগী খোঙচৎসিনা হেক লেপ্পদা পুম্নমক লোপে, অওনবা লৈতে। মীওইবনা অওনবা হায়রিবসি অতৈ কয়াম্মু নত্তে, অসিগুম্বা লেগুনা চংলিবা খোঙচৎ অসিবুনি। ঐখোয়গী সমাজ অসিদস্তু লেগুনা চেঙ্খরিবা ঈচেল অমা লৈরি, ঈচেল অসিনসি পুম্মক্লিবা অওনবা পুম্নমক ঈচেলসিনা হেক লেপখিবদা লৈতে অওনবস্তু।

পৃথিবীগী অনিশুবা লাল্লাও, মীয়ামা 'জাপান লান' হায়না অওনবসিনা হেক লোইখিবদা পৃথিবীসিদা ওন্থোক্না চাউখ্রবা অওনবা অমা লাকখি। হায়রিবা অওনবসি চুমা মণিপুরদতা মরুন। পৃথিবীগী মকম পুম্নমক্কা লীন-থুংনা লাকখি। অন্তর্জাতিকী মরীস্তু অহোংবা কয়াম্মা লাক্লমি, পৃথিবীদা অনিশুবা লাল্লাও অমুক হন্না থোক্তনবগীদমক পৃথিবীগী লৈবাকশিংনা অচৌবা মন্ত্রী কয়া তৌনখি, তুং কোয়বা শান্তিগীদমক সংস্থান কয়া লিংখৎনখি, মরাম্রগী মরক্তা শনবা য়াই। ইউ এন. ও. পৃথিবী পুম্বগী লৈবাকশিংগী মীহুৎনা শেম্বা সংস্থান।

মণিপুরদস্তু হায়রিবা অওনবা কয়াসি লাকখিবা নত্তে। লম্বী-থোং, খিজেং-চাবক্তা, লোমচং-কাইদা, য়ুম্নৈ-কৈরৈ, অসিনচিংবা কয়াদা ওন্থোক্না চাউখ্রবা অওনবা অমা লাকখি। হায়রিবা অওনবসি ওসি

ফাওবা লেপ্তুনা চথন্নি হায়রবা য়ারি। অন্নন্না মতমগী খোঙলোয় তুংইন্না ওন্নক্লিবা ময়ামসিনা মণিপুরীশিংগী পুন্সিদন্থ পূমঙন-ওনবা অমা পুরক্লে হায়রবা ফাওবা য়ায়রকনি। অহোংবসিনা পুরক্লিবা কান্নবশিংগী মগুঙদা খন্নবা য়াই, লম্বী-থোংগী খুদোংচাবা হায়রবদি লাম্মীশিংনা চথোক-চংশিন তৌবদা খুদোং চানবগী,দমক লম্বী অচৌবা মচা কয়া-মরুম শেম্মি। খুজংগী লমশিংদা শেম্লম্বা লম্বী মচাশিংহ্নু মতুং তানা অমুক শেমজিন্দুনা, হৌজিক্তি চথোক-চংশিন্দা অমম্তুং ঈ-পাউ ফাওনবদা খুদোং চাহল্লে। খুদম অমতং ওইনা হায়রবদা লাল মমাঙদা ইম্ফালদগী বিষ্ণুপুর নত্রগা মোইরাং চংপদা নুমিৎ ২/৩ খোঙনা মত্রগা যণ-গাড়ীনা চংলগ্বহ্নু ঙসিদি পুং ১ গী মতুঙদা য়ৌবা ঙম্লে। মসিনি আধুনিক যুগ, হায়বদি অনৌবা মতমগী মুংঙাইবা হায়বহ্নু.

খ্বাইদগী মরু ওইবা অওম্বা অমনা,—লাল মমাঙদা মুপী অমম্তুং মুপ্পাশিংনা লাইরিক লাইৎ তম্বা অমত্তা চংনরমদবা, কদাইঁ ফাওবা শাস্ত্রীবগে হায়বব্ ইংরেজী তম্মি, মাঙন্তি হায়রম্না স্কুল কারবা ফিহ্নু মাঙোন্দা হোংদোক্লুনা খনম্লগা ইমুঙদা চঙনয়রম্বহ্নু, ঙসিদি লাল মতুংদগী চেঙশুম শোবগুম্না মুপামচা অমম্তুং মুপীমচাশিংগী স্কুল, কলেজ, করি অমুক হায়রগনি বিশ্ববিদ্যালয় ফাওবা লৈরে। মসিগী মরু ওইবা মরম অমদি লাল মগুঙদা লাইরিক খজিক্লংদা ওইরবন্থ হৈহৌবশিংহ্নুনা খুদোংচাবা ফংখিবা অহ্নুগা লাইরিক হৈহৌদবশিংহ্নুনা খুদোংচাবা ফংহৌদবা, মহ্নুনম্ন লাইরিক তম্লিঙবগী, হৈনিঙবগী ঈরাং অমা পোকহল্লে, অহ্নুনা হৌজিক্তি লাইরিক-লাইৎ হৈবা, খঙবা, মীওইনা অয়াম্বা ওইরে, হৈতবা, খঙদবা মীশিংদি অঙাওবা তারে।

লাল মতুংসিদদি ফিজেং-চাকচা মতাংদম্ন য়াম্না শাথীনা ওনখ্রে,— মুপা অয়াম্বা কৈজোমগী মহুক্তা খোঙ্গাও শেৎনরে, খোঙ্গাওদা অম্নুক্কী মতিক হৈনখ্রে মহুদি কৈজোম শেংপা হৈতবা নহারোল য়াম্না লৈরে।

মুপীসু অহুমঙায় থবাক্তা ফনেক শেংপা মুপী ইয়ৈ লৈত্রে, খোইখাদা শেংপনা অয়াম্বা ওইরে অতুগা মতম অমগী শাই ককুবীতুসু তোকশ্রে, শম হুগংনা হাংনরে, তেম্না ককপসু য়াওরে, ফনেক্কী মহুক্তা স্কর্ট, খোঙ্গ্রাও শেংনবসু য়াওরে। অতুবু ময়ামসি ঐখোয়না লোইনা ফত্তবনি, হায়না লৌবসু লানগনি মরমদি ফিজেং হায়বসিদি খুদোংচাবগী মতুং ইন্না ওনবসু য়াই, খুদম ওইনা, এন, সি, সি, য়াওবী মুপীমচা অমনা ফনেক শেহ্নুনা নোংমৈ কাপ্পা য়ারোই মহাক খোঙ্গ্রাও শেংপা তাবনি। অতুনা অসিগুম্বা অওনবা ময়াম'মা লাকপদা ঐখোয়না নিংদোন পোম্লিঙঙাই করিসু লৈতে, মরমদি অওনবা হায়বসিদি জগৎকী নিয়ম্নি, ঐখোয়না থুগাইবা য়াদে অমসুং ঙমদে। অমরোমদা অমুক অওনববু লৈত্রবদি চাওখপসু লৈত্রে।

সমাজসি গৌজিক্তি অওনবগী অওনবা ঙাক্তা ঙায়রবনি. খুদম ওইনা য়েংসি লাল মমাঙদা মুপীশিংনা অয়াম্বা মতমদা ইমুঙ-মমুঙদা নৈশিন্দুনা থবক শূতুনা লৈরম্বতু ঙসিদি মপাল থোক্তুনা লম্লোল-ইতিক তৌতুনা, হুকান ফমতুনা কারবার অমা নত্রগা অমা তৌতুনা ইমুঙ-মমুঙ পুবদা মতেং পাংনবা হোৎনরে, করি অমুক হায়গনি সিনেমা টিকেট ব্লেক ফাওবা তৌতুনা ইমুঙ থাক্লবা হোৎনরে, অতুবু মসিদি অপাইবী লম্লোনবা হায়বতুনি, তুং কোইবদি নত্তে। অমরোমদা থল্লু-রবসু মসিদি পংকায়দি কায়দে মরমদি মীগী মপোৎ লাক্লুবা নত্রগা হুরাল্লুবা নত্তে, শেন-পোৎ য়াওদনা কারবার তৌবা হায়বতুনি। সংস্কৃতিগী মায়কৈদসু অতুমঙায়. ঐখোয়গী হান্না লৈজরম্লিবসিদা মীরমগী ওইবা জগোই ইশৈ হাপচিন্দুনা সংস্কৃতিগী মপুং ফারবা শকম অমা উবা ফংলে। পুম্নমকসি ফত্তবনি হায়না লৌবদি লানগনি। অমরোমদা হাপচিল্লক্লিবা অনৌবসিনা হান্না লৈরম্লিবতুবু হেন্না মপুং ফাহন্দুনা ফজহল্লিবনি।

অওনবগী মতাঙসিদা য়াম্না মরু ওইবা রাকম অমা, ঐখোয়না খন্নবা য়াই। অওনবসি পুন্নকপদা শিক্ষাগী মতেং য়াম্না চঙভি, মসিগী প্রমাণদি লাইব্রিক-লাইশু হৈতবা মীবু ঐখোয়না চাওখত্তবা মীনি হায়না লৌনরি অদুগা লাইব্রিক-লাইশু খরা হৈরবা মীওইশিংবুনা জ্ঞান তারবা অশিংবা মীনি হায়না লৌনরি। অমুকন্ন শিক্ষাগী মাক্লকৈরোমদা বিজ্ঞান হায়বসিনা অচুম্বা পুখোকপদা মতেং য়াম্না পাংই। মীওইবগী অমম্বা থম্মোয়বু লৌশিংগী মৈরা চুখত্তুনা ভালহনবসি বিজ্ঞাননা ওম্মি। মদুগী প্রমাণ ঐখোয়না তত্তুনা ফংই মদুদি মতম অমদা মীওইবনা থাজনরম্মি মদুদি,—পৃথিবীসি মতুম তাবগী মহুত্তা পাকই, অদুবু হৌজিক্কি বিজ্ঞানন্না পৃথিবী হায়বসি মতুম তায়, কমলাগী মওং মাল্লি হায়না প্রমাণ তৌবদগী, ওসিদি হান্নগী অপাকপদু মাঙখিদুনা মতুম তাখ্রে। অসুম্না মীওইবনা অমম্বদা নত্রগা অরানবদা থাজনরম্বদু নোংমা নোংমগী বিজ্ঞানন্না চুমথোরকপগী মতুংইন্না অচুম্বা রাখললোমদা অসুম লাক্লি, মসিমক অওনবগী চাউথ্রবা খোঙ-থাঙ অমনি। ঐখোয়গী মৈত্রবাক্তন্ন অদুমঙায়, মতম অমদা চোইরোল পারোন লোন্দুনা ভাইকোইডনা নারগা অমাইবা-অমাইবী কৌদুনা খৌ তৌহনবা, ইরাং পূজা তৌবা, পুন্নমক্কু হৌজিক্কি বিজ্ঞানগী লায়েং পথাপ পুখোক্লরকপদগী, অদুগুম্বা অমম্বদা থাজরম্বা পুন্নমক্কু লোইশিনখ্রে।

য়ুমলৈ-কৈরৈরোমদা অমুক য়েংলবসু অচৌবা অওনবা কয়া'মা লৈখ্রে। লালগী মমাঙদাদ হৌজিক উরিবা ফজরবা ফুড়া দলাল ময়ামসি অমতবু লৈরমদে হায়বা য়াই। মতমদুগী খ্বাইদগী ফজবা নত্রগা শীংথানবা য়াবা য়ুমদি,—য়ুমজাও কা মঙা হায়রিবসিনি। অওইবনি, মসিমু ফজদে হায়বদি য়াদে, য়ুমদুগী উখোংশিংদু উইনগী উখোঙ ভাক্তনি, রাই মরি হায়বদি ৪াপ মরিনা কোনবা, ফজনা নাম্বোক্লবনিনা হিদাক তৈত্রবসু পুন্নং লংলে। তুম্নৌ নাকুপ্লিদুনা ইখা

থায়রগা কজনা কুমহুদি হৌজিক্কী শার্ট হৈবসিনা-হাইজিনবা য়ারোই। মাঙ্গোন্দুহু হৌজিক মতমগী ভি, আই, পি, গী চাউরবা ড্রোইং রুম অমগা অমানি হায়বদি মতুংগী লৈতেংহু, অরাং নত্রগা মমাঙ ওন্দুনা কক অয়োনবা অমা থাগনি, মমাঙদা হিদাকফু পূমফা অমা থিনগনি, কবিগুম্বদা চীনদেশকি হায়বদি হৌজিক্কী ভাউয়েলগুম্বা অমম্ব থয়ে। মসিগুম্ব মতমতুংগী চৎনবী ওইনদি থোক্লদোরা কজবনি। অচুগা খজিক্লং বিজ্ঞানিক ওইদুবা মওংদি মিহুৎ-থোঙ য়াম্না ফাত্তে, অতুনা অশেংবা মুংশিং-মুংশা মরাঙ কায়না চঙবা ঙমদে। মমাঙ-শঙগোই অমম্বুং শূমাঙ য়াম্না চাউনা থাক্লে, মসিগী মরমদি কবিগুম্বা উৎসব-মেলা তৌবদা মরাঙ কায়না পাঙথোকপা য়ানবগীদমক্নি। হৌজিক মতমগী যুম্লৈগদি য়াম্না শাথীনা থেম্নরে, মরমদি হৌজিক্কি ইথোল থুংন য়ুম শাজিনরে, মঙাল নিংথিনা কংবা ঙমদ্রে, খরনা ভারা শান্দোক্লরে, মপূনা থর'মা লৈনরে। হৌজিক্তা লাক্লিবা অওনবসিনা শহর অমম্বুং খুঙ্গং শীন-থুংনা চোক্কী য়ুম পাক্কা বিল্ডিং ঙাক্তা ঙায়রে। মতম অমদা লৈরম্বা অফোংবা থোঙ-হামফম, ইরুজফম, মপান থোকফম, পুম্নমক হৌজিক্কি অমতা লৈত্রে,—অসিগুম্বা অওনবা পুম্নমক্কু কনা-নো? বিজ্ঞাননি।

চাওগ্রংনা অমম্বুং অওনবা পুম্নমকসি মীওইবনা লাইরিক লাইশু হৈদুনা অনৌবা জ্ঞান অমম্বুং লৌশিংগী মঙাল ফংবদগীনি। পৃথিবীগী মফম্ন কয়াগা তম্না ঈ পাউ ফাওনবদগী অসিগুম্বা অনৌবা খাওল কয়াসি লাক্লিবনি। মতম অমদা আফ্রিকাবু হায়রম্মি,—অমম্বা লৈবাক্লি। অদুবু ওসিদি আফ্রিকা মম্নত্রে অনৌবা মঙাল ফংগ্রে, কবিদগী? লাইরিক লাইশু হৈদুনা অনৌবা খাওল কম্না খঙজরকপা অমম্বুং মশাবু মশানা মখুক খঙ্ঙরকপদগী।

# ২

লেপ্তুনা চেস্থরিবা পুন্সিগী ঈচেম্নি, মায়কৈদনি হোংলিবা। অস্থুন্না লেপ্তুনা চেস্থরিবা ঈচেনসিদা থেংনৈ,—অন্না-মুংঙাই কয়া। তশেংবনি, পুন্সিগী মপুংফাবা শকফমস্থু শেম্লিবনি অন্না-মুংঙাই অনিনা পুনশিল্লগা। খুবাক-খুনম অনি পুল্লগা খুৎ ওইবগুম, অন্না-মুংঙাই অনি পুল্লগা পুন্সি কৌরিবনি।

ঐগী পুন্সিদি হায়জনিঙঙি, খাইদগী হেন্না চম্না হৌজরকপা পুন্সিনি,—ঙসি ফাওবস্থু অত্থুম চমজরি। ঐ ওইদ-নত্তবা ঙাংবা কয়া হৈনদে, মীগস্থু কয়া য়াম্না তিন্নদে, চিক্না লেপ্পবা পুন্সিনা থন্না হেন্না পামজে। মসিগী মরমস্থু লৈতবা নত্তে, ঐখোয়গী য়ুমসি ইমা-ইচা অনিদা লৈজবনি, ইপাদি মুমিদাংদতা লাকপনি, করিগুম্বা মশা ঙমত্রগনা যুমদা হিগুনা পোথাহুনা লৈবনি। ঐখোয়গী ইমাহু থন্না পীজ পীথক থন্না কৈ, মরমহুনা য়ুম্নোন বৈরোম্নবগী মৌ-লৈশাবী থরদি অত্থুম মতিম্লি। ঐদি পিক্লিবৈদগী হৌনা থবক-ইনথাঙ কয়া তৌরক্তে, ইমানা অয়াম্বা তৌই, অহুনা চাক চারগা থবক কাবনা ঐগী ইথৌনি।

ঐনা থবক তৌরম্বা অফিসতু মতম থন্না লৈরগা অতোপ্পা অফিস অমগা পুনশিন্নথে, ঐনা তম্ফাসনাদা লাক্লে। মতমহুদা তম্ফাসনাসি কোনুং মমাঙদা লৈরম্মি, ঐনা তম্ফাসনাদা লাকপসিন্থ মুংঙাইতবদি নত্তে, মরমদি মফমহুদা ঐগা তম্মিন্নজরকপী ইমাম্নবী অয়াম্বা ওজা ওইহুনা লৈবগে। তম্ফাসনা স্কুলনা হৌজিকী মফম হায়বদি নিত্যাইপাৎ চিথেকসিদা হোংলক্লিবসিদি সরকারনা লৌশল্লবা মতুংদনি। মতমহুগী কেরাণীদি শিংজু ময়াগ গুবনি হায়বা য়াই, মরমদি হিসাব শূই, টাইপ নম্মি, ঈ পাউ চথোক-চংশিনগী চে; অসিনচিংবা লোইনা শূই। হৌজিকী মতৌগুম্না থবক অমমম লৈথায় তামা পায়নবী ওইরবদি

অথুকস্মু র'রোইদবনি, মথু নত্তবনিনা য়াম্না রায়, ইশাদা থবক শূনিঙবা পোক্কে। অমরোমদা ওজাশিংনা ক্লাস ঙৈহাক চঙলুরগা কমন-রুমদা রারী-রাতায় ঙৈহাক শাথুনা লৈবথু, ঐ য়াম্না কল্লকই। মরমসিদগী ঐনা ওজা ওইনবা হোৎনবসি অঙকপনি। ঐনা ওজা ওইবা পাম্লিবসি চুম্লতা রাই শংবা, পোথাবগী নত্তে, শিনফমসিমক ঐনা য়াম্না পামজবনি, করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বা ওজা অমা লাক্তুবদা ওজা মকোক্লা করিস্মু ছায়বিদন ঐনা ক্লাস চঙথুনা মেনথৎপা ফাওবা য়াওই।

চাউরাক্লা শোক য়াখৈগী অথুরাইদগীদি খুপীনা সাইকল তোংবসি হৌনরক্রা হায়না খল্লি। ঐখোয়গী লেঙ্গা অয়াম্বস্মু সাইকল তোংনরে, মসিস্মু অকনবা লানফম অমনি হায়বা য়ারি,—খুপীনবু সাইকল তোংই হায়থুনা লক্লবগা চৈবগদা, থৌফম খঙদকুনা ভুবনা কোঙ্গাই'মা। মসিনি সমাজদা করিগুম্বা অনৌবা চৎনবা অমা হেক হৌদোকপদা নংলবা অরাবসি। অফববু ওইরবস্মু, ফত্তববু ওইরবস্মু, হায়রিবা খুদোংথীবা মায়য়োক্লব'সিমদি শোয়রবনি। ইম্মারবী অমনা সাইকল তোংবা তম্বগী য়াম্না নোক্লিঙবা রারী অমস্মু তমখি। মহ'ক্লা সাইকলসি হৈনিঙমনথ্রথুনা, খরা-খরা হৈগৎলকপগী য়াম্নস্মু তোংনিঙবা মতাং অমা ওইবদগী, মখোয়গী সরক্কু দা অয়ুক ঙন্তা তম্বা জাৎনি। খঙহৌদনা গাড়ী অচৌবা অমা লাকপদা কিমনথ্রথুনা সাইকলথু হুন্দোরম্লগা কৌবিল্যা পাম্বী অমদা কোন্দুনা লৈহৌই হায়। মথু তাবদা ঐখোয় ময়াম নোকপদা পুক্লী পায়থুনা থাঙখি, তৌবগীস্মু মহাক সাইকল তোংবা হৈতনা অথুম তোকপ্রে।

ঐগীম্ব তেক্লি কাইরি তৌবা সাইকল অমা তোংলম্মি, মসিনা য়োদবা লম লৈরমত্রে, নোংজুম্মুংশা, কুম্বি-কালেন নাইদে, মাগা ঐগা থানদে। ঐগী সাইকলথুগী রিমশিংথু কোহ্লিং ফজনা কারবনি, স্পোক তারাশিংথুম্ব মশীং শুত্রবনি, মথু ঐনা অমনবা ওইনা লৈজবনি।

থোইদোক্সু মতম কুইন' লোয়নরক্লবনিনা মরূপকুম মুংশিবস্যু পোকখ্রে, অদুনা ঐনা মাবু কয়াগু থাদোক্লিঙদ্রে। সাইকলদুনা য়ৌদবা লম লৈতে,—নম্বোল, লমশাং, লম্লায়, লোইনা য়োই, মমৈথঙদদি ঐহাক মহাক য়াওদ্রবদি চংপা হৈনদ্রে, তোংদ্রবস্ ঈন্দুনা পুরে।

মতমদুগী থবক তৌবগী তলবকা হৌজিক্কী তলবসিগা অনিসিগী খেন্নবসি হৌজিক খল্লুবদা নোক্লিঙবা পোকই,- ঐনা ইহান হান্না থবক তৌবদ এপ্রেন্টিস হায়দুনা থবক তম্বা ওইনা থা ৬ তলব ফংদনা তৌই, মচ লোইরবা মতুংদা অমুক পেইড এপ্রেন্টিস হায়দুনা থাদা লুপা ৫ তলব ফংলে মচ লোইরবা মতুংদগীদি লুপা ১০.০৫ তলব ফংলে অদুবু খাইদগী ওক্লিবদি মতমদুদা হায়বদি লাল মমাঙদা ফংলিবা লুপা ১০ দুনা লৈনিঙবা পোৎলম কয়া লৈগ্রগা অমুকস্ু শেন-ফুদা তুঙশিল্লগা মীঙোন্দা শেন্দোই চাবীদা পুথোকপা ঙম্মি। হৌজিক্কী মতমদদি তলব লুপা লিশিং ৫/৬ চাবা ফাওবা ইমুঙগী খরচ কোয়দে হায়জিল্লক্লে, অঙকপনি, মিত্রংগুম্বনি, তৌবগীবু দি শেলগী মমল তাঙবা অমস্ুং হোঙবগী মতুং ইনবনি। অদুগুম্না পুন্সিদু নিঙশিংলুবদা পুক্লিংদা মুং-নাংবা পোকই। ঐহাকসি লাল হঞ্জিল্লকপা হায়বদি শোক ১৯৪৫-৫০ অম্বাই ফাওবাদ কেরাণীগী থবকসিদা অদুম তৌরি।

মীওইবা হায়বসিগী অপাম্বসি চপ মান্নদে, ঐগীস্ু অপাম্বা অমস্ুং মুঙাইজবা থবক কয়ামরূম লৈরম্মি, মখোয়শিংদুগী মমুঙদা রাজনীতিগী রারী-রাতায় শাবসিনা খরা হেন্না মুংঙাইরম্মি। থবক তৌন তৌননি ঐনা অতৈ মুপীগী সংস্থান, ছাত্রগী অমস্ুং রাজনীতিদা য়াওরিবসি। অস্ুম্নস্ু তৌই মদুদি মীওইবসি মহাক্না লৈরিবদুগী অকোয়বগী ফিভম অমস্ুং হরা-মুংশিংকী ফিভমগী মথা পোল্লি। মদুনি ঐনা তৌরিবসিস্ু মতমদুদা ঐহাক সরকারগী থবক তৌজরবস্ু তিন্নবদি ছাত্রশিং অমস্ুং রাজনীতিগী মাওইশিংগা য়ান্না নক্লনা তিন্নে, মরমদুনা লৈবাকী হরাও

ফুম্মৈ অমস্তুং উৎসব মৈলা য়াওবগী মতুংদা মিটিং য়াওবা ময়াম তিন্নহুনা য়া 'খন্নবা অসিনচিংবা থবকশিংদনা হেন্না থরায় য়াওই। অদুগা য়াফম অমদি ঐনা ঙসি ফাওবা কাউত্রি মতুংদি সরকারগী থবক তৌবা মীশিংদি রাজনীতি য়াওবা য়াদে হায়বসে, মরম অদুদগী ঐনা রাজনীতি য়াওবসি য়াম্না পামজরবস্তু থরদি মখা ফোংদে।

ছাত্র ফেদরেসন অমশুং অতৈ সংস্থামশিং কয়া ঙত্তনা উন্নবা অমস্তুং রারী-রাতায় ঙৈহাক লৈত্তনা তোয়না শানবদগী ঐগী হায়গী হৈনবী পুম্নমক থাদোক্ত্রনা অনৌবা থাজবা অমদা চঙখ্রিবসি। অদুবু অয়াম্বা মতমদা য়াম্না ফোংনা রারী-রাতায় শানবদি কয়া তৌনদে মরমদি মতমতুদা অসিগুম্বা রাজনীতিগী ঈরাংসি অথিংবা পীরম্মি, হৌজিক্কী মতমসিগা চাংদম্নরুরবদি পুক্নিঙ থৌগংনিংঙাই ওইদে। হৌজিক্কীনা লৈবাক্কী শান্তি থুগাইবা অমদি সরকারগী থবক থৌরম কয়াদা অকায়বা পীরকপা মতমদা অথিংবা হুকুম থোকপনি মতমতুগীমা পাল্লিবা দলতুদগী হৈন্না পার্টি অমতা লৈবা য়াদে হায়বগী মতাংগুম থিংবনি, মিংশ্লেং অসোমদগী য়েংবা তারবদি গণতন্ত্রসি হৌজিক্কদি মপুং-মথৈ থন্না ফাবা হেল্লবা হায়না খল্লি।

অমরোমদা অমুক প্রজাশিংসি অস্নুক্কী মতিক খণ্ডলমজে মতুংদি, ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌনা করিনো, অদুগা ফংফম থোকপা 'হক' না করিনো হায়বসি কনা'মতা খণ্ডনরমদে হায়বা য়াই; অমরোমদা অস্নুক্কী মতিক খণ্ডখিদ্রে মতুংদি 'ভারত সংবিধান' করিনো, মসিদা প্রজাশিংগী কায়বা করি য়াওরিবগে হায়বসি ইখণ্ড খণ্ডনদবা জাংনি, মসিনস্তু মরম ওইতুনা ঐখোয় রানা হিংলম্বা জাংনি। মতাংঙসিদদি ঐনা জন-নেতা হিজম ইরাবতপু থাগত্তবা ওয়েখোই মরমদি মহাক্তনি, মণিপুরগী মতমতুগী রাজনীতিগী লুচিংবশিংগী মরক্তা, ভারত সংবিধানবু মীয়াম প্রজাদা ময়েক শেংনা তাকপা, লোয়নননা মীয়ামগী মতুনা অথোইবনি, মশাগী 'হক' মনিঙতম্না শিজিন্নগদবনি, অসিনচিংবা কয়া

প্রজা মীয়ামদা ওগাইনা অকপিখিবা, তম্মিখিবা। মতৌ মহুৎ ওইনা শহর অমত্তুং খুনংগী মফম খুদিংদা, প্রজাশিংনা মাপি-মাগি মথৌ অমত্তুং 'হক' মশক থাঙখি, মীয়ামগী আয়োজন. করাদা থৌনা কনা চঙশিন্নখি।

হৌজিক্তি মশানা মশাবু মশক থঙজবা হায়বছু মপুংফানা ওমজ-য়বনিনা, মী খুদিংমক অচুম-অয়াল মশক থঙজবা ওমজরে, মশাগী 'হক' ত্তাঞ্জনবা, ফংজনবা অহনবা লৈতনা চঙশিন্নরে, চুমতগী রাজ্যগী থাক্তা মীওইবগী 'হক' কন্নবগী সংস্থান লিংখৎপদা নত্তনা পৃথিবী অপুম্বগী ওইনা মীওইবগী 'হক' কন্নবগী সংস্থানশিং লৈরবনি। অশুম্বা মতমগী থেন্নরম্লিবা মওংশিংসি উরুবগা ঐখোয়গী রাম্না পঙলিঙ্ঙেগী মতমছুক্কু অমুক্তম্নি নিন্দা ত্রেনিঙ্ঙি, করিগীনো ঐখোয়না অহক রাম্না পাঙলম্লিবা?

মীওইবগী পুন্সি লেপ্পুনা চেম্ববা ঈচেম্নি। কম্নিগুম্বদা ঈথেখিবা মত্রগা ঈচেল লেপখিবস্তু য়াওদবদি নত্তে। পুন্সি খোঙচৎনা ঈথেব্রবস্তু মীওইবনা মাগী পাম্বজবতুবুদি থম্মোয়'মুংদা চেৎনা কোনশিন্দুনা থমজে, মসি ঐগী ইশাগী ওইজবা য়াথম্লি। অমম্মোমদা মীওই থরদি মিকুপ খুজিং পুংজম খুদিং মাগী অপাঙ্কু হোংই, মচুবু ঐখোয়না সুবিধাবাদী নত্রগা মশাগী খুদোং চাবচুত্তা য়েংবা মীশক্তি হায়না লৌনৈ। মখোয়-জিংসিদি মশাগী ওইবা কমিশুঙ্গা নিয়ম-নিতি অমদা থাজবা মীওই নত্তে, মসিমক হৌজিক মতমগী চৎনবী অমম ওইরবনি, অসিগুম্বা হোংদোক হোংজিন হুৎ-ফেৎ হৈনজবা মীসিদি মতমগা চানত্রবা, অপঙবা মী' অরবনি। অপোংনমক হায়বা তাক্লবদি, ঐগী মতমদি অদিগুম্বা মীওইশিংনি লৈমা তুংদা মফাওদা অমত্তুং মীনা হকাইখুম্বা মীশক অমদি ওইপদি থমো। অচুম্বনি হৌজিকমকতু ঐম্না উৎশিংগী অচুম্বদা থম্মোয় লোক্লিপাই ওইবা মীশক অমা'সি উরে। ইজম অমদা মপুন্সি

কখোক্রুনা অয়া'না কয়া খাওজুরবা মতুংদা, মানা পামজবা ইজমচু থাদোক্নগা খুদোংচাবা য়েংহুনা অমদা য়াওরুবদগী মপাম চাকস্তু চাদ মরা-চাকস্ত চাদ অরেম্বদা কাওখ-থাও ওইনা তাহুনা লৈবা কয়া য়াওরে। অসিগুম্বা নিয়ম নীতি নাইদবা মীওইশিংসিদি সমাজনা তুকচবা মিৎয়েংনা য়েংই মরা লৌবিদে। অছুনা ঐগী মতুদি ইজম অমদা থাজরুরবা অহুগা মহুনা লৈবাকী অমস্নুং সমাজগীদমক মশক মচু থোকপা থবক থরা তৌরক্রবদি মহুদা লুপ্তুনা লৈবা কৈ হায়না থল্লি। পৃথিবীদা কাওথ্রিবা মীশিংসি, খুদম ওইনা,– মহাত্মা গান্ধী, কালমাক্স, লেনিন, অসিনচিংবা। মরম কয়ামরুমসিদগী ঐনা থাজরুরিবা ইজমহুদা অহুম্মক লৈবা তাবনি, অহুগা মহুবু মায় পাক্নবস্ন হোংনবা তাবনি।

ঐগী রাখন্দি করিগুম্বা নীতি নিয়ম নত্রগা ইজম অমদা ভাব-মেন তানা ফজনা খুওনা য়াওশ্রবদি মহুদগী পাক হন্দোকপা হায়বসি য়াম্না লুনা থোকই, অহুগা ঙৈহাক লৈতনা ওস্নোক-ওনশিন তৌরিবশিংসিদি ভাব কয়া তাফাওনা মীনা য়াওই হায়হুনা পণ্ড-য়াও য়াওবা মাল্লি। অয়রোমদা রাজনীতি দল অমদা য়াওবা হায়বসি দলচুগী রাখন-পরিং অমস্নুং নীতি নিয়ম মুল্লা খওলগা য়াওরবদি, দলহুদগী পাক হন্দোকপা ওমদে, করিগুম্বদা হন্দোক্রবস্ন, মশাদমক হন্দোকই রাখন্দি থক হন্দোক্কে। মহুমক্নি ঐনা তৌরিবস্ন। ঐনা হায়নিঙঙি, লাইরিক-লাইশু থরদং মমিত্তা উরগা রাজনীতি য়াওরকপী মুপীশিংগী মরক্তগী ঐস্ন অমনি। ঐগী অহানবা রাজনীতিগী গুরুদি, জন-নেতা হিজম ইরাবতনি। ঐহাক ইং কুমজা ১৯৪৮-৪৯ অহুরাইদা রাজনীতিদা লায়মিঙ লৌখি।

মতমহুদা ঐহাক তম্ফাসনা স্কুলদা কেরানী ওইনা থবক তৌরি, থোম্না হুরান্দুনা রাজনীতি য়াওবনি অহানবদা ঐহাক ছাত্র ফেদরেসনগী মীওইশিংগা খওনহুনা মথোয়গী মতুং ইন্দুনা রা থল্লবনচিংবদা য়াওবা হৌই। মমৈথওদা জন-নেতা ইরাবতকী মতুং ইন্দুনা রা থল্লবনচিংবদা

ঐখোয় অনি'হুম মুমিং খুদিংগী জন-নেতাগী ময়ুমদা চক্তুনা রাজনিতিগী মরমদা খল্ল-নৈনবা কয়া তায়, লোয়ননা মতমহুদা লৈরিবা লৈঙাক শাসন্দুগী . দোষ গুন কয়ামরম তাকপীহনা ঐখোয়স্থ ভাব তাজরে। মতমহুদা য়াম্না মপুং ফানা নৈনবা অমস্থং মীয়ামগী মিটিংদা ঙাংবসি 'পূর্ন দায়িত্ব শিল শাসন হায়বদি প্রজাদা মপুং ফানা দায়িত্ব লৈবা শাসন হায়বসিনি। মসিনা তাক্লিবদি হৌং কুমজা ১৯৪৭ তা ভারতনা মনিঙ তম্বা ফংলবস্থ মপুংফানা দায়িত্ব লৈবা শাসন্দি প্রজাদা শিন্নদে হায়বসিনি। মরমসিদগী মহাক্না হায়রিবা পম্বৃং হায়বদি প্রজাদা লৈবাকী শাসন মপুং ফানা শিন্নবগীদমক মীয়ামগী ওইবা আন্দোলন অমা শাগৎনবা লৈবাকী কাচিন-কোয় থুংনা চক্তুনা অচৌবা মী-তিন কয়া পাওখোকই, মহুদা পার্টিগী লৈরিবা লুচিংবশিং অহল্লোন, নহারোল, মুপী লোইনা রা ঙাংহল্লি। ঐনা রা ঙাংবা হৈখিবস্থ অসিগুম্বা মীটিংসৈদা খরা খরা ঙাংবদগী মমৈথঙদদি রা ঙাংবদা কিদবা থগক্তবা অমস্থং থৌনা লৈনা ঙাংবা ঙমখিবনি। মতমহুদদি মুপীসি য়াম্না ইচঙ থৌনা, রাজনীতি য়াওবদি পংয়াম য়ামদে, ঐখোয় মরি মঙামুক্তনি. অহুবু থবায়দি য়াম্না য়াওই। মতমতুগী থুদে।ংথীবা অমনা বস গাড়ীনচিংবসি কয়া লৈতবনিনা করিগুম্বা অথাপ্পা লমদা মিটিং চৎকদব লৈরবদি ট্রক গাড়ী অমদা মিটিংগী মপোং মচৈ হায়বদি মাইকনচিংবা হাপচিল্লগা চৎলি। ঐখোয়গী মরক্তা ইশৈ শক্লবা মীস্থ অহুম য়াওই, ময়ামহুগী মরক্তা ঐস্থ অমনি। হৌজিকী পার্টিগী শৈহৌ ওইনা শক্লিবা, — "হৌরো অরাবা অহিংগী অমম্বা কোক্তুনা, খোরক্লে মাঙদা শ্বাধীনতা মুমিং ..." অমুকস্থ মার্চিং শোং ওইনা,— "চৎলো, চংসি ইচিল-ইনাওশা, খুত্তা থাঙ্গোল, লেংবান্দা লাঙ্গোল....।" খল্লবদা পুক্লিংদা থুক লাউবা পোকই, খম্মোয়দগী পিরাং শিন্থরকই। খিত্তং নকপা ওইরগনা সাইকলনা চৎলি অহুনা ঐহাক সাইকল তোংবসি খরা থাপ্পা ফাওবা চৎপা ঙম্মি।

মীওইবগী রাখলগী লমচৎ হায়রবসিন্থু অঙকপনি। মচু শঙবা আনোক অমা উপলগা পোৎ খুদিংমক আনোক অহুগী মচুদা উথওব, কক্লিগুম্বা অচুম্বা অময়ুম্ব মাগী আনোক্কুগী মচুদা অহুম উই। মসিগুম্ব—কম্যুনিষ্ট পার্টিনা অহানবা ওইনা থেংনখিবা অরাবশিংলুং। কম্যুনিষ্টকী মায়োক্তা লৈরিবা মরু ওইরিবা দলশু কংগ্রেসনি। অঙকপনি মখোয়গী প্রচার,—'কম্যুনিষ্টতি মী চায়' হায়রবা ফাওবা হায়জিল্লি। অদুগুম্বা য়েক্নবা ময়ামদিগী মাপ্লাঙ্গা জননেতাগা অহানবা লৈতবা থৌনাগা লোয়নবা মায় থোক্লবদগী, ওসিদি মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি মমা সেম্বা হিংবা ওল্লিবনি। মন্ত্রাগা জননেতাগী থৌনা, লৌশিং, হৈ শিংবা থাগত্তবা ওইনা, ময়ামদি মহাকী রাখত্তনা পার্টিগী মায়োক্তা লানশিনবগা ওইরবা প্রচারগী জেকপুম মুত্থত্ত পুরমক থা-য়োক্লবা ওমথি। করিগীনো পার্টি অতৈনা কম্যুনিষ্টপু য়াত্রিবা? রাজ্যসিগী পাউথুমদি,—কম্যুনিষ্টতি নমথাক হৈছে, অচুম্বা মীয়ামগী মাঙলা হায়দোকই, মরু ওইনা শাসক দল ওইরিবা কংগ্রেসনা সুকনা য়াম্লে, থীনা হায়বিরিবমু মখোয়নি, দলশিংবু মরু কুপ্কোক্লবা চোংনরিবশু অথোয়নি। অদুবু 'সত্যমেব জয়তে' হায়রবদি অচুম্বনা জয় ওই হায়রবসিদি, মতম কুইনা কুইরগা ময়েক শেংনা উৎলক্লি।

বিরুদ্ধী দলনা তৌবা প্রচারশিংগী মমুঙদা ঐন। ওসি ফাওবা কাউদবা থরা লৈরি, কম্যুনিষ্ট, মী চায়, লাই য়াদে, ধর্ম্ম য়াদে, অসিনচিংবা কয়া। হায়রিবা ওইদবা ময়ামসি শেংদোকপদা মতম য়াম্না চঙহি। মমৈথঙদা অচুম্বহু খঙলবা মতুংদগীদি মঙক অমুক হাইগৎ-লকখিদ্রে। ঐহাক ঈশামক্না থেংনজবা খুদম অমা নিদং পঞ্জগে,—জন নেতাসি সুমিৎ খুদিংগী ইরুজদনা অমদি চন্দন থিন্দুনা চাক থক চাদে, ইরুজবা লোইরগা চন্দন লাইপোৎ পুথোক্তুনা ফজনা চন্দন চবা থিল্লগা চাক চায়, মসিবু কয়ম্না লাই য়াদে, ধর্ম্ম তৌদে হায়গদো-রিবনো! মীনা শাউনা ঙাংবা খুদিংমক মাদি নোক্না পাউহল্লি, খুদম

অমতংগা পঙ্গগে,—'কবো তম্পাক হায়না খঙনরিবা মণিপুরগী লমসি মহাক্লা কবোদা য়োম্পোল্লন্নে হায়না প্রচার তৌবা থেংনখি, রাকমহ্ মহাক্লা অস্নুম্না শেংদোকখি, -'ঐনবু কবো তম্পাকসি বর্মাদা য়োম্পোকপা ওয়বদি, ঐঙোন্দগী হেন্না চাউবা মীসিবু কদাইদা লৈরিবগে।' য়াম্না চুম্বা রাকমনি, লৈবাক্কী লম্ব, ময়ম্নাইগী ওইনা শিজিন্নববু কনা-না ওমগদৌরিবনো, শম্না হায়রবদা অসিগুম্বা মথোং ছক্রবা প্রচারসি মতম কুইনা হিংহনা লৈবা ওমদে, অশেংবহ্ খঙনরক্রবা মতমদা মশা মতোমতা মাঙজখি।

মতাঙসিদা য়াম্না নোক্লিঙবা রা'মস্নু নিঙশিংলকই,—মতমহুমক ঐখোয়গী মৈত্রবাক্তা মহৌশাদগী চংনরকপা সনামহী লাইনিঙ লাইশোনসি অমুক হন্ন হিঙ্গৎহল্লকপগী অকনবা খোঙ-থাং অমা থাঙজিল্লকখি মতাঙসি ঐনা পঙ্গরুরিবসিগী ময়মদি, জন-নেতাগী য়ুমসিদা ধর্ম্ম খুদিংগী অমদি কাঙলুপ খুদিংগী মী তিল্লি। হায়রিবা ময়ামসিগী মন্নুঙদা সনামহী নিঙজবদা শোঙ্গবদা থরায় লুপচবস্নু য়াওরি। নোংমদি অস্নুম্না থোকপ্রে, ঐস্নু করি রাহৌদগীনো হায়বহুদি খঙহৌদ্রে. সনামহী নিঙবা কাঙবুহনা অস্নুম্না হায়খি,—"নখোয়গী কৃষ্ণ হায়বা, মতূদ পঙথিদ থিবা, রাধা হায়বী মন্না লৈন-লৈনা মন্না ঙাংনবীহবু করিগী নিঙগদৌরিবনো, ঐখোয়দি পামজদে, মপু ইবুংঙোদগী হেনবা কনাস্নু লৈতে।" জন-নেতাদি করিগুম্বা ধর্ম্ম অমা নত্রগা কাংলুপ অমবু শোগৎপদি নত্তে, অহুম ওইনমক ধর্ম্ম অমবু থীনা ঙাংবহুদি মহাক তাবা ওমদবা মাল্লি, অহনা মহাক্না অস্নুম্না হায়খি,—"নখোয়না অহুম্না ধর্ম্ম অমবু অমনা চৈগদবা নত্তে, অহুম্না তৌনগদবা লৈরবদি নখোয় কনা'মতা ঐগী'সিদা লাকপা য়ারোই, ধর্ম্ম হায়বসিদি মান-মানা অপাম্বহ্ চংকদবনি, লাইস্নু মানা-মানা অপাম্বহ্ নিঙজগদবনি। নখোয়না মপু ইবুংঙো হায়রিবহ্ কনানো খঙলব্রা? পুম্নমক্কী মপু হায়বা নত্রা?

ঈশ্বর হায়বস্থ মহ্ নত্রা? পুন্নমকপু শেম্বিবা হায়বা নত্রা?" অস্থুয়া য়ারকখিবদগী মহাক্কী মাঙ্গোন্দা অমুক হন্ন। ধর্ম্মগী রা ঙাংনখিগ্রে। মহাক্কী রাখনসি য়েংলুরগা হায়নিঙঙি,—হৌজিক মতমগী সদ, ভাবনা হায়বসিগী রাখনসি মঙোন্দদি মতমহুদগী হৌনা লৈরবনি। তশেংবনি মহাক্তি জাৎ, ধর্ম্ম কাঙলুপ খায়দে, মহাক্কী মাঙ্গোলদা চৌং-মী তম-মী মুস্লিম পুন্নমক শুনা তিল্লি।

অস্থুয়া ঐহাক জন-নেতাগী তুংইনবী অমা ওইনা থবক থৌরম কয়াদা য়াওই। নোংমত্তং মাগী য়ুমদা চংহৌদবদা চংবা য়াদে। অথাপ্রদা মিটিং চংলি, থেংন হন্নকই, ইমানা শাউই—ঙাংই, 'করিগীনো অস্থুক থেংনা চংলিববো," ঐনা কাগী ওইনা খুমখি—লৈবাক শেমগদৌরিবনি। ঐগী ইমাহুদি বুদ্ধি লৌশিংদি থরা লৈজবা জাৎনি, মহ রুা হায়খি,—তৌনুকো, হয়েং অরাবা তারবা চ্যেকতা চ্যোকশিল্লরুগা, নঙগীনি হায়হুনা চোংথোকপিনবা কনাস্থ লৈতে, নশানা ভাব তাজৌ। "মানদি নুংশা থিজহুনা হায়জবনি, ঐনদি কয়া থৌওইনা তাবিদবনি।

অস্থুয়া মিটিংসি য়ান্না তোয়না চংপদগী ঐহাক রা ঙাংবা ফজনা হৈরে, 'হক' হায়বদি অধিকার করিনো খঙলে। হায়রিবা হকশিংহু নুপীশিংনা কদায় কাওবা কংলবা কংদবা, সমাজদা ঐখোয়গী নুপীশিংনা করম্না থাজ্জা লৈরিবা অসিনচিংবা নুপীগী সমস্যা কয়াসি নৈনবদা ময়েক চুম্না নৈনবা ঙয়ে, ময়ামসিগী মথক্তা নুপীনা লাইরিক তম্বগী কান্নবা, নুপীগী থৌদাং অসিনচিংবা কয়াস্থ নৈনৈ। রাজনিতি হায়বসিস্থ ওম্বোক্না কনগ্রব। নেশা অমনি, নেশাসিদা নুপপ্রবদি চাগনি থক্কনি লোইনা কাউই, কুম্বী-কালেন মশক খঙদে, নিংথমগী উল্লেন, কালেনগী নুংশা মৈশা কাওদে, ঐনা লৈথাক শেমগদৌরিবনি, সমাজগী য়াইফবা থরা পুরকদৌরিবনি খনবদা। অহুগা ঐনা পামজরিবা পান্দমহ্ কদাই ফাওবা য়্রৌপ্রবগে হায়বহুদি খঙজবা ঙমখিদে, অহুমকপু ইরৈবাক্কীদমক ঐনা অঙম্বা খরদি তৌজরম্মি হায়বহুদা

থম্মোয়দা পেগ্রবা অমদি ওসি কাওবা কাওই। ঐখোয়গী ভারতবর্ষ অসিদা মশীং থীওমদনা অসিগুম্বা মহাত্মা কয়া পোকখ্রমনি, মখোয়না মরৈবাকীদমক মজাতিগীদমক থরায়বু শায়-পোংকুম খনখিবা, মতুমকী মহৈনা ওসি কাওবা মখোয়গী মিংচৎকী উরোং খিল্লম্মি। মতুমক্তি ঐ য়ৌজবা ওমখিদে অতুবু অনৌবা ইরৈবাক অমসুং সমাজ অমা শেম্বদা ঐন্দু লৈতুম অমত্তংদি হাপচবা ওয়ে থনবদা, থম্মোয়দা রাখলগী অনৌবা ইনোং অমা তত্তনা হাপ্লি।

## ৩

হৌজিকী রাজনীতিগী চথরিবা খোঙ-থাঙসি উরগা অঙনবা মতমগী হায়বদি শোক ৪৭-৪৮ অতুরাইগী মরু ওইনা ঐনা থেংনজরকপা রাজনীতিগী খোঙ-থাঙতুগা খেন্নবতু নিঙশিংদবা ওমদে। মতমতুগী রাজনীতি; খ্বাইদগী চম্বা অমসুং শেল তিংদবা রাজনীতিনি হায়বা য়াই। খুদম অমতং ওইনা থন্নরবদা ইলেকসন্দা হৌজিকী মতমদা লুপা লাক্ষ/ লাক্ষ তিংনরিবসি মতমতুদদি, প্রচার চৎপগী গাড়ী রায়বগী অমসুং থবক নোম্বিরিবশিংতুগী চা-নুং থরা পীথকপদগী হেন্না করিগু চঙদে। শয়া হায়রবদা মতমতুদি অশেংবা রাজনীতি তৌবনি, মীশু অকবা ওাক্তা ওইরম্মি। রাজনীতিদা শেন্দোং তান্দে, মশাগী ওইজবা থিদে, মহুত্তা লৈবাক্কী ওইবা কান্নগদবা হীরমশিং অমসুং চাওখৎ-থৌরাংলোমদা, পুক্নিঙ চঙনবা ওাক্তনি। রাজনীতিগী অয়াম্বা লুচিংবশিংসু মপুকচেল য়ান্না শেংলম্মি, ওইদ-নত্তবা কয়া তৌনরমদে, কৰিগুম্বা অরানবা থবক অমা তৌরুবদা লৈবাক্তা করি হায়নখিগদগে হায়বা রাখলসিনা মাঙ থাবা ওইনা তৌবদগী অরানবা থবকসি ইত্তৌ তৌদবনি। মরু ওইরিবা রাকমদি লৈবাক প্রজাবু রায়া কিনা লুনা অমসুং ব্যবহার তৌনা ইকাই খুম্নবা মান্নি।

অহুগা থোক্তদোকপা রাক্ম অমনা মতমহুগী রাজনীতি দলসি মশীং থীবা য়ানা লৈরম্মি, দলশিংহুগী ময়ক্কা কংগ্রেসনা মকোক থোংনা লৈরম্মি মথংদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনি, মসি নত্তবা দলশিং হায়বদি সোসিয়েলিষ্ট প্রজা সোসিয়েলিষ্টনচিংবশ্ম লৈরম্মি হায়রিবা দলশিংসি নেসনেল পার্টি ঙাক্তনি মথোয়স্থ ইলেকসন্দা লেপ্পি, কাবস্থ য়াওই, মশীং য়াম্না কাবদি কংগ্রেসনা হেল্লি। মতাঙসিদা ঐনা কাউদবা অমা লৈ, মহুদি ইহান হানবা মণিপুরগী ইলেকসন্দা জন-নেতা উংলৌ কেন্দ্রদগী কাখি অহুবু মীটিন য়াওবদি ফংখিদে। মতমহুগী ইলেকসন্দুদি হৌজিক্কী মতৌগুম্না ফি য়েন্দে, শেন্স য়েন্দে, পীজ পীথক য়াম্না কা হেম্না তৌদে। হৌজিক্কী মীথলসিদি মসল পাম্নার অমস্থং মনি পারারনি। শেলনা লৈবা ফংদবা কৱিন্স লৈতে,—অচুম্বস্থ লালহল্লি. অরানবস্থ চুমহল্লি. ভোট অমগী মমল লুপা ২০০/৩০০ নি, অহুনা মীথল অমা পাঙথোকপদা মীরেপ অমনা লাক্ষ ১/২ দগীদি তাদনা চঙভি. মসিমক ঐখোয়গী লাইবক থীবনি। অসিগুম্বা শেলগী চংনবী অমা লাকপসিনা রাজনীতিগী অশেংবা শক্তমদি মাঙগ্রে, মসিমক্লস্থ নোংমা নোংমগী রাজনিতিগী রাখলসি লৈথা তারক্লবগী মরম ওইরকই। রাজনীতি হায়বসি অতৈ কৱিস্থ নত্তে, —লৈবাক অমগী প্রজাগী মুংঙাইনবা অমস্থং য়াইফনবা থনবহুনি। মসিমক্তি হৌজিক্কী চংনবী রাজনীতি ওইরবনি, পূকচেল শেংনা রাজনিতি তৌরবদি মতম অমগী রা ওইরবনি।

মতমগী চংনবী রাজনিতিগী খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবা চংনবী অমনা দল হোংদোক হোংজিন তৌবসিনি। ঙসিনা দল 'এ' দা য়াওরম্বসি হয়েংদি দল 'বি' দা য়াওরে হেক্তা হায়রকই, মসিগী কাম্নবা করিনে? হৌজিক হৌজিক্কী ওইনদি কাম্নবা কয়া ফংলম্বা য়াই অহুগা তুংগী ওইনদি মহাক্কী রাজনীতিগী পুলিহু পূম মাঙ মাঙলিবনি। ঐনা য়াম্না ঙক্লিবদি মহাক্লা মথরায়না য়াম্না পামজনা য়াওজবা দলহুবু থাদোক্লম্লগা অতোপ্পা দল, মহাক্লা

চৈহুন-ঙাক্কেনবা লৈরম্ম দলক্তুদা য়াওখিবসিনি, মতুংবু হাজা, লৈরগ্গিবা দলগী মীশিংদুনা কব্বিবু হায়রমগদগে। হৌজিক্কা দল হোংদোক হোংজিন তৌরিবসিগী মরমদি মতমগী চংনবী মতুং ইন্না খুদোংচাবা খরা কংক্লবগী দমক ওইবা অাই, হায়বদি দল অমদগী অমগা চোংবা. মতমদা কন্নি কম পীগে নত্রগা দলগী মেম্বোরশিপ্‌কী কংনরন্নি দমক লেল য়াম্না লৌবগনু চোংই। মরমসিদগী হৌজিক্কী এম, এল, এ নত্রগা মন্ত্রিশিংবু চেৎলবদা 'হঙোই' গা মান্নরে হায়রিবনি। ঙসিগী মণিপুরগী ওইরিবা রাজনীতিগী ফিতমসিদি তশেংনা হায়রবদা কাং-খোং চাইরবা রাজনীতিনি হায়রবা য়াররনি।

অমুক্কা মমা ঙরপা রাকম অমনা লেল খরা পাক্কনবদি রাজনীতিগী এ, বি, সি, খঙব্রবসু ইলেকসন লেপকনি হায়রুনা হেক্তা মচাংথোক্কই. অসিগুম্বা পোকপদগী রাজনীতিগী মহাও মক্লিক অমত্তসু খঙব্রবা লৈবাক্কী য়াইফনবা রাখল অমত্তসু খঙবা হৈজব্রবা মীওইশিংসিনা লৈবাক শাসন পুদুনবু করম্না লৈবাক্কী য়াইফ-থৌরাং অমা পায়খৎলকপগে, মশাগী কান্নবা য়েংদুনা কম-জাওপ য়বা অমদি শেল্লা থুমজা ত্রেবা নত্তনা হৌজিক মতমগী চংনবী রাজনীতি অমনা এম, এল, এ 'য়োনরা অমত্তুং লৈবা' হায়বসিনি। দল অমগী নিতি নিয়ম ইন্দুনা কারকপা মক্লাক কারম-কাকাব্রিবঙৈনা অতোপ্পা দল অমদা মশাক্তু অমুক য়োম্থোক্লবদি ঐখোয়না মঙোন্দগী করি অাশা তৌনিঙাই লৈরি।

ঐখোয়না রামা মুংশা খীজরিবদি অসিগুম্বা রাজনীতিগী অমচং লাইদবসিনা ভুংগী মাহাক্লোলশিংদা মন্নি অাগ্রবদি হায়বসিনি। খুদম ওইনা য়েংনি, মহাত্মজীনা হৌদোকপিরম্বা 'কংগ্রেস' পৃথিবীগী মহুৎপা রাষ্ট্রগী ফক্তকা, অশেংবা, নীতিগী হৌরকফম ওইরম্মি. অদুবু ঙসিদি অমোৎ-অকায় কত হৌদি করিগী শৈকম ওইরে। মরমসিগী কংগ্রেসতা কাম পায়া লাইরিক জৌজরম্বা করম হন্দাক্লবনি। অদুগুম্না দলদসু অহংকার পুরক্তেল শেংনা রাজনীতি তৌবা মীদি হৌরিজিক লিবা

য়াম্না য়ারবনি। অহুনা তুংদা ওইরকদৌরিবা মণিপুরগী রাজনীতিগী কিভম খল্লুবদা য়াদবা ওমদে। মতাওসিদা পঞ্জনিঙতি — মাগী দলচুদগী শুকহোং-হোংদন য়োংনা চু পায়বগুম পায়হুনা লৈখিবা, অন্না-অনা কয়া খাওখিবা, মহাক্না খাজরিবা 'হুজম' হুদা মথা কাওবা কখোকচবা ওমখিবদি,— "জন-নেতা ইরাবত" মতোমতনি। মণিপুরদা মহাক্নুম্বা অনিদং শুরগবদি মণিপুরসি করম্বা লৈবাক অমা ওইরমগনি ?— ওইরমগনি রাক্ত-পাদ, মীপাল তাংদ হিংজবা ওম্বা,— স্বর্গী লৈকোল !

দল অমগী কবা অমসুং ফত্তবা হায়বসি লুচিংবহুগী মথা য়াম্না পোল্লি, মহাক্কী ফিদম্নি ময়াম্না লৌনরিবা অমসুং ওাংনরিবা, শোন্নরিবা। মরম অহুন লুচিংবা অমা ওইগে হায়রবদি চেন্দবা য়াদবা গুণ থরা লৈ, মখোয়শিংহুগী মনুঙদা,—পুকচেল চেংপা, অখাঙ কনবা, মী তিন্নবা য়াবা, অচুম-অরান খঙনা চংপা, অসিনচিংবা গুণ থরা চেন্দবা য়াদে। অসিগুম্বা মীওইশিংনা লুচিংবা ওইরবতদা লৈবাকী য়াইফ মুংঙাই পুরকপা ওমগনি। অহুবু লাইবক থীরিবদি হৌজিক্কী যুগ অসিদদি অসিগুম্বা লাইগী গুণ চেনবা লুচিংবশিংদি অমত্তা থিবা কংগ্রে মহুত্তা তাকু-তরাং, উং পাওা হৈনবা মীওই ওাক্তনা লুচিংবনি হায়হুনা খোরক্লবনিন লৈবাক্তি করম্না চাওখৎকনি ?

মতাওসিদা য়াহং অমা অমুক লাক্লে, কন্নিগীনো ঐখোয়না অকবা লুচিংবা পুখোকপা ওমক্লিবা অমসুং লৈবাকী চাওখৎ-থৌরাং অমত্তা পায়খৎপা ওমক্লিবসি ? মসিগী খাইদগী মরু ওইরিবা মচাক্তি 'প্রজা ঐখোয়নি'। লৈবাকসি অকবা ওইহনগে অমসুং চাওখৎহনগে হায়বসিদি প্রজা ঐখোয়গী মথা পোল্লে, মরমদি লৈবাক শাসন তৌক্লনবা থাগৎলিবা মীহুৎশিংসি প্রজা ঐখোয়না থাগৎলিবনি, অহুনা ঐখোয়না অপাথা মীহুৎ খনবা মতমদা মীশক মুন্না য়েংলগ, হায়বদি মহাক প্রজাগী য়াইফনবা থবক থরদি তৌরকপা য়াই হায়না খনবা মীশতুদা ঐখোয়গী মমল য়াল্লবা

ভোৎসি পীকম্ থোকপনি নত্তহনা শেল্ল থরা য়াম্না পীবা মীশক্তদা ভোৎ পীরুরবদি, মহাক্না হয়েং কাপ্লগা ভোত্তা চপ্তখিবা শেন্দু হঞ্জিল্লবা হোৎন-রকপা তাবনি। মরম কয়াখক্লমসি য়েংলুরগা ঐখোয়না থগ্লবদি লৈবাক নিংথৌ থুয়া তুশিংনা পানসি হায়রবদি ভোটর ফবা অমসুং পুকচেল শেংবা তাই। ভোটর শেংবা হায়বগী অর্থদি পুকচেল শেংনা শেঙ্গা-থুমজা য়াওদনা ইশানা অকবা মীরেপ থগ্লরগা ভোট পীবা হায়বনি। অহুম্না তৌরবদি সরকারদগী ঙৈহাক লৈতনা ঈশিং ঈচাওনা তোর্বান নমখায়-বদৌনা কায়রিবসিস্থ থরমথৈদি ফগনি হায়না খল্লি। ঐনা য়াম্না নৌক্লিংবা অমনা,—থবক তৌক্লগা ভোৎ লেপকনি হায়বা, থবক্তগী পোথ্‌'রগা ভোৎ লেপ্পা, আই, এস, অফিসার অমনা ভোৎ লেপ্লগা করি কায়গদৌরিবনো ?

হৌজিক মতমগী লৈবাকনিংগবশিংসিদি, মশাগী ওইজবা অমসুং কায়বা থিবনা অয়াম্বনি, লৈবাকী চাওখৎ-থৌরাংগীদমক থাদয়কপা শেনকম অয়াম্বা মশাগী ফুরিংথাউদা থাজিনবা. মশাগী য়ুম কৈ ফজনা শাবা ভুপী-অঙাংগী সনা শিনবা হোৎনবা, অসিনচিংবা মরম্লাইগী কায়বা হীরম-শিংদা অয়াম্বা শিজিল্লথোকই, মরমসিদগী ঐখোয়গী লৈবাকসিনা তুং শোথনা লৈরিবনি হায়নিঙঙি। মতাঙ ম্বাইদা অমুবম্ব পঞ্চনিঙঙি জন নেতা ইরাবত—মহাকী ময়ুমদু ইনা কুপ্পি, নোং য়ুই, নোং চুরগা মাঙোন্দু ঈরিক চোংখত্তুনা কপ্পা য়াদে; অহুবু মহাক্তি মহুদা ফয়গা মাগী তৌগদবা মথৌ নিংথিনা হায়বদি ইবা-খোৎপা তৌহনা অহুম কম্মি। মহাকী য়ুমদুম্ব অঙকপনি! চুমতা ইনা কুপ্লগা কা-নচিংবা খায়দোক্তুনা লৈবা নত্তে, শজোই অশাংবা অমদা পুন্সিহু .অহুম লেপ্পবনি, হায়জনিঙঙি,—মঙোন্দগী হেন্না মরায়বক থীবা রাজনীতিগী মীওই অমা মণিপুরদা লৈরম্লোই। লাইবকথীবনি! অসিগুম্বা মরৈবাকী অমসুং মীয়ামগীদমক মথ্‌ৎয় কথোকপ্রবা 'সহীদ' অমবু পার্টি তিন্নদে হায়বগীদমক ভারত

সরকারগা মশাক খণ্ডবিদে। মসিমক "ঐখোয়গী লাইবকবিবনি হায়না লৌদবা ভমদে"।

অচুম্বনি, মণিপুরনা মপুংফাবা রাজ্য অমা ওইনবা হোৎনরকপদা মণিপুরগী প্রজা পুম্নমক্না মাগী-মাগী য়াকম থোকপা শরুক য়ানখি, জননেতাগীসু য়াকম থোকপা শরুকুগী থেম্না য়াখিবনি হায়নিঙভি, মহাকী অবদাদ্দি শীংথাহুনা লাইবা নাইরোই, মহাকী অবদানবু মশক খণ্ডনরকপদগী. 'মীদি শিরগা মগুণ খঙভি, হায়বহু গুম্না হৌজিক্কা মহাকী মপোক মুমিৎ, পুংদোংবমগী ঘটনা, অসিনচিংবা মহাকী পুন্সিগা মরী লৈনবা থবক কয়া নিঙশিংবগী থৌরম পাঙথোক্লি। অসগুম্না অচোবা লৈবাকী ওইবা থবক কয়ামরুম পাঙথোক্লম্বগীদমক ঐখোয়না মীওই কয়ামরুমবু ইরাৎ-পূজা তৌহুনা মখোয়গী তৌবিমল খঙবা উৎসি মহুদগী হেনবা থবক থরা ঐখোয়না তৌহন্নমিঙলিবদি,- অসিগুম্বা থোইদোক হেন্দোকপা থবক তৌরম্বশিং অহুগী মূর্তি অমমম শাহনা মরমর ওইবা মফমশিংদা থিনবিবনা চুমগনি খল্লি। মহুভনা মখোয়গী লমন শিংবা হায়বহু ওইগনি খল্লি। হায়রিবা থবক থৌরমশিংসিদ কেন্দ্র সরকার, রাজ্য সরকার অমস্তুং প্রজা মীয়াম খুৎশমনা চৎমিন্নরবভদা ওইগনি।

## ৪

লেপ্তনা চেপ্পরিবা মতমগী ঈংতম্লি, ঈংসেমশিগা লোয়ননা অওমবা কয়া মথু পুরকই, কণ্ড-হাউদি, নমথি হানে কয়া মথু পুখি,-অঙকপনি ! মতমগী খোঙচং। "মতমগী খোঙচংকা লোয়ননা লাক্রে আগস্ট ১৫ ইং কুমজা ১৯৪৭,—ভারতকী অচৌবা লাইবক লোয়া, মশাগী খোঙকদা লেপ্তবক অমিত ভয়া হাইনা হুয়া পাঙবা। মুমিৎগিদা ভারতকী মুৎথোঙ

খুদিংদা পাইথি, নিঙতম ফিরাল' নিনথি হৱাউ তয়ামগী খোঞ্জেন্না—খুঙ্গং, শহর, অমতা চিখদনা। করিগীন্থ মুংঙাইরোই চহী ২০• চুপ্পা মীখা পোন্না লৈতুনা ইরৈবাকী ইজাতিগীদমক করিগুম্বা য়াইফ খৌয়াং অমতা পায়খৎপা ঙমদনা মীয়মগী শাসন মখাদা লৈরুরবা মতুংদা অফা-অপুন কয়াদগী নাম্হোব্রুকপসিদা মুংঙাইরোইদবা কনা য়াওরি। অদুবু ভারতকী নিঙতম্বা ইরায় হেক লায়না ফংলকপদি নত্তে, ভগৎশিং কয়া খুদিরাম কয়া ফাঁসি শগাই কাপ্রবা তুংদা ফংলকপনি. অদুনা ঐখোয়গী নিঙ·তম্বদি অমুক্তম্থ হেন্না মুংশিনা, লুনা তৌফম থোকই।

শোক ১৯৪৭ ফাওবদি ভারতসি অনিথোক্লা খায়দোক্লম্মি হায়বা য়া'ই. বৃটিশ ইন্দিয়া', হায়ব'মা নিংথৌ পানবা লৈবাক হায়ব'মা। নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগী মমুঙদা মণিপুরম্থ অমা ওইরম্মি। অহানবা নিঙতম্বা হেক ফংবদদি বৃটিশ ইন্দিয়া মখেতা পুনবনি, মতুংদা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংছু অমমম ওইনা অপুনবা ভারত্তা পুনশিন-খিবনি. মতুগী মমুঙদা মণিপুরম্থ য়াওখিবনি। অদুবু পেন্দবদি অহানব-মক্তদদি মণিপুরসি মপুংফাবা রাজ্য অমা ওইরমদে মহুত্তা টেরি-টোরিগী থাক্তা লৈরম্মি, মতুংদা পার্টিসি ষ্টেট মথংদা মপুং ফাবা ষ্টেটহুদ ফংনবগীদমক অন্দোলন কয়া তৌথি, মতুগী মহয়না মপুংফাবা ষ্টেটহুদ ফংখি।

মণিপুরনা মপুংফাবা ষ্টেটহুদ ফংদ্রিঙৈদা মশানা মশাবু লৈঙাক পথাপ তম্বিবা ওইনা টেরিটোরিয়েল কাউন্সিল হায়রনা মেম্বর ৩০ না শাবা কাউন্সিল অমা লৈরাম্মি, মসিদা মন্ত্রি ৬ লোম লৈরম্মি। হায়রিবা মওংসি ঐখোয়গী লৈবাকী শাসনসি ঐখোয়গী প্রজাদা মপুংফানা শিন্নবদি নত্রি, অমরোমদা হায়রগা মসিবু লংদাই সরকার হায়রনম্থ থঙনৈ মরমদি মীয়ম্না শাসন তৌদুনা লৈরম্বা সরকারসিগা ঐখোয়গী প্রজাগী ওইবা সরকার অমগা শিন্নবগী মতাঙহুনি।

অঙ্গুম্না ঐগী পুন্সিগী ঈচেল অৱাবা অমসুং মুংঙাইবা অনিনা তোকখ্রান ওইরগা চেষ্টরকপা ঈচেম্নি। অহুবু ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী অকনবা চৈথেং অমা পীখিবদি কাউন্সিলনা পাল্লিঙৈ মতমসিদনি। ঐদি তঙ্কাসনা স্কুলদা কেরাণী ওইনা লৈবনি, মতমহুগী শিক্ষাগী মন্ত্রীদি ৺ডাঃ লৈরেন্মা ওইরম্মি। অমম্নোমদা ঐহাক মতমহুদা রাজনীতি য়াম্না কন্না হায়বা য়ারে। সরকারগী নিয়মদবুদি সরকারগী থবক তৌবা মীওইশিংনা রাজনীতি য়াওবা য়াদে হায়রন লৈবনি, অহুবু রাজনীতিগী ঈরাঙদা লুপখ্রবা ঐনা ঈপাকসিদা ঈরোয়হুনা তাউথখিবদগী অক-কত্তগী, অরা-মুংঙাইগী রাথল তুং-ঙইনরগা রাজনীতিগী লবুকসিদা কুমখি। ঐগী থোইদোকপ অমনা নিঙখিবা রাথলহুদগী হন্দোকপসি কয়া ঙমদে, মরমদি ঐনা অঙ্গম্না তৌরগা মীনা ঐবু করম্না লৌনখিগদগে হায়বা রাথলসি য়াম্না কন্না থল্লি, অহুনা ঐনা পার্টিদগী হন্দোকপসি স্নকঙম ঙমখিদে। ঐহাক্না মতমহুদা মহিলা সম্মেলনগী সেক্রেটরী ওইহুনা মুপীগী উইং হায়রবদি মুপীগী মশাঙগীদমক থবক তৌরম্মী। ঐনা কয়ামুক রানা হোৎনখিবগে হায়রববু য়ুমদগী নম্বোল তাম্না ঐগী সাইকল অতেকপহু তোংহুনা চৎলি, নম্বোলদগী মিটিং তৌরুরগা হল্লকপদদি মুমিদাংগী পুং ৬/৭ তারে য়ুমদা ইমানা মুংশা য়াম্না থীরম্মি। অহুবু ঐনা ঙমবা করিনো'মা হায়জিল্লগা অহুম লোইশিল্লি। মতমহুদা ঐ করিমত্তা থনখিদে রাজনীতি নত্তনা, ঐগী থরায়. হকচাং. তোঙাম্রে. রাজনীতিদা অহুম পুনশিনম্রে। ঐনা ~~অঙ্গম্না~~ ঐনা অঙ্গুম্ন রাজনীতিদা থরায় লুপ্পসি উবদা ইমান্নবীশিংনা ঐবু কি-তুকচা ওইনা তিন্নখি অহুবু ঐ করিস্তু হায়খিদে।

মৈতৈ বাহৈদা 'মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদে' হায়বসিস্তু কয়ম্না লাল্লি হায়গদি। ঐগী রাজনীতিগী বারী মন্ত্রীগী নাকোং য়োম্রে, ঐগী মরমদা কুপনা থিগৎপা হৌম্রে। রাজনীতিগী লমচৎ হায়বসিস্তু অঙকপনি, ভারত নিঙ-তম্নবা হোৎনবদা রাজনীতি দল পুম্নমক মাগী/মাগী শরুক য়ানহুনা

চণ্ডমিন্নখ্রিবা ওাক্তনি, অদুবু কংগ্রেস হায়বসিনা অচৌবা দল অমা ওইবা মরম্না লৈবাকী শাসনগী চুপ্লিসি মঙোন্দা শিন্নখি, মথংদদি দল মচাশিংসি লৈবদা য়াম্না ৱানা থোকখি, মতুগী খুদম ঐথোয়না মশীং নাইদনা থেংনখি। কংগ্রেশনা সরকার হেক পায়খিবদগী কংগ্রেশ নত্তবা দল পুম্নমকসি মথোয়গী য়েক্নবা ওইনা লৌগ্রে, মথোয়ভনা মরৈবাক নিঙবা, জাতিবু মুংশিবা ওইগ্রে, শম্না হায়রবদা দেশ প্রেম কংগ্রেশনা ঠিকা লৌখ্রে ঐনা কংগ্রেশ ওইরুদবা মরম্না ঐহাক সরকারগী থবক তৌবা য়াদবনি, অদুবু ঐনা করিগুম্বা চনপ্লিগী থবক হৈরম্নবা মীকিথৌগী ৱাখল খল্লমবদি ঐস্নু হায়জ-চংচতুনা থবক তৌবা য়ারম্বনি, অদুবু মতু ঐগী প্রিন্সিপল হায়বদি নীতি নত্তবনা ঐহাক ইশানা থৌনা ফনা, থবক থাদোক্লম্মি, ঐহাক সরকারগী মীনায় ওইদ্রে

ঐহাক থবক থাদোক্লে তাবদা ইমাতু য়াম্নদি মুংঙাইখিদে, অদুবু 'কমদি তৌনি, ঐনা থাদোক্লম্নবনিনা, মহাক করিস্নু হায়নিঙঙাই লৈতে। ঐগী ইমাদি চেঙ-দাইবীনি, ইবানিদা লৈজবনি, অতুনা মহাক্তি য়াম্না মুংঙাইতে, এদি মপাল থোক্লনা ময়াম ইশানা য়ানা থাদোকচবনিনা থোইনা মুংঙাইতবা ফাওদে। থবক থাদোক্লবা মতুংদগীদি ঐহাকী পুন্সি মপুং ফানা ওস্থোকখ্রে হায়বা য়ারে, মরমদি ঐহাক হুমিৎচুপ্পা ৱাজনীতি ভৌতুনা অমদি ৱাজনীতিগী ৱাখল্দা অতুম লুপ্তুনা লৈখ্রে।



ইং কুমজা ১৯৪৮-৪৯ ওইবা য়াই থল্লি, তাংগ্গ ওইরম্বা সেপ্টেম্বরগী ২১ হুমিৎসিদগীনি ঐগী ৱাজনীতিগী অওনবা পুন্সি অমা হৌখ্রিবা। হায়রিবা হুমিংসিদা এম, তি, ইউ, হোলদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অচৌবা

মিটিং অমা তৌখি, মিটিংদুদা লমলাই কেন্দ্ররোমদগী মিটিংদু য়াওবা মীয়াম অমা সভা যাত্রাগা লোয়ননা লাকখি। অসিগুম্না মীয়ামগী সভাযাত্রাসি থিংনবা পুলিশকী মায়কৈদগী অচৌবা ফোর্স অমা এ, এস, আই, নারাণনা লুচিংদুনা লাকখি। পুংদোংবমদা হায়রিবা পুলিশ ফোর্সসিগা মীয়ামদুগা মায়য়োক্লখি, মদুদা মতম খরা ঈ৯বা কাওনবা তৌরবা মতুংদা, পুলিশনা নোংমৈ কাপনবা হোৎনরকখি, নোংমৈদু মুম্নবদা মরু কাপথো-রকপদগী লুচিংদুনা চৎলিবা পুলিশ মকোক নারাণ শিখি। থোৌদোকসি থোকখিবগী পাউ এম, ডি, ইউ, দা মিটিং তৌরিবৈদা তারে, খুদক্কুমক্তদা জন-নেতানা মিটিংদু লোইশিন্নগা পার্টিগী মেম্বর পুম্নমক লোৎপা তারে হায়না লাউথোরকপদগী ঐস্নু য়াওনা পার্টিগী এক্টিপ মেম্বর পুম্নমক লোৎনপ্রে, মসিনি অন্দরগ্রাউণ্ড চঙবা হায়রিবসি।

হায়রিবা থোৌদোকসি ঐভোন্দদি পুন্সিগী অওনবা অমসুং অনৌবা থোঙ থাঙ অমনি। রাজনীতি য়াওরুবগী অরাবা নংবসু মসিনা অহানবনি। মতমদুদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী খ্বাইদগী অকনবা মফমসি অরাং মায়কৈরোমদা হায়বদি লমলাই, তেঙ্নৌ, চানা, কৈবি, তরেংখুল, মুখোংশাং উয়ুমপোক অসিনচিংবা অসিনি। মনিঙ, মখা, নোংপোক, মায়কৈ শুনবুদি লৈ অদুদা খরা কনবা মফম হায়বদি অরাংসিনি হায়বনি। ঐনা খঙজহৌবগী মনুঙদা অরাং মায়কৈসিদা কম্যুনিষ্টতা থরায় লুপচবা অহল অমা লৈরম্মি, মহাক —'কাহ্লাই মচা' হায়বদুনি। মহাক্ন জন-নেতাবু লাইমক্লি থঞ্জে অদুগা মহাক্কী তোপ-তোপ্পা মওং অমদি মহাক ফিরাল অঙাংবা মচা অমা অদুম শাগোম্লৈ, মসি মহাক্না শুকথা থারোই, চাবা তুম্বা পুম্নমক মহাক্না অদুম লৈমিম্লৈ, করিগুম্বা লনাইগী থবক চৎলবসু পুদুনা অদুম চৎকনি। মহাক লাইরিক লাইগু য়াম্না মপু্া ফানা হৈবা মীদি নত্তে, অদুম ওইনমক পার্টিদদি থরায় য়াওজবা মেম্বর অমনি। অদুগা মহাক্কী থোইদোকপা মগুণনা অরাং মায়কৈদা পার্টিগী মুমফম

থোক্লম্লিবসি মহাক্কী মপান্দগীনি হায়বা য়াই। মহাক্লা থোক্লম্বা য়ুক্ষমহুনা মরা চেংশিল্লকুনা ভসি লমলাই কেন্দ্রদগী কম্যুনিষ্টকী মীহুৎ কাহুনা মন্ত্রী ওইখিবা ফাওবা য়াওরে। মতৌ অস্মুম্না মশক খঙ্‌বিদনা লৈরম্বা কম্যুনিষ্ট পার্টিহু ভসিদি মপুং মরৈ ফারবা মশা-মরেং কয়া শন্দোকখ্রবা অচৌবা পাম্বী অমগুম মণিপুরগী মফম পুম্বদা শন্দোক্লা লৈরে।

রাজনীতিগী ইতিহাসতা য়াম্না মরু ওইবা মতাঙ অমদি রাজনীতিগী মীয়োংশিংনা তৌরম্বা থবকশিংহুনি। মীয়োংশিংসি রাদবদি নত্তে অহুবু অরাবা মরকুদা মুংঙাইবস্মু অহুম ময়াওই। মীয়োংশিংসি করিগুম্বা মতমদা মফম অমদা পুন্না লৈবদি নত্তে, অহুবু মরক-মরক্তা মিটিংদা উবৈ, মহুদা পার্টিগী ওইহ্রিবা ফিভম, অনৌবা লাল ওং, অসিনচিংবা কয়া মপুং ফানা খন্নৈ অমস্মুং নৈনৈ। ঐখোয়গী মুংঙাইজবা অমনা মীয়াম্না লুনা তৌবিবনিনা অরাং-অপা অকি-অথং থোইদোকপা লৈতে। লৈম্মুং পুন্সিগী কান্নবা অমনা মানা-মানা লৈরুবা মফমহুদা পার্টিগী কেদর নত্রগা সেল শাগংলম্বহুনি মেম্বর ময়ামসি পুন্নদি লৈতে অহুবু করিগুম্বা পার্টিগী কনফরেন্সনচিংবা তৌরবদি মহুদা ময়াম পুন্নমক উবৈ, মহুদা লৈবাক্কী ওইহ্রিবা রাজনীতিগী ফিভম অমস্মুং সমাজগী ফিভম কয়ামুক মমুং তানা নৈনৈ, খন্নৈ। অহুগুম্বা কনফরেন্স নত্রগা মিটিংহুদা, মাগী-মাগী কেন্দ্রদা তৌরুগদবা থবক বয়াম্ভ লেপথোক্লে। মুপীগী ওইবা থবক থৌরম কয়াস্মু খন্নৈ, হায়বদি মতমহুদা ওইহ্রিবা মুপীগী থাক,— সমাজগী, রাজনীতিগী অমস্মুং শেল-থুমগী ফিভম। মুপীগী মশাদি ঐনা পুবনিনা মুপীশিংগী ওইবা মিটিং অমস্মুং খন্ন-নৈনবা পুন্নমক ঐনা তৌই। হায়রিবা সভা সমিটিশিংসিদা জন-নেতানা লুচিংই, মহাক্কী লীচিঙ মখাদা তৌবা ভাক্তনি, পোলিসি প্রোগ্রাম পুন্নমকস্মু মহাক্লা শেম্বা ভাক্তনি।

মিটিং মচাশিং তৌবতা নত্তনা খুল কয়ামক্লম পুনশিল্লগা ময়াম্ন ওইবা মফমদা মিটিং অচৌবস্মু তৌই, লোয়ননা সভা কাত্রবস্মু চংলি।

ঐগী মতুদি মসি থোইদোক্লা নুংঙাইবা পুন্সি মথল অমনি হায়রনা লৌই মরমদি চমজরবা খুঞ্জা মুপা অমসুং মুপীশিংগা লোয়নননা অরা-নুংঙাইগী রারী কয়া শানবা, রাখল শেংদোক্লবা, থোইদোক্লা মথোয়না করি খল্লিবগে হায়বসুগী মওং অমা খঙবা ঙম্মি। খুঞ্জা চমুরাশিংসু য়াম্না চমৈজ, অতিথী সেবা ফজৈ, য়াম্না লোন্দিরনা লৈম্মিরৈ।

ঐগী লৈমুঙ পুন্সিদা খ্বাইদগী চাউবা থৌদোক অনিথক থেংনখি। মসু রাবসু কন নিংথিনা রাখি, অরাবসুদা নুংঙাইবসু অতুম্মক ময়াওই। অহানবা থৌদোক্তু তরেংখুল হাররিবা পাটিগী খ্বাইদগী অকনবা মকন্নি হায়না লৌরিবা মফমসিদা থোকখিবনি। থৌদোক্তু বাবদি নংখিদে। মুমিংতু ঐথোয় য়ুম অমদা মিটিং অমা তৌবনি, মচুদা মাগী মাগী লমসুগী মীহুংশিং য়াওবনি, পুম্না মীহুং ৫০/৬০ রোম্না শরুক য়াবনি। মতমসু অমুকী পুং ১০/১১ রোং তাবা ওইগনি খল্লি, তশেংবদি নিঙশিংবা থোক্তে। খুঞ্জিন্দা মী থরা ঙাক শেন্নবগী লৈবসুনা সিকাই লাক্লে হায়বগী খুদম অমা পীরকই, মসু তাবদা তিল্লিবা ময়ামসু লোইনা চংনখি, মাগী/মাগী কাঙবু নাইনা। ঐথোয়না তরেংখুন্দ চেল্লিবা তুরেন্দ্রু লাল্লগা চংলি তুং হম্না য়েংবদা তোর্বান রাংমা অসোমদা সিকাইশিংসু নোংমৈ মতোন থিন্দোক্তুনা উপ্রাক্লা হিপ্তুনা লৈবা উরে, ঐথোয় মথোয়দা অমুক হম্না য়েংলমদনা তোরবান কাখংলগা লম্পাক্তা, চীংখোঙ চীংয়াদা মুমিং তাবা ঙাইতুনা লৈরে। তুরেন্দ্রু লানবদা ফি-রোল পুম্নমক্তসু চোংলবনি, অসুবু মুমিদাংবাই হঙ্গং-হন্দা চংপদা ফিসু লোইনা কংগ্রে, মতুংদা ঐথোয়গী মীশিংনা ফি-রোল পুররুবা মতমদা ঐথোয় মকম অমদা চংলে। ঐথোয়না চংপসি অয়াম্বা মতমদা মুমিদাংদতা চংলি, অদুক মুংখিন্দদি কয়া চত্তে, অতুনা মকম অমদগী অমদা হোৎবসি কয়া মুম্না খঙদে।

অরাং মায়কৈগী পন্দুপ্তি ঐগীদমক্তদি মতাঙসিদা লোইশিল্লরে। সিকাইগা মায়রোক্লবা মুমিত্তুদগী হোৎনা মনিঙ মায়কৈ থাদোক্লমগা মখা

মায়কৈরোমদা অমুক লাক্লে। মকমদি য়াম্মি অহুবু কয়ম্বা খুন্দা কয়া কুইনা লৈয়কপগে হায়বহুদি ঐ তশেংনা হায়বা ঙমক্লে, ময়মদি অমঙস্থু ইশিলহৌবা নঙবনিনা। ঐনা ইঙয়িবা খরসিদি পুন্নিংদা লৈহৌবা খরহুতনি। খল্লুরগা হৌজিক্তে নিঙঙমদবা পোল্লকই,-অহুক মমল য়ামথ্রবা পুন্সিগী তাঙ্কক অমবু ইয়ায় লায়না কাউথোকপগীদমক, অহুবু থম্মোয়দা লৈহৌবা কাউঙমদবা থোদোক খরহুদং পাউদমজরিবনি। ঐখোয়না চংখিবা মকমশিংহুগী মমুংদা মরু ওইবা অনিথক্তংগী য়া পঙ্গগে ময়মদি মকমশিংহুদনা খরা হেন্না শাংনা লৈখি। ঐনা শাংনা লৈখিবা মকমশিংহুগী মমুংদা অমনা খাঙঙবোক্সি, অতোপ্পহুনা অল্লোনি।

খাঙঙবোক্তা ফনা শাংনা শৈরম্মি। ঐ ইতোমতা নস্তে কমরেড (মরুপ) অমগা লৈমিন্নবনি। ঐখোয়না লৈরিবা ইমুঙহু লমহুগী মচীন চংপা মী অমগী য়ুম্নি অহগী মথক্তা মখোয়গী ইমুঙহু চাবা থকপা য়াম্ববা অমস্থু ওইরম্মি। য়ুমুরেম্বীহু শজোম অফম্বা য়োনবীনি। মহাক মুমিং খুদিংগী থৌবাল কৈথেল্দা শঙ্গোম য়োনবা চংলি। অমুক চাকঙন চারগা চংখিবহুনা ভুমিদাংয়াইরম মুমিং তানিঙ-তাম্না তৌবা অহুরায়দা কৈথেল কুমকই, শুবা নোম্বা য়াম্না কল্লি অহগা কমরেড ভুপাহুদি থবক ইথাঙ কয়া মুবা উদে। ইমুঙহুদা লৈবগী মুংঙাইবা অমনা, মুমিং খুদিংগী শঙ্গোম মপাল অমস্থং অফম্বা চায়। ঐগা লৈমিন্নরিবা কমরেডসিগী মমিঙ ইবোতোম্বী কৌই কৈশামথোংদগীনি, মহাকপু ময়াম্না (কোটো তোম্বী) হায়নস্থু খঙনৈ ময়মদি মহাক অহানবদা কোটো নম্বগী থবক তৌরম্মি হায়। মহাক্তি চাক ইঙ্গাং থোংবস্থু কয়া তনগন্দে, নোংমদি মহাক্তা য়াম্ন হাউহনগদৌরিবনি হায়হুনা লফু ইরোম্বদা শজোম মপান্দ্র থাকচিন্নে, ময়ামহুদি হাউই হায়হুনা অহুম মচায় ঐদি চাকম খঙদে, ঙারি থাকপগী মহাউত্র খঙন্দ্রে শজোম থাকপগী মহাউত্র খঙন্দ্রে, অহুবু মানদি থরায় য়াওনা তৌজরিবনিনা হাওই হায়হুনা অহুম মচারে।

তাইবুংঙো তোম্বীসি শজিংস্থু কয়া ফত্তে, মহাক্না ম্না ঙাংবসি ফজনা ঙাংজরবস্থু অভাবা মীনা শাউরবোইদা মথল্লি, থবায় য়াওজবগী জাতি করি অমুক হায়গনি ম্না ঙাংবদা মতিন মথা হেক তাবা মথৈ ঙাংলিবনি, মহাক্না থবায় য়াওবা অহু উবদা ময়াম্না অহুম মুংশি তাস্থু অহুম মতায়। অমনা তাদ লাইশ্রম কাহ্নাই হায়না থঙনবা, সেগা লক্ষ্মী জেলর নৈরক্রুগীহুস্থ ঙাংবা শকপ। তাবা য়াম্না মুংঙাই মহাক্নীদি ইন্সৈবাক্নীদমক থবায় থাজগে হায়বসিনা মরু ওইবা রাফম্নি অ. না মহাক্নী ম্না ঙাং খুদিংদা 'কুরবান' নত্রগা 'বলিদান' হায়বসিমদি শোযন্তবনি। মহাক মশাস্থু আই, এন, এ. য়াওবা মীশক্নি। আই, এন. এ, গী তাম্র পত্রস্থু ফংখি থোইদোইক্না চংঙাইবা অমস্থুং মুংশিজবা রাফম অমনা, লৈমুঙগী পুন্সিদা য়াওরিবা মুপীসি ঐ ইতোম্‌তনি, অহুবু কনামতনা ওইদবা, নত্তবা রাখল অমত্তা থন্নদে মচন্দ মচন মচেদ-মচেদোনা খৈম্নে, মসিমদি ঐনা পার্টিগী থোইদোক্না ফজবা লমচৎনি হায়না লৌজে। ঐখোয়না করিগুম্বা মফম অমদা নৈবা হায়বসি য়াম্না খুদোংথীনিঙডাইনি, মরমদি সি, আই, ডি, রিপোর্ট হেক ফংবগা মফমত্তুদা খুলায় পায়বা সিফাই হেক্তা লাকপনি, অদুনা ঐখোয়না মফম অমদা মতম থরা কুইনা লৈতে। করিগুম্বা মতমদা সহরদা লাকপস্থু ময়াওক্ত অহুবু মফমসিদদি ঐখোয় পংকুই কুইনা লৈতে। য়াম্না মুংঙাইরিবা অনদি অম্নম লৈখিবদগী থুঙ্গংগী পুন্সিদা হৈনবা অমা পোক্লে, করিগুম্বদা লৌবুক্তা কুমহুনা লৌ থাওবা, য়ৈবা, য়েংবস্থু চৎলি, তুরেল অমস্থুং তু-খোংদা ইঙ্গ্রিংবীশিংনা ঙা ফাবা য়েংবস্থু মচৎলি, মহুদা থোইনা চিংনবস্থু পোক্তে। অমরোমদা থুঙ্গংগী চম্নবা অমস্থুং কোমথোক্লবা পুন্সিহুদা হেম্না মুংঙাইবা পোকচরে, থুঙ্গংগী চম্নরাশিংহু হৌজিক্তি ইচিল ইনাওমক্লি থম্না লৈমিন্নরে। লক্ষ্মী লমশাং শাংনা লাক্লগা অহিং নোংয়াইদা থুংলবদা য়্নমগী মৌহুনা হৌগত্তুনা চাক থোংহুনা পীজগনি. লাম্নবনিনা চারিমথৈস্থু হাউরে, য়্নমদা ইমানা শরেং-ঙারেন থোংহুনা পীজবদগী মহাক্নী

কাংশোইহনা হেন্না হাউখ্রে,—ঙসি কাওবা কাউবা ঙমজ্রি। অসিগুম্বা মীয়োক মীচান কজবসি খুন্নংগী মীওইশিংদা অমসুং ইমুণ্ড কয়াদা কংখি, ময়ামহবু ঐনা মশক মমিঙগা কোন্না শীংথাক্লবদি ঙমজদ্রে,— অহুগুম্বা মী-মুংশি খঙবা অমসুং লৈবাক্কীদমক অরাবা থাঙলিবশিংহবু মুংশিবা উৎপিহনা মতেং পীবিরিবা মীওইশিং অহবু, ঐনা ঙসি কাওবা কাউজজ্রি লোয়ননা মখোয়শিংহুদা তৌবিমল খঙবসু উচ্চরি।

চৌংগী লম নত্তনা তমগী লমদদি ঐখোয়না য়োদবা অমসুং লৈরুদবা মফম য়াওরমগনি খদ্রে। ঐগী মতুদি অসিগুম্বা রাজনীতিগী মীয়োংশিং-সিদি মশানা লোংচবা নত্তে, প্রজা মীয়াম্না লোৎপিবনি, মরমসিদগী লম চাউবা পিকপগী রাকম করিসু লৈতে, প্রজানবু য়ারবদি মফম পুম্নমক ঐখোয়গী লৈকম ঙাক্লনি। মতাঙসিদা রাহং অমা থোরকই, মতমহুদা ঐখোয়বু মীয়াম্না অহুক রারিবা করিগীনো? রাহংসিগী পাউখুম য়াম্না পাম্না পীবা তারবদি, 'জন-নেতা ইরাবত' কী মঙাম্নিনি হায়বা তাই। ঙসি কাওবদসু ঐনা থাজরি অমসুং হায়জরি,—তশেংবা লৈবাক্কী লুচিংবদি ইরাবত মতোমতনি।

রাজনীতিগা মরী লৈনবা রাকম খরদংসু পঞ্জনিঙঙি। ঐগীদি রাজনীতিগী গুরু ওইরবা ইরাবতগী তমজহৌবা রাকম অমা'নিদং হায়জগে,—লৈবাক্কীদমক করিগুম্বা খবক অমা তৌবা তারবদি, তৌগ-দৌরিবা খবক্কু করিনো, করম্না তৌগনি, করিগীদমক্নো, অসির্নচিংবা পুম্নমক প্রজাদা গুপাইন হায়হনা খঙহনগদবনি, মরমদি প্রজানা য়াদবা খবক হায়বসি কদৌঙৈদসু মায় পাকপা ঙমদে মহুগী খুদম ঐখোয়না পৃথিবীগী বিপ্লবশিংদগী ফংগ্রবনি। খুদম অমতং পঞ্জরবদা রুশিয়াদা থোকখিবা, ইং শোক ১৯১৭ ওক্টোবর বিপ্লব হায়রিবসি পৃথিবীগী মনুংদা অচৌবা অঙনবা অমা পুরকখিবা বিপ্লবনি। হায়রিবা বিপ্লবসি নিংথৌগী মায়য়োক্লা অমদি শেঙ্গাও পায়বগী মায়য়োক্তা তৌখিবা বিপ্লবনি,

মসিদা লুচিংলিবনা লেনিন্নি। অদুবু অসিগুম্বা চাউখ্রবা বিপ্লব অসি মীয়ামগী অয়াবা য়াওদনদি মায় পাকপা ঙম্বা নত্তে। ময়মসিদগী ঐখোয়না করিগুম্বা লৈবাক্কী ওইবা অওনবা অমস্তুং অফবা খন্না তৌগে খল্লবদি মতু মীয়ামদ। ফজনা ভাব তানা খঙহনবা অমস্তুং মখোয়গী শৌগৎপা নক্লগা অয়াবা লৌবা তাই নক্রবদি আন্দোলন নক্রগা বিপ্লবতু মায় পাকপা ঙমদে। অসিগুম্বা য়াজনীগী রাখল্লোনসি জন নেতানা ফজনা তম্বিরম্বদগী ঐখোয়না ঙসি কাওবা কাউদ্রি। অমরোমদা প্রজাবু কিহন্দুনা য়াহনবদি কয়া কান্নবা ফংগদে।

জন-নেতাগী রাখল্লোল অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লিবদি, করিগুম্বা অচৌবা মীয়ামগী ওইবা ঈছৌ অমা শাগৎপা তারবদি মীয়ামগী মতেং লৌদবা য়াদে হায়বসিনি হায়বগী অর্থদি তৌগদৌরিব থবক্তদা মীয়ামগী অয়াবা লৌদবা য়াদে হায়বসিনি। মীয়ামগী মতেং য়াওদনা অমস্তুং অয়াবা য়াওদনা করিগুম্বা বিপ্লব অমতা মায় পাকপা ঙমদে। অমরোমদা মায় পাকপা ঙমহৌত্রবা বিপ্লব অদুদি মতুদগী মচেৎ তারকপা নক্রগা কায়থরকপহনা অয়াম্বা মতমদা মীয়ামদা খাঙঙমদবা চৈথেঙ অমা তত্তনা পী, হায়বদি লৈবাক্তা ঈরাঙ য়াম্না থোক্লবগী মরম ওইরকই। মসিগী মরমস্তু লৈতবা নত্তে, করিগুম্বা অচৌবা থবক অমা আশা চাউনা পারম্খৎলুরগা কায়থরকপহন্দা, রাখলগী পোত্থাকম খঙহনকহনা থেংউ-থেংউবা, উক্ল-উক্লবা খুদিংদা তাইনরকপা হায়বদি, হয়ান-চিম্বী, ফুন-চৈনবা, হাৎন-শুনবা, অসিনচিংবা খাঙঙমদবা থৌদোক কয়া থোকই, মসিমক্লা মরম ওইনা সমাজদা থোকহল্লিঙদবা থৌদোক রাখোক কয়া থোক্লকই।

ওম্বোকপা হায়বতুনি, সমাজগী তোকঙা হায়বসিম্ব হায়বদি ওইদবদা অওইবা ওইনা শাগৎলগা ঙাংবা কয়ামস্তু থোরকই, অদুবু অদুগুম্বা

ওইদবহুদা থাজবা মীওই কয়া'মত্থ লৈ। মতমহুদা হায়বদি ইয়াবতকী যুগসিদা য়াম্না তোয়না শন্দোক্লিবা তোকঙাদি,—'কম্যুনিষ্ট পার্টিদি মী চায়' ইয়াবতদি শায়োন য়াম্না ওনবা ঙম্মি,—'মুপী শায়গা চংলি, অশিবা শায়গা কু মমুঙদা হিগুনা চংলি, অসিগুম্বা প্রচারনা পিক থল্লি। ওইদবা ঙাংদুনা মীবু থাজহনবা ঙম্বা হায়বসিস্থ চাউপ্রব কালা অমনি হায়দবা ঙমদে। থয়া নহা ওইবশিংনা ইয়াবতপু 'খুড়া ইবুংঙো' কৌই অদুগা থয়া অহল ওইবশিংনা 'তাইবুংঙো' কৌই। মহাক্তি লুচিং পুরেম্মিনা ময়ামদগী থয়া হেন্না চোকশিম্মা লৈ, মীস্থ পংউন-উম্নবা য়াদে। কঁরি অমুক হায়গনি মহাকসি মিত্রং হৈ পাইদুনা চংপা ঙম্মি হায়বা ফাওবা হায়নরিবনি। অদুবু মসি পূম্নমকসি মীওইবগী কল্লক মিহৌ চাউবদগী থোকপা ঙাক্তনি হায়নিঙঙি।

অসিগুম্বা রাজনীতিগী মীয়োংশিংসি মফম অমদা কুইনা থক লৈতে হায়বসি মমাঙদস্থ হায়জপ্রবনি। হোংলিবসিগী মরমস্থ লৈতবা নত্তে, লৈরু লৈরুবা মফমদুদা পার্টিগী নিয়ম নীতি তাকপি তম্বিরম্বা ঙাক্তনি, শয়া হায়রবদা ধর্ম্ম শন্দোকপগুম্বনি। রাজনীতিগী লৈরিবা দল কয়াসিদগী অম্নাবা থাঙবদি লেপ্তিস কাঙবুসিনা কয়া হেন্নমগনি থল্লি। মরমদি মতম পূম্বদা মখোয়দি সরকারদুগী অশোয় অঙাম অয়াল অদুই থিন্দুনা তাকপনিনা। য়াম্না মরু ওইবা রাফম অমনা সরকারগী মায়োক্তা লৈবা দল অদুদদি প্রজাশিংস্থ ইয়াও য়াওনিঙদে মরমদি মদুদগী ওইজ-ওষ্টথকসি ইফং ফংদবনিনা, অদুগা থোইদোক্না মরু ওইবা রাফম অমনা মখোয়সি মীথলদ কাবা কয়া ঙমজদে মরমদি শেল পায়দবনা। হৌজিক মতমগী মীথল হায়বসিদি শেনগী মথা পোনবনি, কম্যুনিষ্টতি লায়রবা পার্টিনি, শেনক্তা-থুমজাস্থ লৈতবনি, মরমদুদগী মখোয়দি মীথলদা কাবা ঙমদে, কারবস্থ পায়বা ঙমদে। সরকার পায়বা ঙমদে, শেল পায়বা ঙমদে হায়দুনা প্রজানা পার্টিসিবু কয়া থোশাবিদে।

# ৬

ঐনা লৈনুঙগী পুন্সিদা লৈরিবৈদা অনিশুবা থেংনবা খুদোংথীবা অমনা খাঙঙবোক্লা, উয়ুমপোক্লা, তশেংবদি নিঙশিঙব্রে, অনিহুগী মরুঙদা অমদি ওইরে। নোংঙ প্রমদাই অমনি, ঐখোয়না লৈরিবা য়ুমহুগী য়ুমলোম্নবহুনা সিফাই লাক্লে হায়রহুনা পুমলাঙ লাঙখি। ময়াম লাঙনবহুদা ঐখোয়সু তুমলুবদগী ইঙাও ঙাওনা হৌগৎলকই, অহুদগী অফিং-অকাই ওইনা মপাল থোরকপদদি খুংলায় পায়বা লাস্মীরা, সিফাইরা খঙদে ময়াম অমা লেপ্তুনা লৈরম্মি, কমরেড অমগা ঐগা মরক্তুদা লিংথোক্লগা থোরকই, মখোয়দি ময়াম লাঙবহুদা খঙহৌরমাল্লে। নোং ঙানবা ঙাইরগা অতোপ্পা মফম অমদা অমুক হোংলে।

পার্টিগী মীশিংসি মানা/মানা চৎনিঙবা নত্রগা লৈনিঙবা মফমদা হেক্তা চংপা নত্রগা লৈবা য়াদে, পার্টিনা পীরকপা পাউতাক মতুংইন্না লৈবা তাই। পার্টিনা পীরকপা পাউতাক মতুংইন্না ঐহাক অন্দ্রোদা লৈবা তাখি। ঐনা অগানবদা খঙলিবসিদি অন্দ্রো হায়বসি নোংমাইজিং চীংখোঙদনি হায়বা অসিমতনি। মফমসিদগু অমুক খুদোংথীবা অমা থেংনরে। মুমিত্তু পার্টিগী মিটিং চুমিৎনি, মী ৫০/৬০ রোম তিল্লি। অয়ুক্তী পুং ৭/৮ তাবা অহুবাইদগী হৌবনি, জন-নেতানা রা ঙাংই,— পৃথিবীগী, ভারতকী ওইরক্লিবা রাজনীতিগী ফিভমদা। ময়ামহু কনাম্নু চেক মোক লাউদনা তুমিন্না তায়। অয়োনবা পাউ-মীসিদি মফম খুদিংগী লৈবজাৎনি, মরমদি ঐখোয়না অন্দ্রোদা মিটিং তৌই হায়বসিবু পাউপীবা মী য়াওদনা করম্না খঙগনি। পুং ৯/১০ অহুরাইদা সিফাই লাক্লে হায়বগী পাউ হেক্তা কংই, অহুদগীদি মহৈ/মহৈ, মাগী/মাগী মপোৎ মচৈ পায়নরগা চীংথকলোমদা অহুম চৎনখ্রে। লৈফম অমসুং লোৎফমগীদি য়াম্না মুংঙাই চীংথক্লিনা ঐখোয়নদি মখোয়বু উবা ফংই অহুগা মখোয়নদি ঐখোয়বু উবা ফংদে। ঙসি কাওবা কাউদ্রি থোদোক্তুদা ঐগী য়াম্না ফবা পঞ্জাবী

লৈরগনা কমদোনা লৈগদৌরিবা।" মুও অনিগী মমঙ্কা হানি, কয়া কুইনা ঐনা মমদা লোত্তুনা লৈগনি, পূম্মক্কী মথক্তা। ঐখোয়গী য়ুমদি থ্বাইদগী হেন্না মী তিনবা য়ুম্মি। অমরোম্মদা হল্লকমিন্নরিবা ঐখোয়স্ব অমগা মগা শে-মাই হায়নবস্ব ফংদে, সি, আই, ডি, না মরোল 'মা হুমা হুমা থিহুনা লৈরে, ওস্থোকপগী ফিভম্মি, ঐখোয় ননিঙস্থ নমাঙস্থ, তেনগী-তেন ঙাক্কা 'হায়বহু তারে।

ঐখোয়গী থ্বাইগী লুরিবা রাকম অমন, ইমাসি অহল ওইশিল্লকপা, মতোমতা ঙায়বা, য়ুমদা মহাক্কা লৈমিন্নবা কনা'মতা লৈতবা অসিনচিংবা ময়ামসি থল্লুবদা ঐস্ত পুক্লিঙদদি লৈতাবা ঙমদে। য়ুম থাদোক্তুনা চংলিঙৈদদি য়ুমগী রাসি শুকখনবু থল্লুদে হায়বা য়াই অদুবু য়ুমদা হল্লক্তুনা লৈরসিদদি য়ুমগী অমুক থনবা হৌরে। ইমানা ওইরিবা ফিভমহুদা ঐনা মহাকপু হুন্দোক্তুগা চংপা হায়বসি ঐঙোন্দা অরাব'মা ওইরে। ঐগী ইমাহুস্ত থবক্তি য ম্না কবা জাংনি, ঐনা হল্লকপদগী নোং চেক ঙানবদা, মহাক্না বাঙ্গালী মুপা অমা উন্নরুরে, মহাক্তু ঐগী ইপাগা তিন্নরম্বা মীনি। মতমহুগী ইস্কাল থানাগী এস, পি, ন্থ পালিত হায়বা বাঙ্গালী অমনা ওইরম্মি, অহুনা ইমানা বাঙ্গালীনি হায়জিল্লগা রারী শানহনবনি। অমুক চংপগী থুদোংচাবহুস্ব ফংত্রবনিনা ইমানা হায়বহু য়াবা তার্মম্ম। ঐনা হল্লকপা মুমিং হুম্মি শুবদা ঐখোয় পূম্না মুমিদাংদা এস, পি, গী বাঙ্গালাদা চংলগা উম্নরম্মি। হৌজিক্কদা নিঙশিংলুরগা নোক্লিঙঙি, মতম কুইনা থ্বাইরম্মদ কৈথেনসি চংলুত্রবনিনা চংপা হৈত্রে, মীগসি পংথেংদা থেঙ্গাইনৈ অহুগা চংলিব মীশিংহুস্থ ঐঙোন্দতা য়েংলবোই নিংঙি। এস, পি, গা ঐগা উন্নরে মাস্থ হংবা য়াবা মথৈ হংলে, ঐস্থ থুস্বা য়াবা থয়মথৈদি থুম্নে, অহুগা অয়াম্বদি 'থঙদে' হায়বনা অয়াম্বনি। ঐনা থঙদে হায়বহুনা য়ামনপ্রহুনা কান্নত্রে হায়না থন্নমাক্লে, মমৈথঙদা চে অম:সহি ভৌরগা থাদোরক্লে।

থৌদোকসিগী মতুংদগীদি ঐহাক তশেংনা পার্টিগী চণ্ড-চণ্ড লাউবা মেম্বর অমদি ওইজত্রে অহুগা পার্টিবু মুংশিজবদি ঙসি ফাওবা মুংশিজরি, পার্টিগী থবক থৌরম কয়াদা ঐন অঙম্বা মতেং অহুম পীজরি। মতমসিদা ঐহাক ঐগী হান্নগী থব ঢ্ হিঞ্জিন্নবমু হোৎনৈ. মহুগা লোয়ননা প্রাইভেট-নচিংবা.থবা ভম্বিহুনা শেল থবা তানবা, মুপীগী সংস্থান থম শেমহুনা মহুগী থবক থবা তৌবা. ময়ামগী শেমগং শাগৎপগী থবক থবা অসিনচিংবদা মতম থবা লেম্লে। মতাঙসিদা ঐনা তশেংনমক হায়বা অরবদি.—ঐসি রাজনীতিদদি মপূংফানা মায়থীরবা মীশক অমনি হায়না লৌজরে।

অয়ুক অমনি ঐদি য়াহৌম্ন থবা থেঙগল্লি. অহুগা লৈবমু ঐদি মথা শঙোই অমদা লৈ। অয়ুক য়াম্না ঙল্লিভৈদা ঐগী থোঙদা ভেক-ভেক কাপ্পকই, কনা কনানো হায়হুনা থোঙ হাংদোক্লুনা য়েংবদদি, নোংমৈ পায়বা সিফাইনা পূমকোয় কোয়শিন্দুনা লৈরম্লে। ঐবু ফাবা লাক্লিবা এস. আই. হু ঐগা য়াম্না মুন্না থঙনবা মীশক্লি, মহাক শিনকমভবু সিফাই ওইজবনি অহুগা মশামক্তি অচৌবা কলাকার অমনি, লমাবম যাহুমনি, হায়বহুনি। মানা ঐবু হেক উবদা য়াম্না হুঙোইনদবা মও দা হংথি.—করিগীদমক য়াওক্লরিবনো, করিনো তৌরিসিবো? ঐগী লাইরিক হাপ্পা উপুহু ফাক্তুনা য়েংলগা হায়রকই,— করিগীনো, 'সিগুম্বা লাইরিক ময়াম-সিনা. 'সিন ননে ফাও হায়রিবসে।' ঐনা বাহং অমথক্লংদি হংথি,— করিগীনো ঐবু ফারিসিবো, ঐদি পার্টিমু য়াওত্রবনি। মহাক্না ইয়াম্ন হেক লায়না থূমদোরকচ,– 'হোয়! ইবেম্মা নঙগী চিঠি মচা অমা ফারকপা মীশিংদগী ফংই হায়নে, করি তৌনগে হায়হুনা য়াওক্লরিবনো। লাকও লাকও চৎলসি, থানাদা রা অমা'নিদং ঙাংনক্লরসি।' ঐদ থঃদবনিনা মরুপ মপাঙগী ভাবতা হায়ক্লই– 'ঐ কোম্না লাক্তে চৎলম্মো।' মানা ফাগি ওইনা হায়খি,– 'নঙনা রিক্সা ভাম্না তিংহুনা করি কাম্নগনি, ঐগা গাড়ীদা হেক্তা চৎমিন্নরসি' ঐ ভাব তারক্লে, পুলিসকী গাড়ীহুদা কাথংলে, থানা য়োমদা চত্রে, জেল লোমদা অহুম থাজিল্লয়ে।

ঐনা জেল চংবসি তশোংবা চহী অমত্তুং আরিথত্তি থম্লে অহুম ওইবগী শোক ১৯৫০-৫১ দা ওইরম্বা য়াই হায়না থজি। অসিগুম্বা মরু ওইরবা থৌরোক অমগী শোক অমত্তং তাক্লিথ থজবা হায়বসিনু ঐখোয়দি কোয়কোক্লা জেকশিন্দবা হায়বত্তুনা ওইরমনি, হৌজিক্কুদা মিঙশিংলক্রা নিঙতমবা পোক্লকই। অতুবু ঐনা জেলদা মতৌ করম্না লেনবগে হায়বগুম্বদি হায়রগে। মতমত্তুদা ঐনা লৈকরিবা জেলসিদি, মীনা হায়নবা 'জেল' সিদি অমম্বা সংসার অমনি হায়বতু চপচানা ওই। কাহু মুশীগী কানি হায়, - মতুদা ইতোমতমক লৈ, অহিং-মুংথিল অমিমক থোঙ লোন্দুনা লৈ। য়ার্ডেন হায়রবদি (তকাদার) অমথক্তং লৈ, মহাক্তু কৈদাঙকোংগী কমুই নিঙোম্মি, মাগা ঐগতনি কাহুদা লৈরিবা, কমি য়ারীবু শাকনি। মানদি হংখি, -করিগীনো মতনা জেলদা লৈরিসিবে? ঐনা শম্না—'কৈনু তৌরুদে' খুমখি, মতুনা লোইরে। মতমত্তুদা ওইরিবা জেলগী কিতমত্তুদি নরক-নরক হায়বনি। কাংথোক্দু মথোখ মখি পাজি হায়বত্তুনি, মথক্তা উপাক ১/২ ময়োনসু য়াওদে, কম্বল অমা, মতুনা লোইরে। অতৈ কি-য়োল পুন্নমক্তি পুজরকপা ঙাক্ননি।

মতমত্তুগী চাক এম্বাংগী মতাঙতুদি করি অমুক হায়গনি.—অয়ুক করি, হয়ায়, সাগ,—মুমিদাং করি —অমুক্তা চপ মাইয়ে। হাপ্তা অমদা ঙা থোংবা অমুক্তং, মতুসু ঙাহিং-চাহিংনা য়োংপা য়াদে। খবর কংদে, লাইরিক কংদে. মপানগী ভাইবংগা মরী অমতা লৈনহন্দে, পাটিগী মীওইশিংগা ঈ-পাউ ফাওনবগী য়াদি লাপ্পা থমগ্রত্তুনা। মসিদগী ওইবা ভাই,—'জেলবু অমম্বা সংসারনি' হায়রিবসি, মুমিং থোকই মঙাল কংদে, থা থোকই থাবল উদে, অমদগী অমম্বা ঙাক্তা উদে মঙালগী মরিক অমতসু। য়ার্ডেন মুপা অহল অমা লৈ, মহাক মথোল মরা য়াম্না চাউই, মবুক মপাউ ফত্তবদি নত্তে লাইরিক লাইগুদি কয়া য়ৌনা হৈবা মংলে, মহাক্না মপানগী থোঙ-জাওহু পারবনি। ঐগীদি থোইনা

ইরুকপার জৈত্তে মরমদি কা মরুওদা লেত্তদনা লৈবন্নিনা, অদুগা দুপী রার্জেনত্থদি মরমদা চাক চাবা চংকদবরিনা যান্না ওন্না লাকহায়িরিঙি, অদুনা দুপাদুন থোক্ত হেক হাংদোক্লকপদা মখোয় অনি ভাংনরকপা যাক্লদি ভাইদবা, হায়রইদবা রা ভাওবা ওইনা তৌই। মহাক্না থোক্ত থেত্তনা হায়লিকপা মরম্মা দুপী রার্জেন অনিমি, মখোয় অনি শিরকনি, অদুগা শিরগদৌরিবা দুপীদু লাক্তুবনি থোক্ত হাংদবনি, অদুন মখোয় অনিম থেত্তবা ওনবগী রাসি য়াম্না ভাংনকা-অাংবনি, ঐনা মরোল খওদবগী রাওনি। অমুকন্থ রার্জেন অনিস্থ মান্নত্রি, অমনা— নিবা চাম্ন অমত্না চাদে। অচাবীদুনা থন্না—য়ৌ-য়ৌ তৌই, মপাস্থ থন্না মেংলি অদুনা অমত্থনা নিবাস্থ চান্দে, মপাস্থ মান্নি। ভাংগনবীদুগী মমিত্তনা তোত্নী কৌই; মত্তোন্না ইমাম্মা মরক মরত্তা ভা অতাউবা হেক হেক পুরকই। নহাক্না থন্না চাঙ্গোক্লগা পুরক্লিবনিস্থ খত্তদে। জেলদা লৈরিত্তোসদা ঐগী হথো হাক্লবু, নোং হেক ভানবগা চীম-না লেংদোকপ। লোইরগা ঐগী লুবুমগী মিহুংথোত্তদু লাম্নথনলেদা রাবদু পায়দুনা কথা; জেল মমাত্তদা পয়েংশনা হৌরিবা কৌথিলত্য। পাম্বীগী ঘমাশিংদুনা থুংশিন্না লিমি হল্লকপদা অগোই শারিবদু ঙৈহাক য়েংবা, থোইনিং লাবা অথোম্না কৌথিলত্যা মপাল চুম্পগী নিংভাই শংদামদুনা রারোমবদগী মায়কৈ তোথা পাইন-থিবা, মদু ঙৈহাক য়েংলুরগা পুক্সিত্তদা হুংশিবা অমত্থং মৌক্সিত্তবা অমদি কাওই অদুবু ইতোমত্তনিনা কনাগা লোকমিন্নগমি। মহুদগী ছইরকপদা শপাই মথত্তা লেম্নিবা সিকাইদুদা অমুক য়েংই, মাস্থ মোংমৈদুমা পায়রগা তুম্মিম্না লেম্নদি কনাগথু রামী শাম্পনি, মহাকস্থ মাগী পাঙ্গি ভাইমিবনি; অমা লাম্নগা শিন্নবা। অস্থুম্না মকমদুদা লৈরিবা মী পুরমস্থ অমা নত্রগা অমা ভাইনবা ভাক্তনি, ঐন্থ ভাইরিবনি ঐগী মতম লোইদুনা জেলদগী থোকপা।

অস্থুম্না লেনবা পুন্সি মরেম্নি জেলদা লৈরিবসে নোং ভানবদগী

মিহুৎ-খোঙদা তোংহনা লৈবহুনা পুং ১১/১১'।• য়োম তাব্রকপদা পুজারি কাদোক্তুনা চাক চাকলুক অমা থিজিনক্লগনি, মহু চারগা কমুঙদা অমুক তুম্লনি মুমিদাংবাইরমগী পুং ৪/৪।।• য়োম তাবদা লাই লূক অমুক থিজিনক্লনি, মহু চানিংলগা চারে, চানিঙজ্রগা হোয়েল মুমিদাং চাননবা থম্লগনি, মহু চারগা অমুক তুম্লনি। কাদোক অতৈদি থবক অম্ম শুহনবা জাংনি, মুপাশিংস নোং ঙানবদগী থোক্লগা থবক শুরুই অহুগা মুপীশিংম লংচাক চাকপনচিংবা তৌহনবা জাংনি. ঐতনি থবক শুক্রিবা। তৌবগীবুদি রাজনীতিগী বন্দিগা হয়ান-চীপ্তি তৌরুবা অমম্লং মী হাংলুবা মীওই অমগা চপ মান্নবা থাক্তা থম্বা য়াদে। মরম অহুনগী মতমহুদা লৈমিম্লরম্বা পার্টিগী মেম্বরশিংনা 'রাজনীতিগী বন্দী অমগুম তৌবিগদবনি' হায়না দাবী তৌখি। মহুগী কল থরদি কংদবা নত্তে. হৌজিক্তি জেল মনুঙদা পাউ-চেনচিংবা পীরে, শাম্ন-খোংনবগীদ লাইব্রিক লাইশু পানবগী খুদোংচাবা থম্লথৈথি কাওবদি লৈরে হায়না খল্লি। তৌবগীশ্র জেল হায়বসি করিশুম্বা কত্তবা থবক অমা তৌরম্লগা মহুগী কল কুইনা কাজিন্দুন থম্লবত্তা নত্তে, মহুদা লৈরগা মাগী হাক্লগী লৈরম্বা কত্তবা থবক অমম্লং রাখল মম্লামহুস্ হোংহনবনি, লোয়নন কত্তবা মীওইহুবু অফবা মী অমা ওইনবা শেমদোকপনি, শম্মা হায়রবদা অনৌবা অফবা লমচং অমা শেমদোকপিবনি মসিগী খুদম অমা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ভি: সান্তরামগী দো আখেঁ বারহ হাত' হায়বা ফিল্ম অমা য়েংখি, মহুদা কাদোকশিংবু কয়ম্লা শেমদোকদগে হায়বসি ফজনা উংলি. মমৈথংদদি কাদোক ৩/৪ হু অফবা মী অমম্লম ওইনা থোকখি। অম্মুম্লা জেল হায়বসি করিগীদমক লিংল্লিমনো হায়বসিগী অর্থ মুম্লা থঙ্কম থোকই।

অম্মুম্লা ঐনা জেলদা লৈরকপসি ফনা য়াম্লা কুইরে চহীরোমদা য়েংলুরগা ১/২ ওইরমগত্রা কয়াদি শেংনা নিঙশিংজ্রে। শোক ১৯৫১ দনি.

নোংমদি খঙহৌদনা রার্জেন মুপাহ্নুনা কৌথোরকই. অমুকন্থু ফাগি তৌরকই. 'লেঙথোকপিরোনে'। জেলদগী থোরক্লিবহু ঐ ইতোমতা নত্তে. ঐথোয় ফনা য়ান্মি। চংলিবা ময়ামহু মশক্তি লোয়না খঙনবা ঙাক্তনি অহুবু রাদি অমত্তা ঙাওনদে তুমিন তুমিন চংনৈ। লখীদন্থু মী ফনা য়াম্না য়েংনবগুম তৌই. ঐ ভাবতি কয়া তাফাত্রে। দরবারগী ময়ায়হুমক্তদনি ঐথোয় ময়াম কাঙলুপ অনি থোক্লা ফম্মি। মহুদা বিচারপতি ওইরিবহুনা ই. পি. মুন হায়বা সাহেবতুনি। মসিনা তাকপদি মতমহুদা ভারতসি নিঙদি তম্নে হায়, অহুবু সাহেবতি লৈরি।. মহাক্লা ঐথোয় ময়ামহুগী মিং পরেংহু পাথোরকই; অহুগা মাপী/মাপী ময়ানগী মতুংইন্না বিচার তৌই। থাদোকপা য়াবা মীনা থাদোকই, য়াদবা মীনা ফাজিল্লি। থাদোকপা য়াবা ময়ামহুগী মরক্তা ঐসু অমা ওইরে। ঙসিদি ঐ অমম্বা সংসারদগী অঙানবদা থোরক্লে।

ঙসিসি থাদোক্লনি হায়বা খঙব্রা করিনো খঙদে. ইমাহু জেলগী থোঙান্দা ঙাইহুনা লৈরম্মি। জেল মনুঙদা চঙলগা ঐগী ফি-রোল থরহু লৌরগা ইমাগা ইবানি য়ুমদা লাকখিরে। ঐ য়ুম য়ৌরগা করি তৌগদগে খঙদে ফমুঙদা লোংনা হিপলগা খল্লি, ঐহাক হৌজিক করি তৌগনি. থবক হল্লিনবসু পাক য়াগদবা মাপ্সে. শিনফম অতৈসু হৈত্তে, ইমানা নহা ওইহুনা কোয়চেন চেন্দুনা ঙ-নোমগদবসু নত্রে. ঐ করম্না পুন্সি লেনগনি! পুন্সিগী অহানবা তাঙ্কী লানফমদি ঐ ফজনা মায়থীহৌরে অনিগুবা লাঙ্গঙসিনা করি ওইগদৌরিবা, মায়থীগদৌরিব্রা পাকদৌরিব্রা? ঐনা পামজবদি ঐগী হায়গী থবক তফাম্না। স্কুলদা কেরাণী নত্রগা ওজাগী থবক্তুনি, মসিগীদমক ঐনা হোৎনদবসু নত্তে, ঐনা ঐথোয়গী হেড মাষ্টরদা কয়া হায়জৈ মরমদি মহাকসি মবুক মপাউসু কৈ, অহুনা মথক্তা মহাকী ছাত্রী ওইনগা হৌরকপনিনা থরসু মুংশিবি। অহুম্না ঐনা অহিং-মুংথিল থাক্তনা হোৎনজবদগী উচিন নাচিম ইং শোক

## নিংতম্বংলক্লি তসিদা

১৯৫৩ গী জুলাইদা ঐ ওকাম্নাদা ওজা ওইনা অমুক হন্জিল্লে। ঐগী হান্নগী মরুপশিংপাওশিং, খোইদোক্না ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নরকপা ইমাক্নবীশিংপা উল্লজবদা খোইদোক্না হুংতাইজবা পোকচখি।

ঐগী পুন্সিগী খোঙচংসিনা অশুম্বা মাম্লনা চত্তবসিনা ঐবু ১৯৪৮ দগী ৫০ গী মরাক ওইরকপা শিমাবুনা ঐনা রাজনীতিগী পুন্সিনি হায়না লৌজরে, মরমদি হাংদরিবা মতমসিগী মগুণদনি ঐনা রাজনীতিগী মীয়োং, জেলদা লৈবা অসিনচিংবা কয়া খোকপ্রিবসি। মতুং তারকপা ইং শোক ১৯৫৩ দগীদি অমৌবা পুন্সি অমগ্গোমদা অমুক লাকখ্রে। লাকদৌরিবা পুন্সিসিদি তেজম্রবসু মহে য়াম্লবা পুন্সিনি হায়না লৌজে মরমদি মসিদা মী অমনা কংবা য়াবা অনেম্বা থাকী ওইজবসু সরকারগী অমদি সমাজগী ইকাই-খুম্নবা থরদি কংখ্রে।

## অহুমশুবা পন্দুপ

# লৈতাবা

## ১

ইং কুমজা ১৯৫৩ দগীদি ঐগী পুন্সি খোঙচৎ অমরোমদ। অমুক হোংখ্রে, হায়বদি রাজনীতিগী তঙ তাদবা পুন্সিহুদগী ঈথৈরক্লুনা ওজাগী পুন্সিদা মপুংফানা খোঙদারে। অরেম্বদা তাহুনা লৈরগদবা পুন্সি অমবু লৌখৎপিহুনা কান্নবা পুন্সি অমা ওইহনবিরম্বগীদমক ঐগী গুরু শ্রী৺হাওবম ইবুংঙোতোম্বী সিংহ, মতমহুগী তম্ফাম। হাইস্কুলগী হেড মাষ্টরবু থাগৎতবা ঙমজদে। মহাক্কী মপান্দগী ঐনা অমুক হন্না ওজা ওইনা চঙবা ঙমজরিবনি। ওজা হায়রিবা শিনফমসিমকস্থ ঐনা য়াম্না পামজবা শিন-ফম্নি মসিমক্না ঈশ্বরনা ঐবু থৌজানবিরবরা হায়না খল্লি। ঐনা ওজা ওইবা মতমহুদা মহৈগী থাকস্থ মেট্রিক ফাওবদনি অহুনা তলবস্থ লুপা ৩০.০০ দমক ফংই. অহুবু শেন্দি ফজনা তুংশিনবা ঙম্মি, মহুগী মরু ওইবা মরমস্থ লৈতবদি নত্তে মহুদি মতমহুগী হায়বদি কুনশুবা শতাব্দীগী ময়ায় চল্লকপা অহুরাই ফাওবদি, হৌজিক মতমগী শেল য়াম্না চঙবা অকে অমৌগী থবকসি কয়া কন্না চংনরমদে. কেজরবস্থ য়াম্না চন্না কেম্নরম্মি. হায়বদি থাউ মনম মুংশিবা তৈবগী মহুত্তা চেঙহী মনম হুংশিবা, ফিদা থাউ মনম চাইশিনবগী মহুত্তা ফজনা শুদোক-চামথোকপা, অসিনচিংবা ইচম চন্না হিংবা পুন্সি মওংনি। মরমসিদগী তলব খজিক্তা ফংজরবস্থ শেল মতিক চানা লেমহুনা তুঙশিনবা ঙম্মি।

ওজাগী পুন্সিসি ঐগীদমক্তদি থোইদোক্না মহয় য়াম্নবা পুন্সি অমনি হায়না লৌজরে, অহুবু ঐগী পুক্নিঙদা ফাওজবা অঙকপা অমস্থুং মুংঙাই-জবদি ঐবু সমাজনা ওজা ওইনা উবিদহুনা অ-হবী অমা ওইনা

উবিরিবসিনি, মসিদস্তু ঐঙোন্দা মপাল নাইদনা মুংঙাইবা ফাওজৈ। ঐনা ওজা ওইনা থবক তৌবদা চুম্নতগী তম্বিবগী থবক্তা নত্তনা অদৈ হীরম কয়াদস্তু ছাত্রীশিংবু লমজীংখি হায়বদি ইন্টর স্কুলগী ওইনা জগোই, ইশৈ, লিলা মচা অসিনচিংব। তান্নবদা ইবা খোংপা তম্বিবা অসিনচিংবা কয়াদা অঙাংশিংবু লমজিং লমতাক কয়া পীখি, তৌবগীস্তু মসিদগী হৌনা ঐঙোন্দা ইনিঙ-খোংনিঙবগী ইথিলদি অম্ভুম লৈবা হৌগ্রবনি। ইন্টর স্কুলগী ফেষ্টিভেল খুদিংদা তম্ফাম্না স্কুলতনা মকোক তাই, মখোয়তনা মনা লৌই, ময়ামসি শল্লুবদা হৌজিক্তা ইনৌ নৌনা পুক্লিঙসিদা মুংঙাইবা অমত্তুম ফাওই। মসিদস্তু নত্তনা মণিপুরগী মপান্দস্তু অঙাংশিং পুক্তনা এল্লকরসন-নচিংবা চৎলি, মত্তদস্তু মনা মথুম কয়া পুরকখি। মতাংসিদা পল্লনিঙতি, মণিপুরিশিংগী কলা অমস্তুং সংস্কৃতিদা হৈ-শিংবা, থোইদোক্লা তম্বিক্লবা লৈতবনি অত্তুবু অঙাংশিংত মানা/মানা হৈনজবা থবক অমমম তৌথোরকপদা ময়ামত্তুদগী অত্তুম হেল্লি, মসিনা উংলিবদি ঐখোয়গী কলা, সংস্কৃতি হায়বসি পোকপদগী লোয়নবক্লবনি হায়বসি শোয়ত্রবনি।

অম্ভুম্না ইন্টর স্কুল ফেষ্টিভেলনচিংবা তৌবদা অঙাংশিংগী স্কুপচিংবা ইবিবদগী ঐগী ইবগী হৈনবীসি অম্ভুম লৈগ্রবনি। ঙসি ফাওবা কাউদ্রি ইং কুমজা ১৯৫৭ তা রূপমহল থিয়েটরদা ভারতনা নিঙতম্বগী ১০ শুবা মপোক কুমওন পাসন তৌখি। অত্তুগুম্বা পালন্দু ঐখোয়গী স্কুলস্তু ড্রামা অমা শান্নত্তুমা য়াওক্লসি হায়না মতমত্তুগী হেড মিষ্ট্রেস শ্রীমতী মেধাবতীনা হায়বিবদগী ঐনা 'সুশীলাস' হায়বা ড্রামাত্তু ইত্তুনা শান্নখি। শরুক য়ারিবী অঙাংশিংত্তুনা অস্তুকী মতিক ফজনা অভিনয় তৌই, মখোয়ত্তু ছাত্রীনি হায়বা ফাওবা থাজদবা য়াওখি। ভাবোক পুম্নমক্লা চেক-মোক লাউদনা তুমিন্না মমিত্তগী মপি তানা য়েংনখিবা মতাংদি হত্তুবী অমা শঙ্গিম্না শোক্তুনা লৈমায়দা তাত্তুনা লৈখিবা মতাংত্তুনি। লিলাত্তুদা হত্তুবীগী শরুক য়াখিবী অমস্তুং ফজনা অভিনয় তৌখিবীদি শ্রীমতী চোংথাম গুণী লৈমা

দেবীনি হৌজিক কাওবা রেডিয়ো ড্রামাদা কল্পনা অভিনায় তৌরি। মসিদগী নত্তনা হৌজিকমক এ. আই. আর. গী ড্রামা পুথোক্লিবী জি. য়াইমবী দেবী. সি. এইচ. কমলা দেবী. পুম্নমকসি তম্বান্না স্কুলগী কলচরেল থৌরমদা কল্পনা শরুক য়াখ্রবী ওাক্তনি।

ওঙ্গা অমা ওইনা মহৈরোইশিংগীদমক তৌবা য়াবা থবক্ তৌজে লোয়ননা ঐগী ইশাগী ওইনস্থ বি. এ. থাখি. হৌজিকী ডি. এম. কোলেজসিগা অপুনবা ওইরিঙৈদা লনাই ওইনা থাখিবনি. মথংদা বি. এড. কী ট্রেনিং চহী অমগী ওইনা দিল্লীগী সি. আই. এ. দা চংলি। মসিনা ঐগী দিল্লীগী অহানবা খোঙচংনি। ঐখোয়না লৈরিবত্তুদি ওল্ড দিল্লীদনি. নিউ দিল্লী চংপদা থবচ কনা য়াম্না তৌই. অত্তবু মুংঙাইবদি অত্তুম মন্নুঙঙাই। ঐগী মহৈ তম্বগী মতাঙদি অশাইদা অসুম লোইরে। মসিগী মতুংদগীদি. লাইব্রিক ইবা. সমাজ সেবা. অমসুং মসিগা মরী লৈনবা থবক থৌরম কয়াদা খোঙদাবা হৌরকখি। রাজনীতিদগী হেক হন্দোরকদ সমাজ সেবা অমসুং সাহিত্যগী লবুক্ত খোঙদাখি। হায়রিবা রাখলশিংসিমক ঐগী অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা পামজরক্লবা রাখলনি, মসিদা ঐনা মপাল নাইদনা মুংঙাইবা ফংজে। হৌজিকস্থ লেপত্রি সমাজ সেবাদি হৌজিক্লা রা ওাংবা. সভা. সমিটিগী. সভা মপু. অথোইবা অতিথি. অসিনচিংবা ফমশিংদা শিজিন্নবিরি—মসিস্থ ঐঙোন্দদি থোই-দোক্লা মুংঙাইজবা থবক্তি হায়না লৌজে।

ওঙ্গা ওইরিঙৈদা ঐনা ফংজখিবা মুংঙাইব অমনা কেম্পকী পুল্লিনি। ইহান-হানবা ওইনা, 'ভারত সেবক সমাজ' না শীল-লাঙতুনা মুপীমচাশিংগী কেম্প অমা শওমবুং রোগডা পাঙথোকই। হায়রিবা কেম্প অসিনা মণিপুরদা পাংথোকপা কেম্পশিংগী মমুঙদা মুপীগী ওইনদি অহানবান, মত্তদা ঐনা কেম্প কমান্দর ওইখি। মতুংদা অহুগুম্বা কেম্পিংগী মুংঙাইবা পুল্লিত্তুদি অমুক হন্নগ্ন ফংখিদ্রে। কেম্প অত্তদা য়াওরিবা

মীওইশিংছু অয়াম্বনা লাইরিক লাইশু তম্লিবী ওইনা তৌই, খরা লাপ্পদগী ওইরবদি ওজা অমগা লোয়ননা লাকই মরমদি স্কুল অমতগী অমাং ভাক্তনা চৎপা য়াদে, ময়াম য়ানশিন্নরগা চৎকদবনি। মতুংগী মরমস্থ লৈতবা নত্তে, - তোঙান তোঙানবা মফমদগী তোঙানবা মীওই কয়ামকম পুনশিল্লগা পুন্না লৈমিন্নবগী হৈনবী অমস্তুং কান্নবা, অমনা অমগী মতেঙ পাংনবা, অসিনচিংবা তম্বিবনি। খ্বাইদগী মরু ওইরিবা হীরমদি পুন্না হিংমিন্নবা তম্বনি, মসিনা একতাগী মায়কৈরোমদস্থ কান্নবা কয়ামকম পী। অতোপ্পা কান্নবা অমনা অফবা নাগরিক অমা ওইহল্লকবগী অহানবা খোঙ-থাঙনি হায়বস্থ য়াই। কেম্প অমগী মওংদি,-মুমিৎ থুদিংগী তৌগবা থবকশিংছুগী থৌরম পরেং অমা য়াংথোক্তুনা থম্মি, থৌরমসিগী মতুং ইন্না থবক পাঙথোকই। কেম্প অমগী মরু ওইবা থবকসি সোসিয়েল সার্ভিস তৌবা অখণ্ড-অহৈশিংনা লেকচর পীবা, কেম্পরশিংনা নোংমগী তৌরিবা থবকশিংছু ডাইরী ইশিনবা অসিনচিংবা কয়ানি। কম্পনা খ্বাইদগী হেন্না কান্নবা পীরিবদি থকসি-খাসি নাইবা হায়বসিনি।

কেম্প অমা তৌরিঙৈ মন্নুঙদা খ্বাইদগী মুংঙাইবা থৌরমদি মুমিদাংগী সংস্কৃতিগী থৌরমসিনি। থৌরমসিদা মানা-মানা হৈজবা হায়বদি ইশৈ হৈবনা ইশৈ, লিলা হৈবনা লিলা, জগোই হৈবনা জগোই,-- অসিনচিংবা থৌরম কয়ানি। মতুদা ঐস্থ য়াওদবা নত্তে, ঐস্থ পুং থীনবা অমস্তুং রাম-ধুন শকপনচিংবদা লুচিংতুনা অতুম য়াওই। ঐগী থম্মোয়দা ঙসি কাওবা কাউবা ঙমদবা দৃশ্য অমদি কেম্পর অমনা উৎথিবা একৃটিংতুনি। মহাক ককচীংদগীনি এল, পি, গী ওজানি, ময়ুম পাল্লবীনি, পীক্লিবা মচা অমস্থ য়াওই, মহাক কেম্প য়াওনিঙমন্দুনা মচা পিশক্কু পুতুনা লাকপনি। কেম্পসিস্থ মাগী-মাগী হাউস থায়- দোকই, মমিঙ অমমম থোল্লি, চাংদম্নবদা হাউসকী ওইনা তৌই, অতুনা য়াম্না থরায় য়াওনা অমস্তুং ক্লক-ক্লক য়েংননা তৌই। মুমিদাং অমগী

কনচরেন্স প্রোগ্রামদা ইখঙ-খঙহৌদনা টিন অহাংবা অমা য়ৈরগা মশম-মনাদু ইফা-কাহনা চেপ্পোরকই মুপী অমা, তশেংনা কদাইদগী অঙাওবীনো হায়দুনা ময়াম কোইয়েং য়েংনৈ, মথংদি মহাক্না লৌরিবা শক্তম অঙাওবীতুগী য়োলহু কজনা উৎলক্লে। অঙাওবীগী চোইয়োলনচিংবা লোম্নকপদা য়েংলিবা ভাবোক ঐখেৎয়দা নত্তে, অকোয়বদা তারিবা খুঙংশিংগী মুপী অঙাং পাখঙ লৈশাবী লোয়মা য়েংলিবনি, ময়ামদু নোকপদা পুক্লি পায়দুন খাঙলিবনি মসিমক ঐনা কেম্পকী পুন্সিদা খ্বাইদগী কাউঙমদবা নিঙশিংবা অমনি। অহুদগী অতোপ্পা হাউস্ অমদগী ইশৈ হৈবা মীনা ইশৈ শকই, মসিদা খরা য়াম্না খরায় য়াওনা শকপসি লোইতাম বিনোনি, হৌজিক্তি মহাকস্তু থানাগী খর চাউবা কম অমা পায়খ্রে, পুংশি মহাক নত্রগা ঐনা রৈ, প্রোগ্রামগী অয়োইবদা ঐনা লুচিংলগা য়াম ধুন শক্তনা লোইশিল্লি। কেম্পকী অয়োইবা মুমিত্তা কেম্প অফিসারন রিপোর্ট অমা পী লোয়ননা সংস্কৃতিগী থৌরমদা অথোই-অহেন তাখিবশিংদা মনা-মথুম য়েপ্পোকই। মুমিদাংদনা কেম্প ফাইয়ার হায়দুনা মৈজাও থারগা ময়াম ইশৈ শক্তনা, থাবল চোংদুনা লোইশিল্লি। মসিদা কেম্প অফিসারগী রিপোর্ট অমস্তু পী মহুদা কেম্পতুগী কাম্নবা অমম্বং তৌখিব থবকশিং পুন্নমক পল্লি।

অসুম্না মণিপুরগী মরুম কয়াদা কেম্প চৎলুই, মমৈথঙদা য়ারক্তনা ঐ পোত্থারে অতৈনা অমুক তৌখ্রে। মতৌ অসুম্না কেম্পকী পুন্সিগী মুংঙাইব কয়াস্ত ফংখি মতুগী মুংঙাইবদু ঙসি ফাওবা লেঙদন লৈরি। মসিদস্তু নত্তনা মপানগী লম হায়বদি, শিম্না, শিলোং, আসামচিংবা মরুমদস্তু অঙাংশিং পুরগা চৎলি মতুম্ভু য়াম্না মুংঙাইবা খোঙচৎনি। শিম্নাগী চোংমায়দা—ভাম্পোইরিবী 'তারা দেবী' পিক্তক চেংতক য়েংবদা মুংশি অমম্বং কত্তে। মসিদনা ঐখোয় রেড ক্রোশকী কেম্প য়াওবা চৎপনি, মতুদস্তু ঐখোয়না সংস্কৃতিগী থৌরমশিংদা মকোক তাদুনা শিলনচিংবা কয়া লৌরকখি।

শিয়াগী কেম্পসিদদি মুপামচা অমসুং মুপীমচা অনি পূম্না চংপনিনা ঐগা লোয়ননা মুপা অমত্থ চংলি, ইবাম্নি অফিসিয়েল ওাক্তনি। মসিগী কেম্পসিনা রেড ক্রোশকীতনি। মতুগী খোঙচত্তু ট্রেনগী খোঙচংনি, দিল্লি ফাওবদি ট্রেন অচৌবদা লাকই অহুগা শিয়া চংপদদি মচা অমদা চী-মুঙহং ফাওরগা চংলি। ঐখোয়না কেম্প তৌরিবা মফমত্তুদদি চীংথক্লিনা ঐখোয় খোঙনা চীঙত্থ কাহনা চংলি, খোইদোক্লা অবাবা খঙদে মরমদি মতমত্তুদদি ঐ নহা ওইরি, পাঙ্গল কল্লি। হায়রিবা কেম্পসিদা অমুক অমগী মীফমদা ঐবুসু সভানেত্রীগী ফম-ফম পীবিখি। রাজ্য অতৈদগীসু কেম্পরশিং লাকই, কেম্পতূদা শিল-লাঙবগী থবক তৌরিবত্ত সেক্রেটরী ওইরমাল্লে মীশু চাউ-শাংই, মবুকসু কৈ, যেংবদসু মুংঙাই।

ঐখোয় চংলিবা মীদি পংয়াম য়ামদে, তম্ফাস্নাগী ছাত্রী ৩ গা অতৈ মুপা মচা অহুম মখোয়শিংতুগী মন্নুঙদা রাজকুমার মেঘেনসু য়াওই, মহাকপু ঐখোয়না সনায়াইমা কৌই। অতৈদি মমিঙ কাউদ্রে, মুপীমচা-শিংত্থদি (১) বিনো (হৌজিক্তি পাইলোং ওইখ্রে) রাধামনি, মনিয়াইমা (থাইদেম রঞ্জিৎ (মো'মান) (মচানুপী) হায়রিবা মুপামচা অমসুং মুপীমচাশিংসিনা মুমিদাংগী সংস্কৃতিগী থৌরমদা মপুংফানা য়াওই, মানা/মানা হৈজবশিংত্থ মপুংফান পাঙথোকই। ঐখোয়না ‘সিদগী পোংলোই-শমপোংনচিংবা লোইনা পুত্থনা চংলি, জগোই রাশ ফাওবা উংলুই। কেম্প অহু য়াম্না ফজনা মায় পাকখি।

অরোইবা মুমিত্তা গভর্ণরনা কৌহনা মাগী রাজভবন্দা চংলি ময়াম পূন্নমক্কা শকথঙ-মায়থঙনখি, কেম্পসিদা ঐখোয়গী টিম্না মকোক তাহনা মনা-মথুম য়াম্না ফংলকখি। হন্নকপদা দিল্লীদা এম, পি. গী য়ুমদা নোংমা লৈরগা টিকেটনচিংবা লৌরগা মণিপুর মায়কৈ পাংলকখি। মসিগী খোঙচংসি ফজনা মায় পাকপা অমসুং মুংঙাইবা খোঙচং অমা ওইখি। অসুম্না শিল্লোং, আসাম, হোজাই, অসিনচিংবা মফমদা চংপসু মুংঙাইখি।

হোংবা নাইবা সমাজগী
মীওইবা জাতিসু তাউহনা চং
মীওই অমনি, অহোংবা নাইবা স
পুন্সিগী ঈচেল্দা তত্তনা য়াওরিবা
চাকরীদা, অনিশুবদা রাজনীতিং
ওইরুরে। নহা-অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনসু সমাজ সেবা ঙোবাস এ পামজনা লাকখি, অতুনা চহী থরা য়ামশিল্লুরব মতমদা নুপী সমাজগী সংস্থান অমসুং সাহিত্য সংস্কৃতিনচিংবগী সংস্থান কয়াদসু য়াওখি। ঐহাক 'মণিপুরি সাহিত্য পরিষদকী কার্য্যকারি মেম্বরসু ওইরম্মি, মথংদা 'ডি কলচরেল ফোরম মণিপুরগী লাইফ মেম্বর ওইখি। চুমতগী লাইফ মেম্বর ওইবতা নত্তনা ফোরমসিগী অহানবা ওইনা লুপা ৫০০০ (লিশিং মঙা) গী মনা অমসু চহী ২/২ গী ওইনা ঐগী মিংদা দান কৎচৈ। ফোরমসিগী ঐহাক প্রেসিডেন্ট অমদি 'ঋতু' গী ইডিটরসু ওইখি। ফোরমসিগী নৌনা শেম্বা 'নুপী লুপ' কী সুসভা নেত্রী ওইখি। মথংদা 'মণিপুর মহিলা কল্যান সমিতি' গী ফাউন্দর অমসুং মেম্বর লাইফ ওইখি। সমিতিসিগী সভা-নেত্রীসু ওইখি।

সমিতিসিনা হৌরকপগী রারীদি পুক্লিং তুজুংনিঙঙাইনি, মসিনা মরু ওইনা পায়খৎলিবা থবক্তি মমা-মপা লৈজদ্রবা মাগী হন্না য়েংবদা কনা উজদ্রবা অঙাংশিংবু য়োকপিবা অমসুং মী ওইনবা শেম্বিবানি। পান্দমসিবু মাঙদা থম্নগা ঐখোয় মেম্বরশিংনা শেল লৈবনা শেল লুপা ১০০/১০০ ফৌ লৈবনা ফৌ ওইনা পীবনা শংবাই অমমম থায়হনা অঙাং ৫/৬ য়োকপা হৌখি মকম্না শ্রীমতী সরযু দেবী, সেক্রেটরি সোসিয়েল বেলফেয়র বোর্ড-কীদা শঙোই মচা অমদা হৌখি। সোগাইজম শ্রীমতীসিসু সমাজ সেবা তৌজবা পাম্বী নুপী অমা ওইবা মরম্না হোমসিগী অরাং-অপা পুম্নমক

মেনখৎপিহনা লাকখি। অসুম্না খাংপোক অমদা হৌরকখিবা হোমছনা মণিপুরগী মনুঙদা শীংথানবা য়ারবা হোম অমা ওইনা ছ্যলালেও ( কবো লৈকাই ) দা খিন্দুনা লৈরে। .হামসিগী মরুম থুপ্তুনা লৈজখিবা অঙাং কয়া'মা মী ওইজখিবসু য়াওরে, মসিনা হোমসিগী মগুণসু হেঙ্গৎহল্লি অহুগা লিংখৎচরুরিবা ঐখোয়দসু মুংঙাইবা পোকচে। সমিতিসিগী 'মুপীগী চাওখং খোঙ-থাঙ' হায়বা চেফোঙ অমসু লৈরম্মি, মহুগী ইভিটরসু ঐনা ওইজখি।

মাসদসু নত্তনা লৈবাক্কী চাওখং থৌরাং অমসুং সমাজ সেবাদসু শরুক য়ারকই, সমাজ সেবাদি হৌজিক ফাওবা লেপত্রি। ঐগী তোপ-তোপ্পা হৈনবী অমদি রা ভাংবসিনি। রা ভাংবসি ঐ ইশানা থরসু পামজৈ, অহুনা ওজা ওইরিবৈদা ঐনা ক্লাসতা রা ভাংবদা অঙাং অমত্তা চেক-মোক লাউদে, তৌবসু পারাহুদা য়াওরিবা রারীহুতা নত্তনা মহুগা মরী লৈনবা রাকম কয়া'এসু তাকপদা অহুম য়াওই, অহুনা ছাত্রীশিংনা ঐগী ক্লাসতি অমুক্কা য়াওদনা তোক্কে, মসিমসু ঐনা ঐগী শিনফমদা মায় পাকপনি হায়না লৌজে। অহুগা অচৌবা মী-তৌনবা নত্ত্রগা মীফমদা রা ভাংবসি ঐ য়াম্না পামজৈ, ঐনা রা ভাংবদা তাবিরিবা ভাবোকশিংনসু য়াম্না থরায় য়াওনা তাবি, মরক মরক্তা খুবাকসু খুবিরকই, মহুদা ঐসু য়াম্না মুংঙাইবা ফাওজখি, অহুগা অমুকসু লম্নাই নত্ত্রগা সরকারগী মীফমচিংবদা ভাংবা তারবদি দক্ষিনাগী মওংদা শেল খরসু পীবি, মহুসু পুক্রিং থৌগংপিবা মওং অমনি হায়না লৌজে। ঐনা খ্বাইদগী নোক্লিংলিবদি—ঐতোন্দগী হেন্না শকথীবা মীসি পঙলে লৈরম্নরোই থল্লি, অহুবু খোঙ্গেলদি য়াম্না পামনৈ। ঐগী থোইদোকপা অমনা রাসি ভাংখ্রবদি পাক তোক্কে পুং ২ কৈকা চুপ্পা ভাংবা ঙম্মি, অসুম্না মীতিন অমা ঐনা ওজা ওইরিবৈদা, এম. দি. ইউ. হোলদা তৌখি মহুদা ঐনা অ-ইবা চে ওইনা পাবগা ভাংবগদা পুন্না পুং ২ রোম চঙখি থোরকপদা, মণিপুরগী য়াম্না অফাওবা সামালোচক অমনা

হায়খি,—'ওজা থোইবীগীসিদি মরাখোন স্পিচনিলে।' অদুম্না ভাংবা শকপগী থবকসি ওজা ওইথিংঙেদগী হৌনা অদুম তৌরক্লবনি।

অস্থুন্না বা ভাংবগী থবক অমসুং মী-তিন য়াওবগী থবকসি শহরদতা নত্তুন্না খুঙ্গংগী লমদম্থু চংলি, চৎপদা থরায় য়াওমনখিত্রুনা ইতোমতা ইকাইজবসু য়াওপ্রবনি,—নোংমা শহরদগী থরা লাপ্না লম অমদা মিটিংগী-দমক হায়রম্বদগী ঐগা লোয়ননা, ঐগী ইনাও মুপী সমাজ সেবীকা অমগা জিপ অমদা চৎমিন্নরে। মিটিং হৌগদৌরিবা মফমদু য়ৌরগদি য়ুম নত্রগা ক্লরদু থোঙ লোন্দুনা লৈরম্লে. মিটিং অমা পাঙথোকপা য়াবগী করিগুম্বা খুদম অমত্তা উত্রে, ইবানি কন কুইনা ফমদুন ভাইরে। মমৈথঙদা পাখঙ মচা অমা লাক্লগা, 'রারৌবিবা য়াদে ইমাশিং, ঙসিদি খুদোংচাদবা অমদগী মিটিংদু য়ৈথোকচরে হয়েংমুক হায়জরগে', হায়ররে। ইবানিমক ইওক-ওক্লা য়েংনৈ, হৌকম খঙদনা য়েংনরগা অদুম হল্লক্লে, লম্বীদা ইবানি ভাংন'খ,—'ওন্থোকপা হায়বদুনি, ঐখোয়সু থরায় খিং য়াওমনপ্রবা হায়বদুনি।' 'মৈতৈ রাহয়দা যণ মরম ওকপনা চৈবুন চায় হায়বদুনি অদুবু ইশানা পামজবনিনা মীতিন য়াওবা অথোইবা অতিথি ওইরুবা নত্রগা সভাগী মপু ওইরুবদি লেপত্রি।

খুঙ্গংগী লমদা চৎপদি থোইদোক্লা মুংঙাইবা অমসু পোকচৈ মরমদি মখোয়শিংদুগী অরাংঅপা অমদি পেন্দবা কয়া পুকচেল তিংনা শাদোকনৈ অদুগা ঐখোয়নসু মখোয়দা পীবা য়াবা পাউতাক পীদুনা মখোয়গী তুংগী পুন্সিদা ওইবা য়াবা মওং থরসু অদুম হায়রম্মি। অস্থুন্না শহরগী মুপীশিংগা খুঙ্গংমীগা ঈ-পাউ ফাঙদোক্লরসিত্র য়াম্না মুংঙাইবা অমনি। মখোয়গী য়াম্না মুৎশিবা অমন। অমুক্তংবু উন্নপ্রবদি কাউবা লৈতে, ঐখোয়দি হেক্লা কাউথোকই. মসিদী মরমদু লৈতবদি নত্তে মখোয়না উরিবদি মী.অমত্তনি ঐখোয়না উরিবদি কয়া য়ামগ্রে. অদুনা করিগুম্বা মফম অমদা অমুক উন্নরবসু মখোয়দি অদুম কৌরকই, ঐখোয়দি

কাউথোকখিত্না তিংগুক-মায়গুরুত্না লৈ। অত্তবু পুন্নমকী মথক্কা মথোয়না ঐখোয়বু কাউবিত্রিবসিনা খ্বাইদগী নুংঙাইজবা অমসুং অপেনবনি।

মতাঙ চান্নবসু রাকম অমত্তংগা পঞ্চগে, মসি ছাত্র-ছাত্রীশিংগী থকসি-খাসি অমসুং ব্যবহার লমচংকী মরীদনি। ঐনা ওজা ওইরিঙৈদা তম্বীখিবা ছাত্রী কয়া ঙসিদি ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, কোলেজ ওজা, প্রিন্সিপাল, পুলিসকী অচৌব' ক্ম কয়াদা লৈরে, মশীং থীবদা লোইবা নাইরোই। মখোয়শিংসিগী লমচং ব্যবহারসিনি ঐখোয়না ঙসি কাওবা কাউজত্রিবসি নোংমা ঐনা থানাদা মী অমা উন্নগে হায়ত্না চংলি, ঐগী ছাত্রীত্ন কনা নিংখিনা চাউবে হায, মহাক ডি, এস, পি, কাওবা ওইরেদি হায় ঐদি অওইবত্নদি কয়া মুন্না খঙদে। মানা ঐবু উবদা প্রপ প্রপ চঙশিন্নরুগ টুপিত্ন লৌথোকই, মকোক্ক লৈপাকতানা খুরুম্নগা হায় বকই,— 'ওজাবু করি থবকীনো কনা উন্নবিগদবনো? ঐনা উন্নগদবা মাত্নগী মমিঙ হায়রবদা মহাক্না ঐবু মফমত্নদা পুশিন্নগা উনহল্লি। মহাক্কী লমচং ব্যবহারত্ন উবদা ঐহাক করি হায়নি। হায়ফম খঙদে, মিত্তগী পি তাগে তৌই। অমুকন্ন হোসপিতালদা ঐনা মী অম্না উন্নবা চংপদা ঐগী ছাত্রীদো মহাক্তি কেরাণীনি অত্তবু চৌকিদগী হৌগৎলগা ঐঙোন্দা খুরুম্মি, করি থবক্কীনো, কনা উন্নবিগদবনো অসিনচিংবা হংলবা মতুংদা মহাক্না ময়ামত্নগী মমাঙদা হরাউনা হায়রকই, — ওজাহোয়গী মপান্ননি ঐখোয়না ঙসি চৌকি ফম্বা ফংজরিবসে, ওজাহোয়না খুং' পায়ত্না তম্বিরকপনা অসি যৌজরক্লিবনি। মহাক্না অসুম্না য়াম্না নুংশিনা তৌবিমল খঙবা উংলকপসিদা ঐ হায়ফম খঙদনা নুংঙাইবা পোকখি।

ঐনা অসুম্না খঞ্জে, —ঐম্না ঙসি ফংজরিবা হরাওবা, নুংঙাইবা পুন্নমকসি ঐনা ওজা অমা ওইজরবগী ফংজরিবা সম্মান্না নত্রগবু ঐগুম্বী লায়রবী মহৈন্ন হৈতবী মশকসু থীবি অমবু কনা-না ইকায়খুন্নবিগদৌরি-বনো। মতাংসিদা হায়জনিঙঙি ওজা হায়বসিনা সমাজসিদা লৌরিবা

থৌদাংসি অয়াম্বা নত্তে, অকথা নাগরিক অমা ওইহল্লবগী শেম শাবা পুন্নমক্কী থৌদাং ওজানা লৌবিবনি,—ডাক্তরনা, ইঞ্জিনিয়ারনা, উকিলনা লৌবা নত্তে। অদুবু অরাবদি হৌজিকী সমাজনা ওজাবু য়েংবিরিবা মিংয়েংসিনি।

৩

চেংহরক্লিবা পুন্সি ঈচেন্না লেপ্তুনা চেন্থরকপনিনা, অমুকসু ঈতিল্লরি সাহিত্যগী ঈচেন্দা। ঈচেনসি তেঞ্জরবসু ঐগী পুন্সিগী দি খ্বাইদগী হেন্না মহত্ত য়াল্লবা পুন্সিগী তাংকক অমনি হায়দবা ওয়েল্লাই, মরমদি সাহিত্যগী পাক্লবা ঈপাকসিদদনি ঐনা মতম থরা ঈরোয়রজদুনা, পুন্সিদা তানবদা রানরবা মনা-মথুম কয়ামুক কংজদুনা মণিপুরি সমাজনা মশক খণ্ডনরিবা ওজা অমা ওইনা ঐবু মশক খণ্ডবদগীদি সমাজ সেবীকা অমদি অ-ইবী অমা ওইনা খণ্ডবিবনা হেল্লি।

ঐনা লাইরিক ইবা হৌখিবসি চাউরাক্না ১৯৪৬-৭ অদুরাইদগী হৌরম্বা য়াই হায়না খল্লি মরমদি ঐনা ইহান হাম্না ইজবা 'সমাজ শিক্ষন্বা' হায়বা ক্লাস III-IV দা তম্মবা লাইরিকসিদা, স্কুলগী তম্মবা লাইরিক ওইদ্রবসু, অঙাংগী সাহিত্যগী চাংদম্নবদা অনিংবা মনা কংখি। হায়রিবা লাইরিকসি হং শোক ১৯৫৮ দা ফোঙবনি, মরমদুনা ইবসি মসিগী মমাঙদা শোয়দনা ওইরমগনি খঙবনি, অদুগা হায়রিবা চাংদম্নবগী মনাসি শিক্ষা বিভাগ ( মণিপুর ) না পীনবনি। মতাঙসিদা ঐনা পঞ্জনিংবা অমনা ঐবু অমসুং ঐতা নত্তনা ওজাশিং খরসু লাইরিক ইবগী থৌইনশিন অমা তত্তন পীবিখিবদি, হৌজিক কাওবা ও, কে, হৌর হায়না খঙনরিবা লাইরিক য়োনবা দুকানসিগী মপু ওইরম্বা লৈখিদ্রবা শ্রী৺তেলেম আবের সিংহ হায়বদুনি। ঐখোয় ওজা খরদি স্কুলদগী হল্লক্লগা মাগী দুকান্দা কমদুনা ভৈহাক পোখাবসি দুমিং খুদিংগীনি হায়বা য়াই, মসিদা মহাক্না

মী থুদিংগী লাইব্রেরিক অমথম ইনবা হায়রগনি-কোঙবনা মহাক্না কোঙখনি। মহাকপু সুংশিন্থনা ময়ামা মডোলা 'তাদা' হায়রবা ফিংথোনজি পীথি, মহাক্কী মরাগী অজান'মীরায় নাইদনা চপ মান্নবা সুংশিনা তৌবী, মহাক্কী খ্বাইদগী ফজবা দন্দি মাগীদা চঙলক্লিবা ঐথোয় পুন্নমকপু অ-ইবা অমসুং অ-ইবী অমমম ওইনবগী ইথিল পীবিরম্বসিনি।

মসিগী মতুংদগীদি ঐ লাইব্রেরিক ইবা হায়বথু ফজনা হৌখ্রে। পাননবা লাইব্রেরিক অয়াম্বা ই, মখোয়শিংথুগী মনুঙদা 'মীরাবাঈ'না অহানবনি, মথংদা 'বিক্রমোর্বশী,' কায়না-ঈহৌ, অসিনচিংবা থরা। হায়রিবা লাইব্রেরিকশিংসি অয়াম্ব বেঙ্গালী অমসুং হিন্দী লোলদগী পারগা ইথোকপনা অয়াম্বনি অদুগা 'মিংয়েং অমা অমসুং রাবিন্দ্রনাথকী রারী থরা' হায়বথুদি অনুবাদনি। অদুগা রাধা, সুংশি ঈচেল, চাংদা শাংপী ইশৈ, লমজা, মিংয়েং, পোষ্ট মোর্টেম (রারী মচা) অসিনচিংবসিদি ঐগী ক্রিয়েটিভ রাইটিং ঙাক্কনি। অসিসু হায়জনিঙঙি মথুদি, মণিপুরদা অ ইবীশিংগী মরক্তা উপণ্যাস ইবসি ঐনা ইহান হান্নি, অওইবা রাকম অমনা ঐনা উপণ্যাস ইনিঙবগী ইথিলসি অয়াম্বদি ডাঃ কমলগী 'মাধবী'দগী ফংখিবনি। ঐগী উপণ্যাসশিংদা ঐনা উৎনিঙলিবা অমসুং তাইহন্নিঙলিবা মমিদি নুপীগী চরিত্রনি, ওললক্লিবা সমাজগী খোঙথাঙদা নুপীশিংগীসু অওনবা থরা লৈ,— থৌনাদা, লৌশিংদা থবক্তা লমচৎ-শাজত্তা অসিনচিংবা অথুবু ঐনা হাপচনিঙলিবা রাথলশিংসি কদাই য়োনা য়াওবগে অমসুং য়াওদবগে হায়বথুদি অপাবা মীওইশিংনা খঙবিরগনি অসুম্না অ-ইবী অমা ওইনা চথরকপসি মরক্তা থরা লেপ্পা য়াওরবসু ইং ১৯৯০ ফাওবদি চথখি।

অসুম্না ঐনা সাহিত্যগী ঈপাকসিদা তাঙউথনা লাকচবদা ঐব সাহিত্য পামজবী অমনি অমসুং সাহিত্যগী, সেবারিনী থনবিথনা অহানবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'সাহিত্য ভুষণ' হায়বা উপাধিসি, ইং ১৯৮৯দা পীবিখি, হায়রিবা চহীসিমক্তদা জাতিগী থাক্তা সাহিত্য একাদেমি নিউ

হিরিনা অনুবাদ-সাহিত্যদা মণিপুরদা অহানবা ওইনা মনা পীখি, হায়রিবা মনাসি ঐগী বাঙালী লোন্দা 'দৃষ্টিপ্রাট' হায়বহুগী মণিপুরিদা হন্দোকপা 'মিৎক্লেং অমা' হায়বা লাইরিক্তুদা পিরকপনি, ইং ১৯৯২ দনা মণিপুর ষ্টেট কালা একাদেমিনা 'পোষ্ট মোর্টেম' হায়বা রারী মচাগী লাইরিক্তুদা সাহিত্য-গী মনা পীখিখি। আর্ট এণ্ড কলচর বিভাগনা লাইরিক মথুম ফজবমীদমক চীংদা শাৎপী ইওঙেলৈদসু মনা পীখি। অসুম্না ঐনা সাহিত্যবু সেবা তৌজবগী ফংবা য়াবা মনা মথুম থরদি ফংজগ্রে থঙ্গে, মসিদসু মগুনা সংস্কৃতিগী সাংস্থানশিংনস্ম শক থঙবিদুনা খুদোল পোৎ কয়া মসু তম্বিখ্রে, মসিগীদমক্তসু ঐনা ময়ামসিদা তৌবীমল থঙবা উৎচরি। হৌজিকসু সাহিত্যগী ওইবা থৌরম কয়াদা ময়াম্না চানবিবদগী ঐবু অথোইবা/অখন্নবা মফম অমমমদি পীবিরি।

মসি নত্তবা সাহিত্যগী থৌরমগা মরীদি থরা লৈনবা অহুগুম্না থবক থৌরম কয়াদসু শরুক য়াখি। মখোয়শিংহুগী মনুঙদা আকাশবাণী ইম্ফালগী থবক থৌরম কয়াদা শরুক য়াবসিনা মরু ওইবনি। হৌজিক ইম্ফালদা লৈরিবা আকাশবাণীগী লোয়শঙসি লৈত্রিঙৈদগী হৌন। হায়বদি গৌহাটিদা মণিপুরি লোনগী থৌরম অমা হাংবহুদগী হৌরদুনা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা চথরি। ইং ১৯৬৩ গী আগষ্ট ১৫ দা মণিপুরদা আকাশবাণীগী কেন্দ্র হাংবদগীদি ঐম্ন অহুম য়াওরে হায়বদি মতমদুদা মুপীগী থৌরমচিংবসি পুখিনবা চপচাবা মাওই লৈত্রিঙৈদা ঐনা চয়োনগী ওইনা পুরম্মি, লোয়ননা আকাশবাণীগী ইশৈ শক্লম, লিলা, অতৈ ফিচরশিং, অসিনচিংবা কয়া ইখি। ঐনা মরু ওইনা ইখিবা ইশৈসি আকাশবাণীগী অঙনবা মতমদা ইখিবনি ঙসি ফাওবা নৌদুনতা লৈবা ইশৈ য়াওরি। অসুম্না ইশৈ শৈরেং ইবগা লোয়ননা আকাশবাণীগী শৈরেং থীবগী থৌরমদসু শরুক য়াখি, অতৈ থৌরম কয়াদসু শৈরেং থীবগী শরুক য়াজখি।

মত্তে অসুম্না ঐ ইশামি হোৎরকপদি কেন্দ্রাণী অমসুং ওজা ওইনা

হৌজরকপনি অহুবু লোইশিনবদি সাহিত্যকার অমা ওইনা লোইশিল্লি, মসিনি মীওইবগী পুন্সি হায়বসি করি ওইরম্বদগী করি ওইরকই অমসুং ওইখিগবগে হায়বসিদি কনানসু হায়বা ঙমদে, অহুমকপু ঐনা হায়জনিঙবা অমথক্তংদি লৈজে মতুংদি, -মীওইবগী রাখনগী 'সমচং শাজং' হায়বাস মানা তিন্নরুরিবা সঙ্গ অমসুং অকোয়বগী ফিভমগী মখা পোল্লি। মতুংগী খুদম ঐনা মথক্তসু পণ্ডপ্রবতনি, ও, কে, ঙ্গোরম্বা তাদা অবের সিংহগা তিন্নরমজ্র-বদি ঙসি ঐনা অ-ইবা অমনি হায়না চাউথোকচরিবসি ওইরম্লোইদবনি, মতুংগীদমক মহাকপু ঐনা তৌবীমল খঙবসু উচ্ছরি।

থবক্তগী হেক পোত্থাবদা ঐন খনখি,—ঐনা পামজবা ফিদমগী মতুংইন্না স্কুল মচা অমতং লিংখৎচগে অহুবু রাখল মান্নবা মীওই ফংবা রাংপদগী থবক্তুদি পাঙথোকপা ঙমখিদ্রে তুংদা লাকদৌরিবা ঐগী ভুংগী মীয়োলশিংসিদা শিন্নজরে।

# ৪

ঐনা অ-ইবী অমা ওইনা লৈজরকপবু শক খঙবিবা ওইনা, A.I.R Imphal মা Gauhati দা মণিপুরগী Programme পাঙ-থোক্লিঙৈদগী হৌন ঐহাক script ইবা হৌখি, নিঙশিংলি ঙসিসু — ঐনা ইহান হান্না ইখিবা script সি — 'পাউনা ব্রজাবাশা' নি, পাবনা শ্রীচান্দম গোপাল সিংহনা পাথোকখিবনি। ইবদি ফনা রান্না ইখি করিনোদি কাউরে। মথংদা ইম্ফালদা মশাগী ওইনা হেক লৈরকপদা ঐসু script writer অমা ওইনা অহুম লৈরম্লে হায়বা য়ারি। Talk সু য়ান্না পীখি, মরু ওইবা অমদি মতমতুদা কয়া লৈত্রিবনিনা ঐনা ফুপীগী থৌরমসিদা খরা হেন্না য়ান্না পুই। মতমতুগী মমলতুদি লু: ৭০, ওইরমাল্লে, হৌজিক্তি লু:৪০০,০০ য়ৌরে— খল্লবদা ফুংশিদবা ঙমদে। ঐ চুম্নতগী রেদিয়োদা রা ঙাংবদা নত্তে,— ড্রামাসু ইখি, ফিচরসু ইখি

ইশৈশু ইখি – হৌজিকশু অহুম চথরি। ঐনা ড্রামাশিংগী মপুঙদা 'মীরাবাঈ' মুপীগী থৌরমদা য়ান্না ফজনা শান্নখি,– লৈখিদ্রবী শ্রীমতী ৺বামোন ইবেয়াইমা' খঙনবীহুনা'মীরাবাঈ'গী শরুক লাংখি, কৈশামথোংগী শ্রীমতী ৺গৌরমনি দেবী ও বিরমঙ্গোল অসিনচিংবা অফবা কলাকারশিংনা য়াম্না ফজনা শান্নখি .. মীয়াম্না মুংঙাইখি। ফিচরদি ঐফনা য়াম্না ইখি মসিগী ইথিলদি,– ঐনা কাওবা কাউজত্রি শ্রীচান্দম গোপালনা শীবনি। ঋতু বর্ণন থৌদোক রাথোক কয়াগী ফিচর ঐনা ইখিদবা য়াওদে খল্লি, অসি কাওবা ইজখি, গান্ধীজিগী মরমদা খোংজোম পর্ব' ওইনা শরুবা ই'খি. শৈশকপী শ্রীমতী ইবেম্নী দেবীনা য়াম্না ফজনা শকপিখি। ঐনা ইহান ইাম্না ইখিবা ফিচরসি,– মোইরাং কংলৈরোম্বা থোইবীনা ঈন চিংবগী মতাঙদা খম্বগা উন্নবহুনা অহানবনি। হায়রিবা ফিচর মচাসি শ্রীনোংমাইথেম পহারীনা পুথোকখিবনি। ঐদি মসিনক অহানবা মণিপুরী ফিচরনি হায়না খল্লি।

মথংদা ঐনা অমগা হায়জনিঙ্ঙি,— মণিপুরদা মুপীনা ইশৈ ইবসি ঐনা ইহান হানবা ওইত্রা হায়না খল্লি। ঐগী ইশৈ মখল-মথেল অহুম মগুই, হিট শোং হায়বদি মীয়াম্না পাম্বা ইশৈ য়াম্না য়াওখি। থাখায়শিংহুগী মমুংদা পনবা য়াই, — অয়েকপম কমলানা শকখিবা, — নঙগী মুংশি রাখলদা, ঐগী মুংশি মোংফম ওইরে ....। শাগৈগী মৌনি খঙদবরা শ্যাম ....। অমুকশু অরাম্বম জমুনাগী — "নঙগা অমুক্তং উন্নজরবদি, মহয় য়াল্লে পুন্সিসে খগ্নরম্বনি, ঙসিদি উন্নজরে"কেরি হায়দ্রু হায়বগে অমুক্তা হায়বীয় ...। থোঙাম ইবোচৌনা শকখিবা, – নঙগী মুংশি মচুদা শঙগ্রবা ঐগী থম্মোয়নি. কোকপা য়ারোই কহুং'মুং—। শগোলশেম ইন্দ্রকুমারগী,– কায়ন ফীজং মরুমদা য়েংজৈ ঐনা লোম্না-লোম্না, কপচৈ ঐনা তুমিন-তুমিন্না –। শ্যাম শর্ম্মগী তাইবং কৈথেল কারকপদা, পুন্সি লয়োননা লাকপদা —। মসিদ নত্তনা কয়ানি ময়ামহুদি লোয়না হায়জবা

ওমজরয়রোই। পুন্না ঐনা AIR গী ইখিবা ইশৈ ২০০ হেন্নমগমি খন্নি মরমদি ডাইরি ওনি। অতুম্না মীওইবগী পুন্সিসি করম্বা ঈচেন্দগী করম্ব-য়োমদা চেম্বখিবা কনা-না খওগনি কন্তবা থবক্তদা থরায় লুপ্লবা ঐনা মশৌ কম্নায় সাহিত্যদা ফিদা মচা অমত্তং ফংজখিবা, সমাজ সেবাদা থরায় লুপচখিবা—মসিন্না— মীওইবগী পুন্সি।

৫

মী অমগী পুন্সি বারী ইমদা, ঐগীসিনা মতুমক নত্রবস্ অফ-ফত্তা লোইমা য়াওনৈ অদুবু ঐগীসিদি ফত্তবগী শরুক ইশাগী ওইনা লৈরম্বতুদি কম্বা য়াওখিজে! মতুমক ঐনা-য়াওহল্লিভদবদি মস্তে, কাউথোকখিবা ওইবা তাই, অদুবু নিংশিংলকপসিদা থরদি হাপ্পা চুন্মি খন্দুনা হাপচরি।

ঐগী কন্নবশিংগী মরক্তা ঐহাকসি কনা পিক্লিভৈদগী চৌনা মৈথু শিজিম্নৈ ঐনা মসি হৈথসি ঐগী ইথকী অহরশিংগা য়াম্না তোয়না লোইনবদগী হৌখিবনি, অদুবু অহল ওইশিল্লক্রবা মতমদা 'হান্না' থুংলকপদগী মৈথু থকপা থাদোকখি। মতুদগীদি হকচাংদা থেরে-থরা অমত্তা লৈখিজে। মসি নত্তবা নেবা কয়াস্ মহাও য়েংখি— ঐনা মহাও হেক য়েংখিদবসি 'আফিং' হায়বদি কানিননি। অদুবু মতুম্ হৌজিক্তি থাদোকপ্রে, মতুগী নেবা অমা কাওবা ঐত্তোন্দা পকখিজে।

ঐত্তোন্দা য়াম্না কল্লিবা নেবা অমনা 'সিনেমা' মি' — মসি কয়াম্নক য়াম্না কনবগে হায়ববু 'সো' অমা লোইবা ওাইবা ওমদতুনা সো অমদা ২/৩ লক হুল্লিন্না য়েংই। ঐনা সিনেমা য়েংবসি মণিপুরদা অহানবা সিনেমা হেক লাকপা মরোল থোক্লিভৈদগী হৌরব্রা হায়না খল্লে। মতমতুদদি টিকেট মমনসি পৈশা ৪ চৎপি হায়বদি পৈশাগী মমন্দা পৈশা মরিপা মান্নবা অমা পীরম্মি, — মতুদগীদি অনা, শিকি-মথায়, লুপা—

হৌজিক্তি লুঃ ১০,০০ য়েৌম্রে। ঐখোয়না য়েংবসিদি মথাদা ডাক্তা য়েংই মথক্তদি অমুক্তবু য়েংদে। ঐগী লোঙ্গাশিংদা সিনেমা য়েংবসিদি ঐনা ইহেন-হেন্নমগনি খল্লি।

মতমহুগী সিনেমাগী Theme দি অয়াম্বনা,— লাই-ভৌনগী, পৌরা-নিকী ডাক্তা ওইনা তৌই। ঐখোয়না য়েংখিবশিংগী মধুত্তদা 'গোপাল কৃষ্ণ', ধ্রুব, প্রহ্লাদ, রামায়ণ, সাবিত্রী, অসিনচিংবা য়ামগ্রে। মথংদা সমাজিক্তা — থাও হাইনবী, তুফান-মেল — মহুদা থাইনগী 'মাধুরী' হৌজিক কাওবা নিঙশিংলি। মতমহুগী ফত্তবা শাবদা হিরালাল, জীবন অফাওবনি। হেরোদনা —অশোককুমার, দিলিপ কুমার, মোটিলাল,— অসিনচিংবসি ময়ামগী হেরোনি।

মতমহুগী সিনেমাগী Theme দি অয়াম্বনা ফিদম অমগী মথাদা চংনরম্মি,— লমচং-শাজং, থকসি খাসি, পাপ-পূণ্য, অসিনচিংবগী মরমদনা অয়াম্বা ওইরম্মি। মরমহুনা ঐনা মতম অম্বাইগী সিনেমাসিদি তমজনিঙভাই ওইবা পাউতাক কয়া য়াওই হায়নিঙভি। সিনেমা লাকখিবসি তশেংবা শোক তারিখ কাউপ্রবনু, মতমহু ঐখোয় মেত্রিক থাত্রিবরা খল্লি, হায়বদি লাল মমাঙ ফনা য়াম্না মাঙজীন থারমগনি খল্লি।

হৌজিক মতমগী সিনেমাগা য়েংনকুরবদি সমুদ্রগা লাংখোংগা পাব-ওমগ্রে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি হৌজিক্তা নোংচুপ্লোমগী রাখল তাইল রা-ডাং, শা-ডাং পুম্নমক লৌরকপা অহুগা মমাঙঙৈগীনা তশেংনা ভারত্তুগী ওইজবা ফিদম উচচবনি। অহুনা হৌজিকী সিনেমাদি ইমুঙ-মনুঙ পুম্না ফম্মিনহুনা য়েংবা য়াবা ফিল্ম ইলৈ-লৈত্রে হায়বা য়ারে। খুদম ওইনা অমতং য়েংলবদা 'বন্দিত ক্র্যাইন' গী অহুক ফজপ্রবা সমাজিক রারীহুবু;— দৃশ্য অমা'নিদা ইতোমতা কমহুনা য়েংজবা ওমজদে। অহুবু হায়রিবশিংসি মতম্না পুরকপা অওনবা ডাক্তনিনা কনানা থিংবা ওমগনি অহুগী মথক্তা অমুকন্নু — অওনবা হায়বসি লৈত্রবদি করম্নু চাওথংকনি।

শিংহুনাঅচা—মণ্ড লোতনাঅাওবা তারে হায়হুনা ঐখুং রায়কপনি, ঐ করি মতম শাওখিদে শাউনিঙঙাইহ ফরমন্ন লৈখিদে।

অারসিদি ঐ খরা হেন্না শাংনা পাম্না শাদ্রে। অাঙ্গী অথোবা শায়োনা ক্লাসতা চুরি পোক্লা অনিসিদা নৌমা লাইব্রেরি অমুক থোক্লে। অনিসিদগীমসু ঐনা খরা হেন্না শাগদসি চুরিনি। চুরিসি ঐ লোং ভানবা ফাওবা শাক্লবা ওন্নি। চুরিদা ঐ লুঃ ১০,০০০ বোর্ড ফাওবা শাদ্রে হৌজিক পুন্দি মশীং লাকঙমদনা থানৈ অচুপা মণিপুরগী চুরিদা খাইদগী হেন্না মমিঙ লৈরবা মীগসু কন্মিরহুনা শান্নমিন্নরে। ঐখোয় 'চুরি খাইদগী হেন্না মুংঙাইনা শান্নবসি তঙ্কান্না গালশ স্কুলদা লৈরিবৈদনি। ঐখোয়গী মী গ্রুপ অমা লৈরম্মি:-অা ক্লাসতগী হৌনা লাইব্রেরি অশিন্নরকপনি। ঐখোয় ছুট হেক থাবগী হোম সাইন্স কাদা চুরি কন্না হৌরে,—মহুম মুমিদাংগী পুং ৭/৮ লোম ভাবা কাওবদি অহুম শাদ্রে।

নোংমদি ঐখোয় মরাম্মা শান্নরি, ওঙা ভাবোক্লি কি শাবগী ইন্সট্রক্সনি, থুরাই হৈরা মখোওদগীনি। ভাবোকুদি মহাকসু নোং ভাঙবা মীনি। ঐখোয় মরাম শান্নরিঙৈদা মহাক পেখোলে হায়হুনা হোম সাইন্সকী কমুওদা হিপুনা পোথায়. হোরেল লোইরগা 'হৌদোরকউ' হায়বনি। ঐখোয় ময়াম লোইরে, মহৈ মহৈ হোগনুনা খোঙ্গরক্লগা মাবুদি শো লোনশিন্দুনা থম্বিরম্রে। মহাক্না মিঁকপ খোক্লকপদদি কনাম্ন লৈরমদ্রে; মতোমতা কমুওদা লৈরম্রে, মপান্দনা শো লোনশিল্লম্রে। মহাক মুমিদাংহুমা মহুদা বন্দি লৈরে, চৌকিদারসু কৌবা তাদ্রে, চাক লামনথহুনা থুমগা, চিনিগা চাহুনা থাওণ্ডি, হায়হুনা নোং ভাল্লগা তম্মি,— অঙকপনি জ্বারগী ময়ায় হায়বসিসু। শিংজমৈ, থুরায়দা ট্রান্সফার তৌবা মতমদদি ঐ জ্বারসি থরা অমুক কাক্লরে; কাকৈখেন্দা লাকপা মতমদা নো পতি অমসুং লুহুদা অমুক লুপখি।

লোইশিল্লকপদা পন্দবা য়াদে খঙবা রাকম অমনা, ঐঙোন্দা Interview লৌখিবসি মী কনা য়ামদ্রে. মখোয়শিংহুনা ঐঙোন্দা য়াম্নদি

হংনিঙবা অদুগা হংবদি হঙ্গোইবা বাহং অমা ইত্তুরুতনা থেংনৈ, মহু অতৈ করিসু নত্তে,—ঐন য়ুম পাম্লিবসি করি মরমগীনো ? ঐনা থৌশাদনা নোক্লনা খুমখি,— বাহংচমকী পাউখুম ঐনা য়াম্না লায়না পী —খঙজ্রো নখোয় মযুম পাল্লুবদগী কয়া বাঞ্রে — হোয়দা ঐনা 'যুম মুংঙাইহুনা হায়বনি তশেংবদি, ঐ য়ুম পাম্নিঙবগী ইথিল কয়া লৈতে, থোই-দোকপা অমনা ঐ য়ুম পাল্লগা অঙাং পোক্লকনি হায়বসিমা য়াম্না কিক্লে। অদুনমি ঐনা য়ুম পাম্লিবসি।

( নোকমিন্নে ঐখোয় ময়াম )

অদুবু ঐ জ্‌বারদা ঙাক্লা লুপখিবদি নত্তে,—বেৎমিণ্টন, টেবল টেনিশ অদুম মশান্নৈ,— অহল্লোনগী শীংনবা ফাওবদা য়াওখি। টেবল টেনিশ তদি, ঐনা দিল্লীদা **B Ed** চৎপদা **House Compt** দা **Champion** ওইরকখি। ঐনা হৈজরিবা বেৎমিণ্টন অমসুং টেবল টেনিস অসি তফাস্না স্কুলদগীনি। জ্যার শাম্লব্রিঙৈদদি ছুটি স্কুল হেক থাবগা শান্নবা হৌবনি। অসুম্না হৌরকপা পুন্সিনি, অদুবু ঈচেল কয়া ঈফাঙননা চেস্থরকপনা ঙসিদি ঐগী হায়গী পুন্সিগা মরী লৈনদবা থবক কয়ানা ঐবু সমাজদা মশক তাকপিরয়ে পোকপগী মহয় য়াল্লে খঙরে। সমাজগী মুংশি-মিৎয়েং, চানবী রাহৈ কয়াগী লমন তোনশিঙ্গরে ঐনা—শিংনবা হোৎনজগে অমুকী লাং ওন্দা,— ঙাইবা তারি মহু কাওবা—

# ধ্রুব তারা

ঐদি কৌণে নহাকপু ধ্রুব তারা
পাক্ল নোংদোনথক্কা
মঙাল মরিক্কা লোয়নবা ঙানখিবা
কোলোয়না নঙগী ইরাবত,
মীয়ামগী মুংশিবা মিংথোন্না জন-নেতা।

লম-মাঙনরবা কয়াগী মৈরানি মহাক্তি
লৌমী-শিন্মী কয়াগী মকপ্পি মহাক্তি
তুমত্তনা লৈরম্বা থম্মোয়বু
য়াকায়বিরম্বনি মহাক্না
নিঙতম্বগী যাকায়রোল শক্লনা।

পীখিবনি মহাক্না অনৌবা মঙাল
মমুবা তাইবংসিদা পীখিবনি নিঙতম্বগী মহাও
হে ধ্রুব তারা (২)
পাক্ল অতিয়া মকোয়দা
ঙানখিবনি নঙনা মুৎনাইরবা মঙাল্লা
কোলোয়না নঙগী জন-নেতা ইরাবত।

মমুবা মালেমদা পীখিবনি
নঙনা অনৌবা মঙাল
য়াকায়বিখি নঙনা তুমুম্বা মালেমবু
নিঙতম্বগী য়াকায়রোল শকপিদ্দনা।

নহাক্কি কর্ম্ম য়োগীনি
থোকপতনা নশিন্নি
লৌশিনবদি হৈতবনি
মীয়ামগী লুচিংবনি নহাক্কি ।

নিঙশিংলি নহাকপু ঙসি মীয়ামা
কচ্চরি শ্রদ্ধাঞ্জলী নখুয়াদা
লৌবিয়ু লংনবা তৌদনা
মীয়ামগী লুচিংবা হে জন-নেতা ।

খোইবী দেবী

জননেতাদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কংপা ওইনা ১৯৯৬ কী আগষ্ট থাদা ইরগা শৈরেং হাপচরি । মসিনা খোইবীগী ইকোন কোন্না শৈরেংনি ।

[ এপেন্দিক্স আ ]

তাং ২৮-৭-৯৬

**মহাকবি অঙাংহলগী ১০৪ শুবা মপোক কুম-ওন পালন্দা—
অথোইবা অতিথি ওইনা পীখিবা রা-ঙাং।**

## রাহৌদোক

পৃথিবীসিদা মহাকাব্য ইবা মী কয়ামরুম পোকখি, নোংচুপ অমসুং নোংপোক্তা। নোংচুপ্লোম্দা পোকখি,—Homer Milton, Dante অসিনচিংবা। নোংপোক্লোমদা খরগা শেংনা হায়রবদা ভারত্তা পোকখি আদি গুরু মহর্ষি বাল্মিকি, বেদ ব্যাস, মহাকবি কালিদাস, মাইকেল মুঠসুদন দত্ত, কবি গুরু রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর অসিনচিংবা। মসিদসু নত্তনা ভক্ত কবি কয়ামসু লৈরি, মখোয় পুম্নমক্তুবু শীংথারুবদি কনাসু তন্নোই মতাঙসিদা ঐনা মুংঙাইজরিবা চাউথোকচরিবদি,—ঐখোয়গীসু পিক্রবা ইরমদমসিদা,—মহাকবি অমা পোকখ্রে হায়রবসিনি। মহাক অহু অতৈ কনা নত্তে,— মহাকবি হিজম অঙাংহলনি। ঐ মহাকবিবু মশক কাওবদি খঙজে, মরমদি মহাকী মচাসুপী অনি,—ইন্দুরেখা অমসুং ললিতা ঐখোয়গা তফাসনা স্কুলদা তম্মিন্নরকই, মখোয়দা মরক মরক্তা চৎপা মতমদা,—মৈতৈ লং শেংপা চন্দন ময়েক শেংনা থিনবা মুপা অমা মাঙোন্দা চন্দন উপু মাঙদা থারহুনা লাই খুরুম্বগী মওংদা অহুম লৈরম্মি। মশক কাওবদি খঙভি, অহুগা মহাকবিনি হায়বহ্নাদ খঙদে,—মরমদি মতাঙহুদি ঐখোয় খরসু পিক্লি অহুগী মথক্তা সাহিত্য করিনো খঙ্ত্রিবা মতাঙনি।

মতাঙসিদা ঐনা মরুওইনা হায়জনিঙলিবদি মহাকবি হায়বসি — লাইরিক মশীং য়াম্না ইরগা নত্রগা অরাংবা থাকী দিগ্রি পায়রগা নত্রগা অচৌবা লমদা পোক্লগা ঙাক্লা ফংগদবা নত্তে, অমরোমদা মহাক্লা

পুখোক্লক্লিবা পোথাক্তু য়েংলগা মহূদা য়াওরিবা গুণশিংতু খন্নরবা মতুংদা, — 'মহাকবি' হায়রবা মিংথোনসি পীরিবনি । ঐখোয়না চাওথোকচরি খুজিন মমায়মুক্কা পাকপা লমদমসিদা মহাকবি অমা পোকখিবসে ।

মহাকবিগী গুণগী মরমদা খরদং হায়রবা তারবদি মহাকসি লাইনা থারকপা কবিনি হায়বা তারি মরমদি মঙোন্দা পোকপদগী লোয়নররবা গুণ খরা য়াওরি মহূগী মঙেংনা মহাক্না মশাগী মাখন্দগী অশেংবা অমসুং কল্পনাগী জগতুগী ফজরব মূর্তি কয়া শাগত্তুনা মী ওইবগী থম্মোয়বু শুমহৎপা ওম্মি । লাইরিক্কী মরীদা য়েংলুরগদি মহাক্তি ক্লাস কাইকতনি, অমরোমদা মী মথল অমগু লৈরি, — মথোয়তুনা পারগা খল্লগা, মশাগী ওইনা পুখোকচবা মতুনা অমুক জ্ঞান তানশিল্লগা পুখোকপা কৌই ।

রস হায়রবসি মশীং য়াম্মি, চামা হেল্লি হায়নৈ, মতুগী মনুঙদা অমুক ৬৪ না অথোইবনি হায়, অদুবু ৬৪ তু গুনা য়াওবা থেংনদে, ৬ না মরু ওইনা য়াওই । হায়রিবা তরুকসিদগীসু অমুক য়ামা তোয়না থেংনরিবসি শৃঙ্গার, বীর, হাসং, করুন, ভয়ানক মমত্তা অসিনচিংবা খরসিনি । রস ময়ামসিগী মনুঙদগী শৃঙ্গার হায়বসিনা খ্বাইদগী মরু ওইবা রসনি হায়না লৌনবগু য়াওই । ঐসু মতসি খরা য়াজনিঙভি — খম্বা-থোইবীদা য়াওরিবা শৃঙ্গারসিনি ফজরিবা 'রস' সি । অমবোমদগু শৃঙ্গার হায়বসিদি মশানা ফজহুনা অদুম লৈজরবা রসনি ।

শৃঙ্গার হায়বসি মুংশিবা হায়বনি, মসিগী মুংশিবসিদি ঐগী মতদি, — শাবি-শানৌশিংগী মুংশিনবহুদগী হৌরকপনি হায়জনিঙভি । অসিগুম্বা মখলগী মুংশিবসিদি হকী শাওং-শাদা মায়থোংগী ফজবা, রা-ভাং, শাভাং অসিনচিংবা কয়াদগী হৌরকই, — মসিবু ঐখোয়না

অহানবা উন্নবদা নুংশিবা, কৌনৈ। মসিদগী মথং-মথং মচু লোক্লক্ত্না মমৈথঙদদি 'অমর প্রেম' হায়বদি শি-নাইদ্রবা নুংশিবা হায়বত্ত ওইরকই। মসিগী প্রমাণদি মজা ইবেম্মা থোইবী-না, – পম্বৌগী মাঙ্গোল খেঙ্গ্রঙ-লাংদা ফনেক লোন্দুনা লৈরিঙৈদা থগ্বনা চীংখুবগী সঙ্গায়দা শীল-লঙবা লাকপদা, হম্না য়েংথোকখিবদা থম্বনা শুমাঙ ময়ায়দা লেপ্তুনা লৈরম্বদা মপুক্লিংদা অম্মুম্না থনখি, — কনাবু ওইম্নিগদবনো! তম্বা নুপাসে ওম্বোক্লা ফজত্রেদা! য়াইথিং কোন্নুম্নু মমঙদা থোয়োল হাঁওবা উখিবনি.—থম্মোয়দা নুংশি ঈচেল তমখিবনি। হায়রিবশিংসি অহানবদা উবদা নুংশিবা ঙাক্তনি মথংদা 'নুম-নুম ওল্লক্ত্না ফিদমনিঙঙাই ওইরবা 'অমর প্রেম' হায়বত্থু ওইরকপনি। নুংশি লম্বীদা অমর প্রেম ফংলক্তবগী লম্বীত্থনি থ্বাইদগী ফজরিবদি হায়বদি মহাক্না পামজরিবা নুংশিজরিবা পোৎশক্ত্ ফংনবা হোৎনবদা থাঙলিবা অন্না-নুংঙাই ময়ামত্থনি। অমর-প্রেমদদি মশাগী মশক তোঙান্না লৈনদ্রে,— আত্মাগা আত্মাগা অমত্তা ওইনা তিন্নদ্রে. – মীগী মশক লৈহোদ্রে। মত্থগী ফজরবা থুদম অমম্ব ঐথোয়না রাধা-কৃষ্ণগী প্রেমদা উবা ফংই, মত্থদি — অরোইবদা ইশেদা রাধা-কৃষ্ণ যুগল ওইরে হায়রিবসি অতৈ করিম্ব নত্তে, — রাধা-কৃষ্ণ, অনিগী আত্মাত্থু অমত্তা ওইনা তিন্নদ্রে হায়বনি। অসিগুম্বা নুংশিবসিদি সনাবু হম্না হম্না মৈ ইক্লগা অশেংবা মচু থোরকপগা অম্মানি।

থুদম অমতংগা পগ্গনিঙ্ঙি,— 'তাজমহল,' পৃথিবীদা ফাওরবা নুংশি-থুদোম্নি। অদুবু ফজরিবদি তাজ-মহল নত্তে, —সাহজহান অমসুং মমতাজগী নুংশিবত্থনি ময়েং তাদ্রিবদি, .... মত্থনি অমম্বদি, মত্থনি শিনাইদ্রিবা নুংশিবত্থদি। মতাঙসিদা ঐনা য়াম্না পামজনা তমজখিবা **John Keats** কী কবিত' ( **Quote** ) :—

**A thing of Beauty is a joy forever**
**Truth is beauty**
**Beauty is Truth.**

অশেংবা নুংশিবগী বাফম লাকপদা মসি ঐনা নিঙশিংদবা ঙমদে। ঐগী মতুদি 'অচুম্বা' অমসুং 'ফজবা' অনিসিনা অমত্তা ওইনা পুম্নগা অশেংবা নুংশিবা হায়বদি 'True Love' হায়বহ্নু থোরকপনি হায়না লৌজে।

অমুকস্নু নুংশিবা মখল অমস্নু লৈরি, মহুদি ডা: কমলগী মাধবীদা,— উরীরৈনা ধীরেনবু নুংশিজৈ মাবু ফংলগা পেঞ্জখি, — মশাগী ওইজবা থিনা নুংশিবনি। অমরোমদা মাধবীনা ধীরেনবু নুংশিজখি, মশা'পুম্বা নুংশি মৈনা চাকখি। অহুবু মমৈথঙদা ওইজবা তান্না নুংশিবসিদি লাম্লে, থম্মোয়সি লৈতাফম খঙদে খঙলকপদগী, মাগী নুংশিবহু মীয়ামদা য়েম্থোক্লগে খন্দুনা মমৈথংদা লম্বোইবীগী ফিজেৎ শেত্তুনা হৈবোক চীংগী লোক মুঙদা লৈরগা অরা-অনা কয়াগী মতেঙ পাংজহুনা মাগী 'নুংশিবহু' কখোকখি মীয়ামদা। ফংজখি পুক্নিংগী 'শান্তি'। মসিস্নু নুংশিবা মখল অমনি,—'Universal Love' হায়বদি জগৎপু অমত্তা ওইনা নুংশিবা কৌই হায়নৈ।

**Prose** গী মতঙদস্নু মহাকবিদি থোইদোকপা গুণ লৈ। মহাকাব্যদা লুপখিবা সমাজ মশক খঙখিদবদি নত্তে। মহাকী থম্বাল, 'রচনা' হায়জরে ঐনা, মসিদা শম্না ঐগী মতুদি মহৌশাগা মীওইবগী পুক্নিঙগা মরী লৈনবগী মওং অমা উবা ফংই হায়জনিঙঙি। খুদম অমত্তং পঞ্জরবদা থোইমুনা থম্বালগী লৈকাদা ঙংলবদা থম্বালনা মায়থোং লৈনা-লৈনা খাঙজবা — মসিবু য়েংলগা ঐনা মহাকবি কালিদাসগী 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম' দা শকুন্তলানা আশ্রম থাদোক্নমদাইদা বনগী উরী-রারী শিংনা মমিঙগী ঈরা শিন্থনা বিদায় পিখিবা, মানা য়োকচবা শজি মচাহুনা চংখিম্নু মতাঙম ফিজি চিক্কুনা য়াম্নজবা

মহৌশা লাইব্রেরীগা মীওইবগী থম্মোয়গগী লৈনরিবা মরী উৎপা নত্তবরা !

মহাকবিগী 'জেহরা' সমাজ'গী ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবিখিবা উপন্যাসনি। মরু ওইনা জাৎ, ধর্ম্ম, কুচু খেন্নবনা মরম ওইদুনা সমাজদা থোক্লকদবা অকায়বা কয়া উৎপনি হায়জনিগুভি। উপন্যাসসিদা মরু ওইনা উৎনিগুলিবসি সমাজদা — অসুম্না জাৎ-বিজাৎ খায়রবদি Unity লৈরক্লোই হায়বসিনি হায়জনিগুভি। মহাকবিগী 'পোক্তবী' মশাগী থেংনবদগী মাল্লি, মরমদি মহাকবিগী মমা অনি লৈ হায়, চরিত্রা য়েকপদা মপুং ফায়। ইবেম্মসু অ০মগায় — মুপীগী অখাঙ কনবগী গুণনচিংবা খরা য়াওই ।

লোইশিল্লকপসিদা খ্বাইদগী ফজরিবদি মহাকবিগী পুন্সিগী 'দর্শন' সিনি। অসুম্না শৈথারি, —

( পঙবা ) — হান্না শাৎপনা হান্না কেন
কোন্না পানবসু হান্না কেন
অরেপ্পা কদাইদা লৈবগে ...... ।

মসিদা হায়রিবদি মীওইবগী পুন্সি তঙ্গা ঙমদে হান্না পোকপসু কোন্না শি, কোন্না পোকপসু হান্না শি, — অচুম্বা পুন্সিগী দর্শননি। অমুকসু, — কবি চাউবগী ...

ঙসি শিনি পাউজেন্দে
হয়েং শিনি পাউতাক্তে

ঐনা অরোক্তবদা হায়জবিবদি ঐগী মত খরা পীজরিবসি ঐগী লন্নাইগী ওইবা মতনি। মী খুদিংগী তোঙানবা Concept অমমম লৈনৈ, — মসিমকসু ঐগী Conception নি মহাকবিগী মরমদা। হায়রিবা শৈরেংশিংসিদা পুন্সিগী দর্শন ফজনা মপুংফানা উৎলি, — অরাংবা থাক্তী দর্শননি, কবিগী মপুং ফারবা বাখল্লি। অরোক্তবদা

ঐবা খরায় য়াওনা হায়জনিংবদি মহাকবিগী পোথোক খুদিং ইরমদমগী লৈহাওদা থাবা ঙাক্নুনি, অশেংবা ইরমদমগী পোথোক্কি লোন্দগী মতাঙদগী লোনশ্মান য়াওদে, অশেংবা ইমালোন ঙাক্লা শিঞ্জিত্রে । মহাকবি, য়া মহাকবি অমা পোক্লকপদি য়াই, অদুবু মতমদি হায়বা ঙমদে,— ঙাইবা তারি-রাঙা-য়ায়া য়ানা রাহে খরসিগা লোয়ননা ঐবা মহাকবিগী মকন্দা থম্মোয়গী শ্রদ্ধাঞ্জলী কচ্চরি

[ এপেন্দিক্স-ই ]

# থোইবী সাহিত্য

কোওলবা :— ১। মীরাবাই. ( ১৯৫৯ )
২। বিক্রমোর্বশী ( ১৯৬৩ )
৩। কায়ন ঈহৌ
৪। রবীন্দ্রনাথকী রাগী খরা
( ডাঃ আই আর বাবুগা পুন্না-১৯৬৭ )
৫। রাধা ( ১৯৬৫ )
৬। মুংশি ঈচেল ( ১৯৬৭ )
৭। দৃষ্টিপাত ( ১৯৬৯ )
৮। চীংদা শাংপী ইভৈল্লে ( ১৯৭১ )
৯। লমজা ( ১৯৭৩ )
১০। মীংয়েং অমা ( ১৯৮৩ )
১১। পোষ্ট মোর্টেম ( ১৯৯০ )
১২। নিঙশিংলক্লি ঙসিদা ( ১৯৯৬-৯৭ )

কোওক্রিবা :— ১। শাম্ব ( বাঙ্গলাদগী হন্দোকপা )
( সাহিত্য একাদেমীগী এসাইনমেণ্ট )
২। মতমগী ঈশৈগী ময়কেশিং
৩। ( রেডিও লীলাশিং )
৪। ( রেডিও ফিচরশিং )
৫। ( রারেংশিং )
৬। ইংলিসতা ইরবা লেখ খরা